# সন্ধ্যাথাউমৈগী মৈরী

তরুণকুমার ভাদুড়ী

হন্দোকপা
নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

সুনন্দা পব্লিকেসন্স
উরীপোক, ইম্ফাল

SANDHYATHAOMEIGI MEIRI
Manipuri Translation of Tarunkumar Bhaduri's novel Sandhya dwiper Shikha
by N. KUNJAMOHAN SINGH




অহানবা ফোঙবা : অক্টোবর, ১৯৭০
অনীশুবা খুৎনম : জুলাই, ১৯৮৮
শেমদোক্রুবা খুৎনম : মে ২০০৩



মখুম য়েকপা : রতনকুমার
অফোঙবা : রঘুমণি শর্ম্মা
দেবলা বুক স্টোর, ইম্ফাল

ফংফম : দেবলা বুক স্টোর, মসজিদ রোড, ইম্ফাল
অমসুং অতৈ লাইরিক য়োনবা দুকানশিং

মমল : লুপা ৫০/-

নম্ফম : পদ্মা প্রিন্টর্স পাউনা বাজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

সু —

কদায়দা লৈরিবা খঙদে —
লৈরিবরা হায়বদুসু খঙদে—
অদুবু —
নঙোন্দনি।

লেখক্কী লাইরিক অতৈ

চেনখিদ্রবা ঈচেল,
থবানমিচাক অমনা কেনখিবা,
ইলিশা অমগী মহাও,
জি ডি-আর ডাইরী,
সোভিয়েৎকী লৈবাক্তা,
বসন্ত মমৈগী কোকিল

## ।। ১ ।।

### "অপ্নি হালত্কা খুদ্ ঐহসাস নহী মুঝকো মৈনে ঔরোঁসে সুনা পরেশাঁ হুঁ মৈ।"*

অকূপ-অতাই, অচৌ-মচা, কান্ন-কান্নদবা, কপ্প-নোকপগী ৱারী কয়া ঙসি নীংশিংলক্লি। নীংশিং ফিজং মরুমদা মাঙ্লুরবা থৌদোক কয়া, ৱারী কয়া ঙসি অয়েকপা লাইগুম ঐগী ইমাঙ্দা ফাওগৎলক্লি, অদুগা নীংশিংবগী মিংশেলদা ফাওগৎলকপা মরম্ননি ঙসি ঐনা অসুক শাথীনা থম্মোয় কায়রিবা।

পুন্সিদা চৈফু কয়া ঐ ফংখরে, ঙসিসু ফংলি, অদুগা তুংদসু কয়ামুক ফংখিবা য়ারি। তৌইগুম্বসুং অসুম হায়না অসিগুম্বা মতমদা, অসুক কুইরবা মতুংদা অসুক শাথীবা চৈফু ফংগনি হায়বসি ঐ কৈদৌনুংদসু খনবা ঙমখিদে। ফাগিনি হায়দুনা নোংমা ঙাংনখিবা ৱাফম-ফাগিনি হায়দুনা ৱাফম অদুদা ঐনা য়াথোক্লুবা, অদুগুম্বা ৱাফম অদুমক্তা ঙসি অসুক কুইরবা মতুংদা তমথীরবা অচুম্বগী শক্তম লৌদুনা ঐগী ইমাঙদা লেপ্লগনি অমসুং অসুক শাথীরবা চৈফু ওইরগনি হায়বসি ঐসু নোংমতা খনবা ঙমখিবরা? কাউথোক্কে হায়না খনখিবা মতমশিং অদুনা অসুম হায়না অমুক হল্লক্কনি হায়বসি, কদায় নোংমতসু খল্লুদে। মাগা ঐগা করি মরী লৈনরম্বা করি থোক্লরম্বা ঙসি ফাওবা লেপ্পা নৎত্রগা খঙবা ঙমদ্রি, অদুগুম্বা মহাক অদুনা ইখঙ-খঙদৌদনা অসুক কুইরবা মতুংদা কাউখ্রবা নুমিৎ অদুদা ঙাঙনখিবা ৱাফম অদু অমুক নীংশিংহল্লক্কনি হায়বসি করিগুম্বা মতমদা মঙলান্দা ওইরবসু ঐনা খল্লুবা লৈখিবরা? অহিঙ কয়া নুংথিল কয়া খনদুনা মরী অদু কয়ামুক নক্লরম্বা অমসুং কয়ামুক মনুং হুঞ্জিল্লম্বা হায়বদো লেপ্পা ঙমখিদ্রবনি; মদুগী ফোঙদোকখিদ্রবা চৈনাখোন্না ঙসি ফাওবা ঐগী পূক্নিং চিংনবনা হাই-হুন্নি— মাগা ঐগা কয়ামুক নক্লরম্বা নৎত্রগা কয়ামুক লাপ্নরম্বা— অদুগুম্বা থম্মোয় কায়বা অদুম্নদি ওইরগা পূক্নিং নুংওনবা শকখঙনখিবা অদুগী মমল, অফ-ফত্ত নৎত্রগা অচুম-অরান করিমতা ঙসি ফাওবা থিবা ফংদ্রি। 'অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা অদুগুম্বা ৱাহং ময়াম অদুনা ঙসিসু ঐঙোন্দা অৱাবা পীরগনি হায়বসি ঐবু করিগুম্বা নুমিৎতা ৱাখল তৌখিবরা? নোংমা পুন্সিগী অমম্বা গুহা মনুংদগী কনগে হায়না খল্লুবা নৎত্রগা লাক্লরুবা মহাক অদুনা ঙসি অসুক কুইরবা মতুংদা ঐ ইশামক্কী হিংনবা লম্বীদা খাংঙমদ্রবা চৈনাখোল অমা ওইরগনি হায়বসিবু নোংমতা খঙবা ঙমখিবরা?

---

* ঐ ইশাগী ফিভম ঐ ইশামক্তা খঙজদে। ময়ামদগী ঐনা তাজবদি ঐ অসি চোকথরে।

"মফম অসিদগী আদা মখা অসিদা চোংথরবদি কমদৌনি, হায়য়ু য়েংসি।"

কুতুবমিনারগী মঙাগুবা মথোলগী রেলিং পায়দুনা ব্রা অসি ইরায় লায়না হায়রকখি। মদুগী মিৎকুপ হেক মতুংদা চপ-চানা য়ুংথরকখি। মখূৎ অদু কন্না পায়শিলহৌদুনা রেলিং মনাক্তগী চিংথোরক্লগা ঐনা কন্না লাউখি— "করিনো অঙাং মচাদৌনা তৌরিবসিবু?"

নুংশিৎকী শহুমদা ঐগী ব্রাশিং অদো থাপখ্রবা মফমদগী হল্লক্লুনা লাক্লিবোই খল্লম্মী। তুমিন্না মঙাগুবা মথোল অদুদগী ঐখোয় অনি কুমথরকখি। মমঙ্গবা থেকখোয়খ্রবা মৈহৌরোলগী সিড়ি ময়াম অদুগী মথক্তা খোঙ জোড়া অনি অদুগী দংদং লাউবা মখোল নত্তনা ফম্না কুইনা করিগুম্বা অমত্তা তারমদে।

খংলেপ লেপ্লুনা হংলকখি "করি কান্নবা লৈদুনা ঐবু ফাহৌরিবা? কনাগী কয়ামুক মাঙগদগে ঐনা লৈত্রগা? অদুগা ইশাগী ইফমদসু করিবু কান্নরিবা ঐগী পুন্সি অসিনা?"

"পোৎ খুদিংমকপু কান্ন-কান্নদবগী পাদম্না ওনদুনা খন্নবা য়াবরা! পুন্সিগী কান্নদবসি নঙ নতোমতগীতা নত্তে, অতে কয়ামুক্কীসু লৈরম্বা য়াই। মদু হায় হায়দুনা মী পুন্নমক্লা পুন্সিসিবু হেক্তা খন্মানথোকপরা?"

"ময়ামগী ব্রাদি খঙদে। ঐঙোন্দদি কান্নবা লৈত্রে। হেক হৌবগা লোইশিল্লবা মহাক অদুনা হিংবগী করি কান্নবা লৈরিবা?"

"নঙোন্দা লৈত্রবসু অতে অতোপ্পদা লৈরম্বা য়াইদনা। নঙ নশাগী মাঙদ্রবসু, নঙ লৈত্রগা অতোপ্পা কনাগুম্বগী অমাঙবা ওইবা য়াই, ব্রা অসি করিগী খঙ্গবা ঙমদ্রিবনো?"

সিড়িগী ময়ায়ব্রাইদা খংলেপ লেপখি। অমম্বা অদুদসু খঙবা ঙম্লম্মী, ঐঙোন্দা মিৎয়েং হোংদনা য়েংদুনা লৈরি। নুংশাসোরদা খঙলম্মী, ঐগী ইনাক্তা য়াম্না নকশিন্না মহাক লেপ্লি। মদুগী হেক মথংদা তাবা ফংলম্মী, "অওইবরনে? অদু ওইরবদি শিবা য়াদেদনা।"

ঐ নোকনিংলমদে। খঙঙি মহাকসু ব্রা অদু হায়রগা নোকপা ঙম্লমদে। মহাক ব্রা ঙাঙবা ঙম্লক্তরে, সিড়িগী অরোইবা থাক্কী ঙাল্লি-ঙাল্লি মল্লি-মল্লিদা মায়থোং অদু হেক হাইগৎলকপদা পিরাং মরীক অনি খুবাক্তা তারকখি। ইশানা খঙহৌদনা মহাক্কী মিৎলুগী পিরাং তৈথোকপিগে তৌরুবদা ইশাগী মিৎলু অনিসু ঈহৌরকখি।

মৈঙান্না পূমঙান ঙাল্লম্মী মহানগরীগী লম্বী। ব্রা অমত্তা ঙাঙনরমদে ফম্না কুইনা। মরক মরক্তা ইশাগী গাড়ীগী হোর্ন মখোলদা খংপ্রেক খংপ্রেক খংলম্মী। হোটেলগী বেগুগী মখোল অমদি ডান্স-হোলগী নোক-খেবনা অচিকপা থুগাইদুনা ফাওরক্লম্মী। অদুদগী ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্না অমুক্কা হায়রকই, "নঙদি য়াম্না ইব-খোৎপদাই। ঐগী ব্রারী অসি লৌদুনা করিগুম্বা অমত্তংদি ইয়ুদনা। থোইনা ফত্তবদি ওইরোই।

অসিগুম্বা ইউনিক কেরেক্টর সাহিত্যদা পুংনৌ-নৌবা অমা ওইনা শোয়দনা থোক্কনি। ইয়ুকো ঐগী পুন্সি অসি লৌদুনা।"

করিনো অমা খুন্নম্মী, অদুনা পুক্লিং চঙবা তৌদনা খুন্নম্মী, "নঙগী পুন্সিদি হৌবতা ঙায়রি। নঙগী পুন্সিদা করি থোকখ্রদুনা মদুবু লৌদুনা ইবা তারিবা নৎত্রগা ইবা য়ারিবা।"

"করিমতা থোকখিদে! অতৈ করিবু ঝাথলিবা হায়য়ুনে?"

"লোইনা ঝাৎলি। করিবু থোকপ্লবগে?"

"অওইবরনে?" হায়বগা অঙকপা মীনোক অদু মহাক্কা নোকখৎলকখি।

মীনোক অদুমক্তনি ঐবু শুম্বাৎখিবা। থিকথিক লাউনা মহাক্কা নোক্লগা ঐনা মিৎ কুপ্তনা য়েংদুনা লৈথোকই। তম্বাংগুম্বা ময়া ময়াম অদো লংত্রিক লংত্রিক লংখৎলকই। খজাইনা হৈয়াই অমুনবা মচু। মতৎ-মতৎ মচেৎ-মচেৎ নোকপগী ইপোম হৌরমদাই অমদি হুত্তরমদাইদা খজাই অনি অদুদা কোঙ্গুৎ অনিদং চোংথোরকই।

"য়াম্না শাথীনা ঈংখ্রে, চৎসিবা ক্লবতা হাইফেত্তং য়ৌরুসি। প্রোমিস তৌরিবসিনি, পেগ অমত্তং থক্লগা হেক্তা হৌগত্তুনা লাকসি।"

"হুম্—হুম্ হুম্। ঐ নঙবু ক্লবতা পুবা ঙম্লোই। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু।"

"মরম্মোকপসিদি। হন্দক্কী অসিনা অরোইবনি। অতৈ হায়জররোই। ঙসিগী নুমিৎ অসি মতংদি।"

"ঙম্মোই সুকঙম ঙম্মোই।"

"অওইবরনে— " অমুক্কা মীনোক অদু।

"মানি। নঙ খঙদ্রা কয়া শাথীনা লৈখা তারবা নঙ অসে।"

"হু কেয়ার্স?"

"ইকাইদ্রা হায়দোকপদা। অতৈ কয়া অমুক লৈখা তারগে হায়রিবা?"

"হু নোজ? চৎসি হায়বা, ঝাশক্লিবসিনি। অদুগা ঙসিমক চৎখিগদৌরবনি। খন্দোকউ ঙসিগী অসিনা অরোইবনি।"

"করিনো পংঙাঙ্তা ঙাঙ্লিবসিবু।"

"অওইবনি হায়রিবসি। ফোর ওল্ড টাইম্‌স সেক। হৌখ্রবা মতমবু নীংশিং-নবগীদমক্তা। পেগ অমত্তং, অদুদগী চুমদ্রিং ষ্টেশনদা।"

ইশানা য়ানিংদ্রবসু নুমিদাং অদুদা অমুক্কা মহাকপু ক্লবতা পুদুনা চৎলুই। খঙঙি পেগ অমত্তংনা কৈদৌঙৈদসু ওইবা য়ারোই হায়বা। কৈদৌঙৈদসু ওইবা য়াখিদে। পুং অনিরোমগী মতুংদা ক্লবতগী পুথোরক্তুনা মপানদা থোরকপা মতমদদি য়াম্না শাথীনা হাইরে। খঙঙি অদুম হায়না থোক্কনি হায়বা।

"কয়াতা ফজখ্রবা অহিঙনো, য়েংঙু। লাইফ ইজ সো ঝাণ্ডরফুল।"

ফাইরপ-ফাইরপ ঙাঙল-ঙাঙলদুনা গাড়ীদা কাখৎতুনা ফমথখি।

"করিগীনো, নঙনা হায়খিবদাই, পুন্সি অসি করিমতা কান্নদ্রে। হৌজিক্কা হায়রি, পুন্সি অসি কয়াদা ফজখ্রবনো। মচুম অনিতং পূকতা হেক তাবগা পুন্নমক অসি হেক্তা ফজে, নৎত্রা?" খোন অদো খরা কনখ্রমাল্লে, শাউনিংবা অমদি নুংঙাইত্তবদগী।

"হায়খিবরনে, অওইবরনে?" খংপ্রেক খংহনবা মীনোক অদো অমুক্কা। মচেৎ মচেৎমতৎ মতৎ। তৌইগুম্বসুং ঐ অতৈ অমুক খাঙবা য়ারকখিদে।

"তূমিন্না লৈয়ু। অদুম হায়না লম্বীদা নোক্কনু। মতম পুন্নমক্তা ফজবা নত্তে।"

"করিগী, নঙনা হায়বদাই, নোক্লগা ঐ অসি য়াম্না ফজে। কয়াতা ফজখ্রবা কোঙ্গুৎ অনিনো চোংথোরক্লিবসি। নঙনা হায়বদাই, কয়াতা ফজখ্রবা ডিম্পল অনিনো। ঙসিদি অমুক হেন্না ফজফম থোকই। ঙসিদি ডিম্পল স্কোচ থক্লক্লিবনি। চোংথোরক্তনে ডিম্পল?" মখজাই অদো ইনাক্তা য়াম্না নক্লা পুশিল্লক্লুনা ঐগী হকচাংদা ঙাথরকই।

পোৎচৈ পুদুনা ষ্টেশনদা থুংলুবা মতমদদি অহিঙ ফনা থেংলে। দিল্লীগী শাথীখ্রবা নিংথমগী অহিঙ-নোংয়াইদা গাড়ী অদুগীদমক্তদি প্লেটফোর্মদা মী থোইনা য়াম্না তিল্লমদে।

কা অদুগী মপান্দা কয়া কুইনা লেপ্তুনা লৈরম্বগে হায়বদু নীংশিংদ্রে। গার্ডকী হুইসেলদা খংপ্রেক খংলম্মী।

"ফরে চৎলগে।"

"চৎকদবনিনা চৎলো। অদুগা কদায়, ঐঙোন্দা হায়রমদ্রেনা করি ইগদৌরিবা ঐবু লৌদুনা।"

"অমুক্কা ঙাওশিন্নরক্লে।"

"নত্তে নত্তে। অওইবনি হায়রিবসি। করিনো ইগদৌরিবদো থীন্দনা ইশিল্লো। তুংদা ইবা ঙমদবসু য়াই। ঐ ইশামক লৈতবসু য়াই। মতম অদুদা কনাবু লৌদুনা ইগনি— ঐগী স্মৃতিবু লৌদুনা! কনানা খঙবা, অমুক হন্না উন্নদবসু।"

"করিগী।"

"কনানা খঙবা, হন্দক্কী অসিনা অরোইবা উন্নবা ওইগদবা মানবা।"

লাউরপ-লাউরপ তৌবা ইরং-ইরং লংবা মিৎস্না অনি অদুনা ঐঙোন্দা ফনা কুইনা য়েংদুনা লৈরম্মী। ঙসি ফাওবা ঐ নীংশিংলি। তপ্লি-তপ্লি গাড়ী থাবা হৌরম্মী, ঐসু চৎখৎলম্মী। অদুদগী মতম অমদা মিৎস্না অনি অদো পিরাংনা থুস্নাৎলকখি। তপ্লি-তপ্লি লেপ্লি-লেপ্লি তম্ফাগুম্বা মতুম অনিখক খজাইদা চেষ্টরকখি।

"কদায় হায়দ্রেনা ইগদৌরিবরা?"

"হোয় ইগেনে।"

"শোয়দ্রেকো? ব্রাশক্লবরা?"

"হোয় ব্রাশক্লে।"

ঐগী অরোইবগী ব্রাহে অদু মহাক তাখিদমাল্লে। গাড়ী ফনা লাপ্না চৎখৎখ্রে।

হাওলবা প্লেটফোর্ম অদুদা লাউড-স্পীকরনা অতোপ্পা গাড়ী অমা লাকপগী পাউজেল শন্দোক্লি মতম অদুদা। ঐগী নাকোংদা তত্তনা য়েরকই— "ৰাশক্লবরা— হোয় ৰাশক্লে।"

মতম কয়া হৌখ্রবা অদুবু ঙসি ফাওবা লোইনা নীংশিংলি। চেদা য়েকপা লাইগুম্লা ইমাঙদা ফাওগৎলক্লি। অকাউবা কয়াগী মরক্তা ৰা পুন্নমক কাউখিবা য়ারবনি। মদুমক ওইফম থোকপনি। পাউজেল-চেদা থবক কুইনা তৌবদগী হাইফেৎ নুং ওম্লুরবনি। অৰাবা, থম্মোয়-শোকপা, নীংবা কায়বা, অশি-অনাগী তেংথা-নাওই কয়া য়েংবা তাই পাউ পীথোক-পীশিন তৌবা পাউমীগী পুন্সিদা। তৌইগুম্বসুং পুন্নমক অদু নীংশিংদুনা থম্বদি ঙমদে— অদুগা নীংশিংদুনা থম্বসু চুমদে। করিনা, টোমিল্সন্ সাহেবমক্লা হায়রম্মী— "সিনিক ওইদবা য়াদে, এক্সাত্রিম সিনিক।"

প্লেন মৈ চাকপগী রিপোর্ট ইগে তৌবদা ঐ পঙথরম্মী। অকিবগী মশক ওইরবা দৃশ্য অদো ইমাঙদা শংশংনা উরম্মী। তু খ্যাউ চুংনিংঙাই ওইরবা অমং-য়াইথোংগী শক্তম অমদি অশোক-অনাগী থম্মোয় কায়রবা তেংথাখোল অদু কাউবা সুকঙম ঙম্নমদে। করম্বা তাঞ্জাদা টোমিল্সন্ সাহেবনা ইতুংদা লাক্লুনা লেপ্লম্বনো খঙহৌদে। লেংবান্দা মখুৎ থমুদনা হায়রকই— , "ডোন্ড বি সেন্টিমেন্টাল মাই বোয়। নিউজ পেপর-মেন হ্যাভ নো বিজনেস টু বি সেন্টিমেন্টাল। রাইট আউট ইয়োর রিপোর্ট এণ্ড ফোরগেট এবাউট দ হোল ড্যাম থিং। ইট ইজ ইয়োর জোব টু সি এণ্ড রিপোর্ট মিজারি।"

ৰাখল য়াম্না খনবগী মমল করিমতা লৈতে পাউমীগী পুন্সিদা। অৰাবা তেংথাবা য়েংঙু, ইয়ু, অদুগা নোংঙানবগা লোইনা কাউথোকখো। সাহেবকী পাউতাক তাবদগী মহৈ য়ানবা পাউমী হায়বদো ওইবা ঙমখিমাক্লে চুম্মি, অদুবু থৌদোক পুন্নমক কাউবদি ঙমখিবরা? কাউগে হায়না হেক তৌরগা পোৎশক পুন্নমকপু হেক্তা কাউবা য়াবরা? পাউ পীথোক-পীশিন পুন্সিগী ফন্না য়াম্না কাউখরে, কাউবসু তাখি। তৌইগুম্বসুং ইশাগী পুন্সিগী অৰা-অনা. নোকপ-কপ্পা পুন্নমকপু কাউবা ঙমখ্রবরা? অয়াম্বদি মকশিল্লক্লে হায়বা য়ারে, খরমনা মুশি মুশি তৌরক্লে, মসি হায় হায়দুনসু পুংমুৎ মুৎখ্রবরা? মদুমক ওইরগদি অসুক কুইরবা মতুংদা অসুক শাথীবা চৈফু অসি ঐনা করিগী ফংগদৌরিবনো? ঐ নুংমক্তি ওনখিদ্রিনা। নুমিৎ অদুদা অমুকসু হেন্না খঙবা ঙমখি ঐ অসি নুং ওনদ্রি হায়বা। অৰা-অনা হৌজিকসু ঐঙোন্দা ফাওরি। লাক্লরুবা তৌদনসু ফন্না য়াম্নদি কাউবা ঙমখ্রে। তৌইগুম্বসুং ফন্না লাক্লদুনসু মহাকপুদি কাউবা ঙমদ্রি। অদুনা ওইবা তাই নুমিৎ অদুদা থম্মোয় শোক্লা চৈনাখোল ফংখিবদো। শাথীরবা অচুম্বনা খংঈন ঈনদুনা তাক্লকই, কাউগে হেক লাক্লরগা পুন্নমক কাউবা য়াবা নত্তে। পুন্নমকপু মীওইবদা হেক কাউহনবা য়াবরা? মদু ওইরবদি ঐগীদমক্লি হায়দুনা চাং তমদুনা থমখ্রবা অৰা-অনা অদুগী হিসাব করম্না চুম্নগদৌরিবনো?

থোইনা শাংবা চিঠি নত্তে, অদুবু ঐগী পুন্সিগী হিসাব খাতানি। পাই ফাওবা য়ৌনা ইরি পীথোক-পীশিনগী হিসাব পুন্নমক। ফনা কুইনা পাবা ঙম্নমদে চিঠি অদো। পাবগী থৌনা থোক্লমদে। খুত্তা পায়দুনা ফমদুনা লৈরম্মী। মশীং লাকঙমদ্রবা চিঠি ময়ামগী মরক্তা মদুনা ইখুৎতা হেক য়ৌরকপদা খংপ্রেক খংলম্মী। মশক লাকপদা করিমতা শোয়বা তৌরমদে। পিক্তক পিক্তক তম্বাগুম্বা ময়েক অদুনি। ঐগী খুৎইনদি থীবনিনা য়াম্না তোয়না ৱাশা তাবা তারম্মী— "ওহ্লোক্লা থীখরে নঙগী খুৎই অসি। ক্কাক মখোঙ উরোক মখোঙ ঙাক্তা। ঐগী খুৎই অসি য়েংঙুদনা কয়া ফজখ্রবা।"

মকারাম্না নোক্লকখি ঐনা পাউখুম পীবদা— "গ্রেট মেন ওলরেজ হ্যাভ বেড হেণ্ডরাইটিং।"

"অওইবরনে— "

থা অনি মমাঙগী তারিখ থারি। তৌইগুম্বসুং লমগী মমিংদি য়াওরক্তে— "ট্রেনদগী" হায়নতদি ইরি। লম কয়ামুক কোয়রুরগা রিডাইরেক্ট তৌর-তৌরদুনা ঐঙোন্দা থুংলরিবনি, তৌইগুম্বসুং পোষ্ট ওফিসকী মীনুংশি খঙদবা ছাপা ময়ামগী মরক্তা টিকেট মথক্তা নল্লিবা অহানবা সহর অদুগী মমিংসু পাবা থোক্ত্রে। অদুবু খঙবদদি শোয়রমদে কনাগী চিঠিনো হায়বদু। ঐগী পুন্সিগী খোঙচৎ অসিদা খঙনখিদবা মায়থোং কয়া নীংশিংলি। মখোয় পুন্নমক্লা দাগ থম্লম্মী— কনাগুম্বনা ময়েক শেংনা, কনাগুম্বনা মমি-শাম্মি ওইনা। ইচে-শোভনা, ছোটুভাই গুলশন বহেন, রিয়া, তাদ-রানু, বেবী, জোন থোমাস, ইন্দোন-রাণী, ইর্শাদ, ইতৈমা। চিঠি মপৈ ময়াম অদুগী মরক্তসু চিঠি অসি মশক খঙবদা ঐঙোন্দা করিমতা লুনা থোক্লমদে। শকখঙনদবা মী লিশিং লিশিংগী মরক্তসু ফজনা শখঙনবা মী অদুগী মাঙখ্রবা মায়থোঙ অমসুং স্মৃতি অদুদি ফন চোংথোরকই।

চিঠিগী পরেংশিং অদু পাবদি থোক্ত্রে। লাইজ ঈচুমনা চোত্তুনা ফজখ্রবা তম্না মানবা ময়েকশিংদু শেংফাৎত্রে। মিৎলুগী লাইজনা চোৎখ্রে পরেংশিংদু। মাগী মিৎলু-লাইজনি। মহাক কপ্লম্মী। তৌইগুম্বসুং কনাগীদমক্তনো, করিগীনো? ঐগীদমক্তরা? নুমিৎ অদুসু মহাক কপ্পা উখি— অহিঙ নোংয়াইদা দিল্লী ষ্টেশনদা। কা-দগী ঙক লিৎথোরক্তুনা লাউরপ লাউরপ তৌবা মিৎম্না অনি ইখং-খঙহৌদনা পিরাংনা থুম্নাৎলকখি। ফনা কুইনা মিৎলু লাইজনা তনিক তনিক্রবা মিৎম্না অদুনা ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈরম্মী। অদুদগী তপ্লি তপ্লি লেপ্লি লেপ্লি তম্বাগুম্বা পিরাং মতুম অনিতং অনিক তনিক খজাইদা চেম্থরকখি।

ইহা-হাজিনখ্রে পিরাংনা খুৎইদু, অদুবু ফজখ্রবা খুৎই অদুনি। তৌইগুম্বসুং করিগীনো মহাক্লা কপ্লম্লিবা? অদুম্নমক হেক কপ্লমগদ্রা, নোংমা হিক্ল-হিক্লা কপখিবা

অদুম হায়না। কনানা খঙবা! ওইরম্বসু য়াই।

"ঙসি মতম কুইনগী মতুংদা নঙবু নীংশিংলক্লে। নুমিৎ খুদিংগীসু নীংশিংই, অদুবু নঙদি খঙলিরোইদো। ঐবু য়াম্না থিরুররিনি, নৎত্রা? অমুক্তা চৎলে পম্মুংফম খঙদবা লম্বীদা। করম্বা মতমদা হল্লক্কদবা, কদায়দা হল্লকদবা, হল্লকদ্রা হল্লক্লোইদ্রা হায়বা অদুসু খঙদ্রি। কদায়দনো চৎকদৌরিবা অদুসু খঙদ্রি। হিংনিংবগী বাখল অমুক তৌদ্রে। কিরুন্নু, কিনিংঙাই লৈতে, কুতুবমিনারগী মঙাগুবা মথোলদা অমুক হন্না চৎপদি তৌররোই। কৈদৌনরুনি ঐবু নীংশিংদুনা থম্লগা? কাউথোকখরোকো। মদুনা ফৈ। অদুগীসু মথক্তা ঐ অসি নঙগী কনানো, অদুগা নঙবুনা ঐগী— নত্তে নত্তে— ওয়োক্লা য়াম্ননি।

"নঙবু ঐনা কৈদৌনুংদসু কাউবা ঙম্লোই। নঙদি লাক্লরগা ঙম্বসু য়াই। চিঠি অসিসু ইরম্লোইদবনি; অদুদা পুক্লিংদা 'ইতোমতা ইতোমতা' হায়বা বাখল অমা কম্না ফাওরকখ্রে। ঙসি অদুনা নঙোন্দা চিঠি ইবা ফম্লিবসিনি। অদুবু করিনো ইগদৌরিবসিবু!

"ফরে নঙ নীংশিংলিবরা ঐখোয়না অহানবা বারী শান্নখিবা নুমিৎ অদো। ঙসিসে খল্লি, নুমিৎ অদুদা শক-খঙনরমদ্রবদি ফরমগনি, নৎত্রা? নঙ শোয়দনা নীংশিংলিনি অহানবা শকখঙনবগী বারী অদো? শ্রীনগরদা ক্লবকী নুমিদাংবাইরম অদুগী বারী— কয়া কুইখ্রবনো? নঙ শোয়দনা কাউরমখিরোই?"

করিগী নীংশিংলোইদবগে? ঙসিসু ইরং-ইরং লংলি নীংশিংবগী ফিজং মরুমদা নুমিদাংবাইরম অদুগী বা। নুমিৎ অদুগী বা অদো কাউবা তারবদি ঐগী পুন্সি অসিমক্কপু কাউবা তাই; মদুগা লোয়ননা অতৈ কয়াসু। কাউবা তারবদি হিসাব চুম্নবা য়ারোই। ঐগীদমক্তনি হায়দুনা অখন্নবা তমদুনা থমখ্রবা অবা-অনা অদো করম হায়ননো ফংগদৌরিবা? খজিক্তং ফাওবা কাউদ্রি নুমিৎ অদুগী বা অদো— খজিক্তং ফাওবা।"

॥ ২ ॥

**অকেলা হুঁ পর আবাদ্ কর দেতা হুঁ বিরানা**
**বহুৎ রোয়েগী মেরে বাদ য়ে শামে তনহাই।***

মৈঙাল মৈঙাল মৈঙালগী মৈঙাল ঙাক্তা। পূংলং লংলম্মী মৈঙান্না শ্রীনগরগী অচৌ-অশাং ক্লবকী বোল-রুম অদু নুমিদাংৱাইরম অদুদা। অনৌবা চহীবু ওকপগী "গ্রাণ্ডবোল"। হুইস্কী, শেরী অমদি পোর্টকী ঈফূৎ ঈহৌরক্লম্মী ৱার-দা। মিলিটিরী ওফিসারশিংগী মরক্তা সিভিলিয়ান খরা য়াওবা অদুগী মরক্তা ঐসু অমনি। ইতোমতনা ইতোমতবু চিকমাঙনখ্রমাম্লে খল্লম্মী। কদায়দনো ঐনা লাক্লিবসি! "হ্যালো, হাউ ডু ইউ ডু, গুড ইভনিং, চার্মিং, ও হাউ সুইট" তান-চানা মী ময়াম অদুগী কোয়লাং লাঙবা অমদি ক্রিক ক্রিক অদুদসু ইশাবু ইতোমতা ওইবগী অচিকপা ৱাখল অমা কন্না ফাওরম্মী।

বেঙদা য়ৈখৎলকখি ভিয়েনিজ ৱাল্টজ। ফ্লোরদা শাথীনা ক্রিক ক্রিক ইন্নরি। হকচাংগা হকচাংগা থেংননা ময়াম জগোই শারি। বেঙ অমুক লেপ্লি, ড্রিঙ্কসকী রাউণ্ড অমমুক। অহিঙ অদু লোইবা নাইখিদ্রে। রোল অকাম্বী, পি-পি লাউবী অমদি ময়াম কোয়রাং-লাংনবা মরক্তা মৈ মুৎখি মিৎকুপ খরতং। অনৌবা চহী লাক্লে। অমুক্কা মৈ ঙাল্লক্লে। "হ্যাপি নিউ ইয়ার, হ্যাপি নিউ ইয়ার, সেম টু ইউ, সেম টু ইউ।" অমুক্কা হুইস্কী, শেরী, পোর্ট। মপানদা তাঞ্জা অদুদা মৈ হৌগৎখরে। হোলদগী ময়াম পূন্নমক থোরক্লুনা মৈগী অকোয়বদা খূৎশন্নদুনা জগোয় শানখ্রে, য়ান্না লিরবা অদুন্নদি ওইরগা মতম পূন্নমক্তা নৌদুনতা লৈরবা "ইট ইজ এ লোং ৱে টু টিপাররী।" অমুক্কা হোলদা, অমুক্কা হুইস্কী, অমুক্কা ডান্স। অহিঙসু অসুম অসুম থেঙজিল্লকখি।

মরোল মরোল আর্মি ওফিসারশিং চঙশিনখি— "প্লিজ লেট অস হ্যাভ এ ডান্স— প্লিজ আই এম সো টায়াড।" ময়াম অমুক হল্লকখি। করি খল্লকপনো খঙহৌদে, মমাঙদা লেপ্লুরে, "মে আই হ্যাভ দ ওনার— ।" খঙ্ঙি নীংবা কায়বসু য়াই হায়বা। অদুবু মদুমক্তি থোক্লে। কোনশিন্দুনা লৈরম্বা মখুৎ ওয় অদু তপ্লি তপ্লি ঐগী লেংবানদা য়ৌরক্লে। মিলিটারী মিৎ জোড়া য়াংখৈরোম ঐঙোন্দা লৈশিল্লকখি। থিক থিক লাউনা নোকখৎলকখি মহাক্না। মদুনা অহানবনি মহাক্কী মীনোক তাবা— মতৎ মতৎ মচেৎ মচেৎ তৌবা মীনোক। ঈপোমদৌনা ঈহৌরক্লল্লগা অমুক হন্থখি।

---

* ঐ ইতোমতনা কোয়লাং লাংহনদুনা থমলি অচীকপবু।
ঐনা লৈত্রগা অচীকপা নুমিদাংৱাইরম অসিনা কপকনি ঐগীদমক।

তৌইগুম্বসুং হম্বদ্রিঙেদা খজাইদা কোঙ্গুং অনীখক চোংথোক্লম্মী। বেগু কন্না য়েংথংলকখি— "আই উইশ উই ডিড নোট হ্যাভ টু সে গুডনাইট।"

"অদোমগী ষ্টেপিং অমা লাল্লে'— খোন খরা কল্লপতৌনা মহাক্কী পুক্কিং চঙদবদো মাঙোন্দা খঙহল্লম্মী।

"নঙগী থৌনা অদো শাথীখ্রেদকো।" অদুক কুইরবা ব্রা অদো মহাক নীংশিং-লম্মী। চিঠি ইনা ইনা মীৎলুগী পিরাংনা শিন্থরক্কুনা চেবাংথক্তা তাদুনা পরেং পুন্নমক চোক্তুনা ময়েক শেংফাৎত্রে— অদুবু হরাও-ঈথক হৌখিবা নুমিদাংবাইরম অদুগী বাদি নীংশিংলম্মী। চিঠি পান-পানা পুন্নমক নীংশিংলক্লি ঐসু ঙসি। "অদুম হায়না ব্রা হায়বগী থৌনা কনাগীসু লৈরমদে হোল অদুদা। ফনা শকখঙনবা মী ফাওখনা ব্রা হায়বা ঙন্নমদে— নঙগদি মতম অদুদা শক ফওবা খঙনদ্রি। শক ফজবদা মমিং চৎপী ঐনি, অদুগীসু মথক্তা মেজর সাহেবকী নুপীদা অদুম হায়না ব্রা হায়গদবসি কনানো। অদুবু পুক্কিংদা করিনো ঈথিন অমা ফাওরকখি নুমিৎ অদু! অদুননি ঐনা চেনশিনদুনা অনুপমদা হায়রুরিবা— অসিদা ফমদুনা করি তৌরিবগে— লাউ বাঙ্গালী ভদ্রলোক অমগা শক খঙনহনগে। মখুৎ চিংবোই লাকপোই তৌদুনা অনুপমবু ননাক্তা চিংলকখিবা অদুনি। য়াম্না ইকায়-থীগনখ্রবা অনুপমনি— নৎত্রা? ঐগুম্বা ব্রা ভাঙগনখ্রবী নুপী অমগী মপুরোইবনা অদুক শাথীনা ইকায়থীগল্লম্বদুদা নঙ য়াম্না ঙকখি, নৎত্রা! তশেংনমক হায়য়ু, অনুপমগা ব্রারী শান্নখিবা অদু নীংশিংলিবরা?"

মথংগী পরেং খরা অদো অমুক পাবা য়াদ্রে— লোইনা মিৎলুগী পিরাংনা চোৎখ্রে। অনুপমগী ব্রা খল্লু খল্লুরগা হিক্লা হিক্লা পংকপ্তা কপ্পম্বা তাই। য়াম্না নুংশিজবনি অনুপমনা মহাকপু। মহাক্তা নত্তে, অনুপমগীদমক ঐসু কপ্লি। হায়রম্বনি,— "চৎলেদো ব্রাদর, কৈদৌঙে হল্লক্কদবা খঙদে। কনানা খঙবা হল্লক্তবসু য়াই। খঙ্‌লিবদুনি ঐখোয়গী চাকরী। ভাই, লুক আফ্‌টব হার। মহাকপু খরা য়েংবিরম্মু। য়াম্না অঙাং মচানি।"

"শোয়দনা য়েংলমগনি, শো— ডোন্ট বোদর। মাগী করিমতা ব্রাহল্লোই। ঐনা য়েংলমগনি।" হায়খি, অনুপমগী মখুৎ অনিদো পায়দুনা। তৌইগুম্বসুং ঙসিসু নীংশিংলি শক খঙনবদা তৌখিবদো। মখুৎ পায়দুনা চিংলদুনা পুরক্লগা মাঙদা লেপহন্দুনা হায়খি, "য়েংঙু অনুপম, অসিদসু বাঙ্গালী। হৌজিক্তা ব্রারী শান্নরিবনি।"

"কদায়দা ব্রারী শান্নরিবা। জগোইতনি শামিন্নখিবা।"

"ফৈনে। অদুবু করি তৌরি হায়বগে? তশেংবমক্লি কয়াতা নুংঙাইখ্রবা, অসুক লাপ্পা লমদমসিদা বাঙ্গালী অমবু উবসে!"

"অদুদা ঐ অসি বাঙ্গালীনি হায়বা করম হায়না খঙবিরিবা। অদোমগা ঐগা বাংলাদা ব্রারী শান্নখিদ্রিনা।"

"এঃ, বাঙ্গালী নত্তনা অসুম হায়না মুশিন মুবা মিৎ কনাগী পানম্বগে?" অঙকপা

যুক্তিনি। অনুপমনা মমায় লুকথনা লেপ্তুনা ঐখোয়গী বা অসি তারম্মী। মহাক্কী সিগারেট চম্বগী হাইফেৎ মখোল অদুগা বারীগী মতাংগা চান্নদুনা হায়রকই, "ইহে কাউবু কাউথোক্লুরে, নখোয় শকপু খঙনহল্লি। অসোগীসিনা ঐগী ইপুরোইবা— অনুপম— মফম অসিগী মেজর সাহেব অদুগা—। অদোমগী মিংদি খঙজদ্রি। উরবরা কুম্মেসে। তৎ তৎ তৎ— অসোমনা— "

হন্দক্তি নোকপগী পালি। ঐগী ইমিংদো হায়রে।

"নমস্কার।" ইনাক্তা চঙদুনা ফম্লখি অনুপম।

"নমস্কার। বারী শাবা ফংজবদা য়াম্না নুংঙাইজরে।"

"তনগ্রবা পোৎনিদা, মফম অসিদা নুংশাসোর ফুনজিল্লক্লে। অদুবু— অদোমসু লৈরবসিনা ঐখোয় অনি বাংলাদা অড্ডা তৌবা য়ারে।"

অদুদগী ফনা কুইনা হৌগ্রে বারী শানা শানা। বারী লীবা ওন্থোক্লা হৈখ্রে অনুপম। বাহৈ মচা মচা মতেক মতেক পূন্নমক হৌজিকসু নাকোংদা য়ৈররি। তপ্না তপ্না ডান্স হোল হাঙলক্লে। বারবা চোকথরবা বারমেন অমদি বেয়ারাশিং ইলেক লেকথখরে। চীংখৈগী মঙাল— অনৌবা চহীগী অনৌবা কোরৌ মঙাল য়ৈররে ঐখোয়গী ইথক্তা।

"চৎলসি য়াম্না তুম্মিংঙে।"

"অমুক করম্বা মতমদা তুম্বিগদৌরিবা। তুম্ব নী; মতমদি হৌখরে।" হায়না হায়না ময়াম হৌগৎনরে। তাঞ্জা অদুমক্তদা শঙ্গাইশেলগুম থুংলগি কেপ্টেন আফ্তাব।

"লাক্লবরা, লোইরবরা।"

"করিগী, করি তৌরিবা?" ঐনা হংলম্মী।

"মহাক্কা খঙনদ্রিমাল্লে? ওন্থোক্লা চমগ্রবা অঙাংনি। অসুক ফজগ্রবা লমচৎ অতৈ কনাগীসু লৈরমগনি নীংদে। অদুম্নদি মচুম অনিতং মবুক্তবু তাখ্রবদি শৈরেংনা ফংগ্রে, মতাং অদুদা মহাক্কী শৈরেং তাদ্রবদি কাংখোং চাইরে।"

হাইরং হাইরং তৌদুনা আফতাব চঙশিল্লকই। অনুপমবু উবদা কোনশিনদুনা হায়রকই "ভাইজান, হ্যাভ এ হুইস্কী।" হায়রগা জ্ঞান তারক্তুনা "সোরি সার" হায়দুনা দম লাউনা টেবল-চেয়ারগা লোয়ননা লৈপাক্তা হাইখখ্রে। থুনা য়াংনা চেনশিন্দুনা চিংখৎলুরে, ঐঙোন্দা অমুক্তং মুন্না য়েংখৎলক্লগা আফতাবনা হৌগৎলকই—

"নশা পিলাকে গিরানা তো সবকো আতা হৈ
মজা তো জব্ হৈ কি গিরতোঁকো থামলে সাকী।
জো বাদা-কস্ থে পুরানে বো উঠ্তো যাতে হৈ
কঁহী সে আবে-বক-এ দবাম লে সাকী
কটী হৈ রাত হাঙ্গামা-গুস্তরীমে তেরী
সহর্ করীব্ হৈ অল্লাহ্ কা নাম লে সাকী।"

"অঙাং অসিগী অশোয়বা হায়ববু অসিমতংনি। য়ু থকপগা খাঙবা ঙমদবা,

অদুবু শৈরেংদি অঙকপা ফংনা থীগনি।” অনুপমনা আফতাবপু পায়রিকা মাঙ থারকই।

“অদুম্নদি ওইরগা শৈরেং অসি ফজদ্রবদো, ফজদ্রেনে—

নশা পিলাকে গিরানা তো সবকো আতা হৈ

মজা তো জব্ হৈ কি গিরতোঁকো থামলে সাকী।”

“অদোমবু খঙবিবরা মসিগী অর্থ?

“হোয় খঙজে।”

“হায়বিয়ুবা।”

“ঙসি নত্তে। অতোপ্পা নুমিৎ অমদা মসিগী বাংলা হন্দোক্তুনা অদোমবু তাহনজগে।”

গাড়ীদা কাখৎলু হায়বা য়াখিদ্রে আফতাব। ধমকা অমা তৌরকই অনুপমনা মহাক্কী মতৌ অদো উবদা।

“নশাগী হালত য়েংঙু আফতাব।”

তরক তরক য়েংলগা আফতাবনা হায়রকই, “ভাইজান, সোরি সার। আপনি হালত্‌কা খুদ ঐহসাস নহী মুঝকো, মৈনে ঔরোঁসে সুনা পরেশাঁ হুঁ মৈ।” ময়ুম মনাক্তা কুমথবগা হাইফেৎ স্তান তারক্তুনা ইকাইরপ তৌরকই আফতাব।

“থেঙ্ক ইউ সার। মাই হাউস ইজ সো নিয়ার আই কুড গো ওন বাই মাইসেলফ।”

“হোয়নে চৎপা ঙম্নরনি নতোমতা। ক্লবতগী নয়ুম ফাওবসি কয়ামুক নক্রদুনা?” নোক্না নোক্না হায়রকই মহাক্না।

“আই উইল গো টু স্লিপ নাউ। বট্ বিফোর দ্রাট, বান স্মোল পোয়েম।”

“বস্ বস্।”

“প্লিজ ভাবিজী, এ ভেরী স্মোল বান।”

“এ স্মোল হুইস্কী।” ফাগি তৌরুই ঐসু আফতাবতা।

“নো এ স্মোল পোয়েম— ”, হন্দক্তা ইহান-হান্না আফতাবনা ঐবু উরিমাল্লে।

“ওল রাইট, মেক ইট এ কুইক বান।” মহাক্না হায়রকই।

“মৈ মৈকাদে কি রাহ সে হোকর নিকল গয়া, বর্‌না সফর হয়াতকা কাফী তবীল থা।”

গাড়ীনা ঐগী হোটেল মমাঙদা লেপ্লবা মতমদা নুংশা নীংথিনা শাগৎলক্লে। অনৌবা চহীগী অনৌবা কোরৌনা মীশেন্ খাঙখিবা পুমলাং লাঙবা অহিঙ অদুগী অৱাবা পুন্নমক কাউহল্লম্মী।

“অদুদি ঙসিগী ওইনদি কায়নরসি।” সিড়ি ফাওবা থিনজিল্লম্লগা অনুপমনা হায়রকই।

“অমুক্তা উন্নবা হায়দুনি।”

“কৈদৌঙে অমুক ক্লবতা লেঙবিরক্কদগে?”

থোঙজিন ফাওবা চৎলুরগা অমুক হল্লকপা তাখি।

"হিংদুনা লৈরবদি য়াম্না থুনমক লাকচখিগনি— শিগ্রবদি কনানা খঙগনি।"

"ইহে, অদোমসু আফতাবকী লাইনানা পায়রেদনা।"

"হেরা, হেক্তা হায়রগা য়াবরনে।"

"মদুগী অর্থদি?"

"শৈরেংগী লাইনা অদো।"

নোকখৎলকই মহাক্না। মতৎ মতৎ মতেক মতেক তৌবা মীনোক অদো। খজাইদা হয়াই অমনবা মচু। মতৎ মতৎ মতেক মতেক ঈপোম হৌরম্লগা অমুক মাঙখি, তৌইগুম্বসুং মদুগী মমাঙদা খজাই অনিদা কোঙ্গুৎ অনি চোংথোক্লম্মী। ঙকচানদুনা য়েংলম্মী অঙকপা মীনোক অদো। অদুম হায়না ফজবা মীনোক ঐ কৈদৌঙেদা কনানসু নোকপা উখিদ্রি।

"তৌইগুম্বসুং নঙনা ঐঙোন্দা করম হায়না য়েংদুনা লৈরম্বগে হায়বদু হায়য়ুনে! অতোপ্পা মী অমদা কনানবু অদুম হায়না য়েংবা হৌনবগে?"

পুন্নমক নীংশিংলি মহাক্তি। অসুক কুইরবা ৱারী অসি নীংশিংদুনা থম্লগা অসুক কুইরবা মতুংদা কনানবু চিঠিদা অসিগুম্বা ৱারীশিং অসি ইবা ঙম্বগে। পরেংশিংদু শেংফাৎত্রে। নোকপগী ৱারী ইবদা কনানবু মিত্তগী পিরাং শিন্থবগে।

"অদুবু অদুম হায়না করিনো য়েংলম্লিবদুবু?"

"খঙদবোইরে নঙগী ডিম্পল অনিদো— নঙগী খজাইদা কৃৎতক তৌবা কোঙ্গুৎ অনি চোংথোরকপা অদো— ", ৱাহৈশিং অদুনা খোম্থাং ওইদুনা অহাঙবা কা অদুদা কোইলে লৈরুরগা ঐঙোন্দা অমুক য়ৌরকই। কনাদনো ঐনা হায়রিবা ৱাসিবু, কদায়নো মহাকপু? তৌইগুম্বসুং মহাক লৈরম্লবদি ৱাহৈ অসিমক্তি ঐনা মঙোন্দা হায়রমগদৌবা। ঐ খঙ্‌ডি মহাক্না তারম্লবদি মীনোক অদুমক্তি মহাক্না নোক্লমগদৌবা। অতোপ্পা মওং অমদা মহাক নোকপা হৈতে, ঙম্লোই।

মিৎফম হোংদনা য়েংদুনা লৈবদগী করম্বা মতমদা মহাক্কী মিৎয়েংগা অমত্তা ওইখিবনো খঙহৌদ্রে। খঙ্‌ঙকপা মতমদা ইকায়খনা ইঙা-ইঙা তৌদুনা হায়খি, "এরা হেক্তা হায়রগা য়াবরনে? ঙম্লোই, লাইনা অদুনা ঐঙোন্দা পায়বা ঙম্লোই। ফরে চচ্চরগে য়াম্না থুনা অমুক উন্নসি।"

"হোয়, য়াম্না থুনা। ঐখোয়গী নুপাসিবুদি খঙবিদ্রি। দুনিয়াদা মহাক্কীদি থবক নত্তনা অতৈ করিমত্তা লৈতে।"

"করিনো ঐঙোন্দরা হায়রিদুবু?" ষ্টিয়ারিং হুইলদগী নোকমি নোকমি তৌদুনা অনুপম গাড়ী ষ্টার্ট তৌরকই।

"উবিরেদনা, হুইল মথকমক্তদা তুমথরল্লিবসে।" অহুম পুন্না নোকমিন্নে।

নুংথিল ওইবু ওইফাৎত্রি টেলিফোন খীংগৎলকই, "করি তৌবিরিবগে, ঐখোয়গী

অসিদা লেঙবিরকউ কৈদৌগে। মখোয়না ৱারী শামিন্নসি হায়রিয়ে। আফতাবসু লাকনি। মহাক্কী গজল তাসি। য়াম্না থুনা লেঙবিরকউ, থীছবিবা তৌবিরকনু।"

"ঐদি ঈশৈদা ঔরঙ্গজেবনি। ঐনা করিবু খঙগদে।"

"অওইবরনে।" থিক থিক নোকপা মীনোক অদু অমুক্তা। ৱাহৈ খুদিংগী 'অওইবরনে' তাবদা ঐ অহানবদা নোক্লিংলম্মী। তৌইগুম্বসুং কাইনথংদদি অঁতে করিমতা খনখিদ্রে। নোংমা ফাগি ওইনা হায়রুই,—

"খঙবিবরা, অদোমগী শাথীনা ফত্তবা হৈনবী অমা লৈয়ে।"

"শাথীনা ফত্তবা হৈনবী, করিনো হায়দোকপিয়ুবা?"

"অদোমদি মতম পুন্নমক্তা ৱাহৈ খুদিংগী হেক্তা "অওইবরনে।"

"অওইবরনে"— ৱা ৱা লাউনা ঐখোয় অনি পুন্না নোকমিন্নে।

"অদোমগীসু লৈয়ে।" ইশাগী মহৌশাগী হৈনবী অদু নোংমতসু খঙবা ঙম্লুদে, অদুনা হাইফেৎ ঙকচানরম্মী।

"করিনো হায়দোকপিয়ু— "

"ইশানা খন্দুনা য়েংবিয়ু।"

"কদায়, ঐগীদি অদুগুম্বা মহৌশাগী হৈনবী লৈতেনা। এরা, হেক্তা হায়রগা য়াবরনে।"

"অওইবরনে।"

"অওইবনিয়ে।"

"অদোমগী হৈনবী হায়ববু হায়বিখিবদুনি— এরা, হেক্তা হায়রগা য়াবরনে।"

"এরা, হেক্তা হায়রগা য়াবরনে।"

নুমিদাং অদো কয়া কুইনা অনুপমগীদা ফমখিবা— ঙসি নীংশিংদরে। অসিতদি নীংশিংলি, শুম্নাৎপগা পঙথবগা লোয়ননা তারম্মী আফতাবকী কবিতা অমদি গজল। অফাওবা অমদি ফাওদবা উর্দু শায়রশিংগী মখল কয়াগী কবিতা কয়া। আফতাবতগীনি তাখিবা ফজখ্রবা পরেং অনিদো।

> "ঝুমকে না পহনো জান ঝুমকে—
> ঝুমকে পহনোগে ঝুমকে
> (তো) ঝুমকে চুম লেঙ্গে ঝুমকে।"

তাঞ্জা অদো নুমিদাং বারোমুক তারে। আফতাব য়ুনা পঙথখ্রে। টেবলগী মথক্তা লিক্লি গ্লাস অমসুং সিগারিটকী মৈখু মরক্তা লেকথখ্রে। অনুপমগী ইঙ্গিততা ঐখোয় পুন্নমক হৌগৎলম্মী। তৌইগুম্বসুং যাম্না লাপ্নদি চৎপা তারমদে। থোঙজিনদগী ঐখোয় অহুম্মক হল্লকপা তাখি। য়ুগী ময়াইদা গজল হৌখ্রে আফতাব। মির্জা গালিবকী ফজখ্রবা গজল অদো। খংলেপ লেপ্লি ঐখোয় পুন্নমক! অদুগা আফতাবনা শকথরম্মী। নিংথমগী উন-তাবা অহিঙ অদুগী অদুগুম্বা মতৌ অদু ঐ কাউবা ঙমদে।

"ফরে নণ্ড নীংশিংদ্রবরা শৈরেংগী পরেংশিংদু। নঙনা নোংমা বাংলাদা হন্দোক্লুনা ঐঙোন্দা তাহনখিবদাই। শোয়দনা নীংশিংলিগনি। ঐনা ইরিবসি চুমদ্রা য়েংঙু?"

শেংফাত্রবা মুৎলি মুৎলি তৌরবা মরক অদুদসু পরেংশিং অদু ফাওগৎলক্রি। অহিঙ অদুদা আফতাবকী গজল অদো চেদা য়েকপগুম ঐগী পূক্লিংগী চেবাংদা য়েকতুনা লৈরি।

"হোয় হোয়, চপ-চানা লৈরি, নীংশিংলি।" নিংথমগী খংশিং শিংলকপা নুংশিৎতা লাপ্না লৈরিবা থোঙনাও অদো দোং লাউনা হাংদোকখি। কনাগনো ঐনা ৱারী শান্নরিবসিবু। নুংশিৎকী উ-উ লাউবা মখোলদা ঐগী ৱাহৈশিং অদো তিনখ্রমাল্লে। নৎত্রবদি, ইতোমতা ইখায়জরমগনি। তৌইগুম্বসুং অসুক কুইরবা অহিঙ অদুগী ৱারী অদুদি ঙসিসু ঐ কাউদ্রি। মহাক্কী ৱারী হাইফেৎ মশেন-মরান ওইবগুম তৌরম্লবনি, তৌইগুম্বসুং ঙসিদি অমুক হন্না পুন্নমক শেংনা নীংশিংলক্রে। নীং-শিংলি টেবল অদুদা হিপ্লোই-ফম্বোই তৌদুনা শকখিবা আফতাবকী গজল অদো—

কোঈ উম্মীদ বর নহীঁ আতী
কোঈ সুরত নজর নহীঁ আতী।
মৌত কা একদিন মে ঐয়ন হৈ
নীন্দ ক্যোঁ রাভ ভর নহীঁ আতী।
আগে আতী থী হালে দিলগেহঁসী
অব কিসী বাত পর নহীঁ আতী।
জানতা হুঁ সববে— তায়ত-তো জে হদ
পর তবীয়ত ইধর নহীঁ আতী।
হৈ কুছ ঐসী হী বাদ জো চুপ হুঁ
পর তবীয়ত ইধর নহীঁ আতী।
হৈ কুছ ঐসী হী বাদ জো চুপ হুঁ
ৱরনা ক্যা বাত কর নহীঁ আতী।
কুঁন চিঁখু কি য়্যাদ করতে হৈ
মেরী আৱাজ গর নহীঁ আতী।
দাগে দিল গর নজর নহীঁ আতা
ৱো ভী এ চারাগর নহীঁ আতী।
হম ৱঁহা হৈ জঁহাসে হমকোভী
অপ অপনি খবর নহীঁ আতী।
মরতে হৈ আরজু মেঁ মরণে কী
মৌত আতী পর নহীঁ আতী।
কাবে কিস মুঁহসে জাওগে "গালিব"

শরম তুমকো মগর নহীঁ আতী।

"নঙদি লোইনা কাউখ্রমাগ্লে, নত্রা? তৌইগুম্বসুং য়েংঙু ঐদি লোইনা নীংশিংলি। কয়াদা ফজখ্রবা, কয়াদা নীংথিজখ্রবা অরোইবগী পরেং খরা অদু—

হম্ বঁহা হৈ জঁহা সে হমকোভী
অপ অপনি খবর নহীঁ আতী।
মরতে হৈঁ আরজু মেঁ মরনেকী
মৌত আতী পর নহীঁ আতী।"

"ওসি খল্লি পরেংশিং অসি ঐগীদমক্তা ওইনা ইরম্বা জাৎনি। হায়য়ু হায়বা, নুমিৎতুদা আফতাবনা ঐগী তুংগী বা খুন্দুনা ঈশৈ অদো শকখিব্রা? কনানা খঙগনি, মদুমক ওইরম্বসু য়াই। লোইনমক ঐগী পুল্লিগা চপ চান্নরি। ঐসু খঙদে ঐ অসিবু কদায়দনো, করিগীনো। কদায়দা চৎলিবনো, করিগী চৎলিবনো। ঐগী পুল্লিগী মমলনা কয়াম য়াম্বা! ঐ খঙ্ঙি, নঙনা হায়গনি— করিগী, নঙোন্দা কান্নরমদ্রবসু অতৈ অতোপ্পা কনাগুম্বগী কান্নরম্বা য়াইদনা। নঙগীদি বা অদুতনি। ঐদি শিনিংলবনি। মরক মরক্তা খল্লি, শিহনবিরো হায়দুনা ভগবানগী মফমদা নিজরসিরা। তৌইগুম্বসুং কদায় অমং-য়াইখোং হায়বদো ঐগী ইফমদি সুকলাক-লাকখিদ্রে। কয়ারক চঙশিল্লুরবনি অমং-য়াইখোংগী খয়াত্তা তৌইগুম্বসুং মতম খুদিংমক্তা অমং-য়াইখোংনা ঐবু ঈস্তোরকই। অমং-য়াইখোংগী মফমদা ফাওবা ঐসে কান্নদ্রবনি। নুমিৎ অদুসু শিরগে হায়না চৎপনি কুতুবমিনারদা। নঙননি। নঙননি অপনবা পীখিবা। করিগীনো? করিগীনো? ঐনা নঙগী করি তৌরুরদুনা?"

অকোনবগী পরেং অদো পাবা সুকঙম-ঙমদ্রে। পিরাংনা চোৎখ্রে। খারৌদুনা চিঠিদা মকোক থমদুনা হিক্লা হিক্লা পংকপ্তা কপখ্রমাগ্লে। তৌইগুম্বসুং মথংগী পরেংশিংদু মুৎলি মুৎলি তৌরবসু পাবদা থোইনা খুদোং চাদবদি তৌদ্রে।

ঐগীদো ফিভমদো অদুনি। য়াম্না ফজনা বাংলাদা নঙনা হন্দোকপিখিবনি অরোইবগী পরেং খরা অদো। য়েংঙুনে ঐবু নীংশিংলিব্রা; অসুম হায়না তৌবদাইদো ঃ—

থম্মোয় মৈচাক চাক্লি মৈরী হৌনা
খঙবদি ঙমদে।
চাকথেক্লবা থম্মোয়গী চাক্লম অদো
ঐঙোন্দা ফাওদবরা।
ইশাবু থিবদা ঐ ইশামক
নুংতিগী মাঙহঞ্জরে।
শিবা হায়বদো ঐগীদি লাকখিদ্রে
ফনদি কপ্পবনি।

"চুমদ্রনে ইরিসিবু? নঙদি শোয়দনা কাউরন্ননি। ঐদি কাউদ্রি? করম হায়না কাউগদৌরিবনো? নঙ্দি খঙলমদবা য়াই। নঙনা ইবা চেজেৎ অদো হৌজিকসু ঐঙোন্দা লৈরি। চিঠি অসি ইবদা মদু মাঙদা থন্নগা ইরিবনি। মানি, নঙসু তশেং-নমক ঐগীদমক্তনি খন্দুনা মদু বাংলাদা হন্দোক্নুনা চেজেৎ অদো ঐঙোন্দা পীখিবনি, নৎত্রা? অওইবরনে।"

"এরা, হেক্তা হায়রগা য়াবরনে!" থোঙনাও অদো গম লাউনা অমুক থিংজনখি। ইশাগী বা অদো অহাঙবা কা অদুদা ফজনা শেংনা নাকোংদা য়ৈরে।

কাশ্মীরগী মতমশিংদু য়াম্না নুংঙাইনা লেল্লম্মী। অহিঙ-নুংথিল বা-বা লাউনা ঙসিনা অসিদা, হয়েংনা আ-দা। করম্বা তাঞ্জাদা করম হায়না "অদোম" দগী "নঙ" দা ওনশিনখিবা কনাসু খঙবা ঙমহৌদ। অনুপমগী ইচম-চম্বা অঙাংগুম্বা ব্যবহারনা ঐবু গুস্কাৎলম্মী। করিগুম্বা মরম অমদা করিগুম্বা বাকৎপা ঐ উখিদে। পুন্সি অসিদগী নিগদবা মহাক্কী করিগুম্বা অমত্তা লৈরমদবগুম তৌই। পুন্নমক ফংলবগী মতানি। হায়রুরগা খুন্নকই, "অসিনিদনা, লৈরিদনা। অতৈ করি দরকারনো। আশা য়াম্না তৌরুরবদি নীংবা কায়বা শোয়দ্রবনি। নঙবু করি হায়বগে?"

"অওইবরনে? অদুনা ওইরমান্নে আশা য়াম্না তৌরুদুনা ঐনা নীংবা কায়রিবসে?"

"করিগী, নঙনা করম হায়না নীংবা কায়রিবা?"

"নঙগা কাশ্মীর অসি কোয়গে খল্লম্বনি। আশা কয়া তৌদুনা মফম অসিদা লাকপনি, অদুবু নঙগীদি থবক থবক থবক ঙাক্তা।"

"ও অদু ওইরে। কৈদৌরগে চৎমিন্ননবা লৈরিসিদি। কোয়রুদনা।"

"অদুবুদি কোয়রিয়ে। নঙগীদমক্তা ফমদুনা লৈরিবোইরে?"

ঙসিনা পহেলগাম, হয়েংনা গুলমার্গ, নিশাত, শালিমার, চশমেশাহী, খিলানমার্গ, ফনা কোয়দুনসু অরাবা খঙখিদে, ঐবুসু কোয়বগী ময়াইনা ফংলম্মী। করি করিগুম্বা নুমিৎতা অনুপমসু য়াওই। মরক মরক্তা আফতাবসু লাকই। গুলমার্গ চৎপদা শগোলদগী ওন্থদুনা ওন্থোকপা থৌদোক্-কাসু থোকখ্রবনি। ঙম্মোই হায়র হায়রগা হেঙ্গৎলম্মী, "করিগী, ঐ ঙমগনি।" ঐগা অনুপমগা আফতাবকনা পায়বা নঙহৌদ্রিঙৈদা দম্ লাউনা শগোলদগী লৈপাক্তা। পোর্টারশিং অদুদি নোকপনা শিগদৌরম্মী। তাঞ্জা অদুমক্তদা আফতাবনা হায়রকখি, "ভাবীজী, ইংরাজীদা বাহৈ অমা লৈ:— প্রাইড মষ্ট হ্যাভ এ ফোল। মদুমক হেক থোক্লে।"

বারমূলা চৎপদা লেপ্লুই "রেজিনা" সিনেমাগী মমাংদা। কাশ্মীরগী শহীদ মকবুল আহম্মদ শেরবানগী ঈ-না শেংলবা বারমূলানি। তমথীরবশিংগী গুলিদা থবায় কৎখিবা শহর অসিদনি। রেজিনা সিনেমাগী ফক্লাংদা গুলিগী দাগ উবদা ঐখোয় অনিমক কিবনা হকচাং শ্বাই লাউনা লেপখৎলম্মী। অমুকসু চৎলুই কনভেন্ট অদুদা। অতেক-অকায় ঙাক্তা ঙায়রমখি প্রেজেন্টেশন কনভেন্ট। কর্ণেল ডাইক্স্ অমদি মহাক্কী

লাক্লুনা কনভেন্ট অসিদা লান্দারকখি। হোসপিতাল, স্কুল থুগাইদুনা মচেৎ মচেৎ তাহনখি। লাপথ্রবা স্পেনগী সন্ন্যাসিনী সিষ্টার টেরেসেলেনীগী ঈ-না অঙৌবা নুং পূমঙাং ঙাংখি। অদুগুম্বা মীগী শাজৎ চৎতবশিং অদুনা নৈহৎপদা যীশুগী ক্রোস নীকখি মিৎকুপ অমতং।"

"নত্তে, চৎলসি মফম অসিদগী— ঐ লৈনিংদ্রে। য়াচংবা মতম য়ৌরক্লে, হকচাং অসি শ্বাই শ্বাই লাউশিল্লক্লে।" নমদুনা চিংবোই-লাকপোই তৌদুনা মফম অদুদগী পুথোরকখি। লম্বী লমশাং অদু বা অমত্তা ঙাঙ্নরকখিদে।

তৌইগুম্বসুং নোংমদি পূন্নমক খংলোই লোইশিনখি। অদুক য়াম্না বা-বা লাউবা, কোয়লাং লাংবা, হরাও-কুম্মে পূন্নমক চেজেৎ অমগী মথক্তা ইবা বাহে খরদা পূমলোই লোইশিনখি।

নুমিৎ খুদিংগী মতৌগুম্না নুমিৎ অদুসু নুমিদাংবাইরম চৎলুই অনুপমগী ময়ূমদা। মখোয় অনিগী শূকথনা লৈরম্বা মায়থোং অদু উবদা খঙবা ঙন্নম্মী করিগুম্বা অমা থোক্লে হায়বসি। ফুম্বংনবা মতৌনি। হংলুবদা চেজেৎ মচা অমা লাম্থোরকই। মিলিটারীগী পুল্সিদা বরাবর থোকপা অদুমক থোক্লে। অনুপমগী মফম হোংবগী ওর্ডার লাক্লে। চুন্নগী মফম হোংবগী ওর্ডারি ওইরগদি ময়াম অসুক য়াম্না বানরোইদবনি। অদুবু মফম হোংলিবসি ফোরবার্ড এরিয়াদনি। অনুপমসু খঙদে মহাক্না চৎকদৌরিবসি কদায়দনো হায়বা।

"খঙবরা ব্রাদর, ঐখোয়গী লুহোংবা চহী অমা ফাওবা ফাদ্রি। নুমিৎ তরামঙানি মতুংদা ঐখোয়গী লুহোংবগী এনিভার্সারিনি। হন্দক্তি ময়াম বা বা লাউনা কুম্মে চাউনা তৌদুনা নুমিৎ অসি হরাওমিন্নসি খল্লম্বনি। নঙনে, আফতাবনে অদুগা অতৈ ময়াম অমসুনে।"

মতম খুদিংদা নোকমি-নোকমিতা তৌদুনা লৈবা অদুগুম্বা অনুপমগী লুমতক তৌবা মখোল অদো তাবদা ঐ হাইফেৎ ঙকখি। অদু ওইরবদি পুল্সি অসিদা অনুপমগীসু বাকৎ লৈদনা।

"তো উস্মে ক্যা হুবা। সির্ফ একদিন কে লিয়ে সার আপ আ জানা। উই উইল সেলিব্রেট।" ইখঙ-খঙহৌদনা শঙ্গাইশেলগুম্না আফতাব থুংলে। মিৎকুপ খরগী মনুংদা ফুম্বংনবা মতৌ অদো মাঙখি। "বেয়ারা হুইস্কী লাও।" হায়দুনা লাউরগা আফতাব তং তানা ফমথদুনা প্লান শেম্লকই। থৌরাং পূন্নমক ঐখোয়না লোইশিনদুনা থম্লমগনি। ক্লবতা অমুক্তা গ্রান্দ বোল তৌগনি। নুমিদাংবাইরম অনুপম থুংলগনি, করিনো অমা হায়জিন্দুনা নোংমগী ছুটি লৌরগা লোইরে। অয়ুক অমুক হনখিগনি। খুদক্তা অনুপমগী মায়থোং মকা লাম্লকই। চেনশিনখিদুনা ইমুংদা চঙখ্রে হায়রগা ডিম্পল স্কোচ্ হুইস্কীগী লিক্রি পুথোরক্লুনা টেবলদা থম্লগা হায়রকই,— "ঠিক হৈ। মদুদা তারে। লিক্রি অসিনা টোষ্ট তৌরসি। করি হায়রিবগে নঙবু?"

“ফৈ কৈদৌগে। অদুদা আফতাবদৌনা ঙাওশিন্নরবদি।”

“‘কৈদৌগে নোং-ফাদোক তৌববু। পুন্সি চুপ্পা অসিসু ময়াই অমগুম্বনি। করি হায়বগে ব্রাদর নঙদি?”

“ঐনা করি অমুক হায়গনি মরক অসিদা।” মখোয় অনিগী ৱাহৈশিংদু তাবদা য়াম্না নুংঙাইরম্মী, অদুনা অতৈ তর্ক অমুক তৌরুদনা ঐনা হায়।

“মদুগী অর্থদি! নঙদি মাষ্টর ওফ সিরিমোনিজনি। নঙনি টৌষ্ট হৈথগদৌরিবদি।”

“এরা হেক্তা হায়রগা য়াবরনে।”

“য়াইনে। নঙতা য়ারগা লোইরে।”

“অদুদি নঙ য়ারে হায়রো।” অনুপমনা হায়রকই।

“ফরে, য়ারে।”

মথংগী নুমিৎ অদুমক্তদা অনুপম চৎখ্রে। কনানা খঙবা চৎলমদাইদা ঐগী মিৎ অনিসু পিরাংনা নীক নীক লাউখিবরা। নোকমি নোকমি তৌদুনা ঐবু কোনশিল্লগা হায়রম্মী, “ডোন্ট বি সিলি।” কাচিন অমদা চিংশিল্লগা হায়রম্মী, ‘চৎলেকো ব্রাদর, কৈদৌঙৈ হল্লক্কদবা খঙদে। কনানা খঙবা হল্লক্তবসু য়াই। খঙ্লিবদুনি ঐখোয়গী চাকরি। ভাই, লুক আফটর হার। মহাকপু খরা য়েংলম্মু। যাম্না অঙাং-মচানি।”

“শোয়দনা য়েংলমগনি, শোয়দনা। ডোন্ট বোদর। করিমতা ৱাহল্লোই। ঐনা ফনবা য়েংলমগনি।” হায়খি অনুপমগী মখুৎ অনিদো পায়দুনা।

“নীংশিংলিবরা প্লেনদা অনুপমনা চৎখিবদো? শোয়দনা নীংশিংলিগনি, নৎত্রা?”

হন্দমুকসু পবেং খরমুক শেংফাৎত্রে। খঙ্ঙি অনুপমগীদমক মহাক কপলম্বা জাৎনি। শোয়দনা হিক্লা হিক্লা কপ্পমগনি, মিৎকী পিনা ময়েক পুন্নমক চামথোকখরে। অনুপমবু মহাক্না য়াম্না নুংশিজবনি। অদুনা অনুপমগীদমক্তা কপ্লম্বা ওইরমগনি। করিগী মহাক্তনো, ঐসু অনুপমগীদমক কপখি। ঙসিসু কপ্লিবসিনি অনুপমগীদমক। ঐনা মঙোন্দা ৱাশকখিবদুদি। কয়ামুক পূকচেল তিংখিবা, কয়ামুক মমল য়াওখিবা ঐগী ৱাশক অদো। ৱাশক অদু ঐনা ঙাকপা ঙম্লববা।

“তৌইগুম্বসুং ঐ অতৈ অমুক ইবা ঙমশিল্লক্ত্রে। অহিঙ অদুগী ৱা ঐ লোইনা নীংশিংদ্রে। নঙদি লোইনা নীংশিংলম্বা য়াই। তৌইগুম্বসুং নীংশিংলিবা খরতং অসিদি কাউবা সুকঙম ঙমদ্রে। ঐদি কাউনিংলবনি। নঙদি, নঙদি শোয়দনা নীংশিংলিগনি। ঐ অতৈ ইবা ঙমশিল্লক্ত্রে। ঐগী ইখুৎ অসি নিকশিল্লক্লে। হায়য়ুবা কৈদৌগে করি করি তৌখিবগে অহিঙ অদু। অমুক্তংতদি হায়য়ু… … ঐ অতৈ অমুক নোংমতা খঙগে হাযজরোই। অমুক্তংদি হায়য়ুবা।”

## ।। ৩ ।।

**"মুঝে য়ে কফস অজিজ হৈ, য়হাঁ জিতো লূঙ্গা করারসে**
**মুঝে অব চমন-মে না লে চলো, মৈ ঘবরা গয়া হুঁ বহারসে।"***

পূন্নমক ময়েক শেংনা চেদা য়েকপা লাইগুম নীংশিংলি অহিঙ অদুগী থৌদোক। মালংদা শাবা ফুরাগুম ইমাঙমক্তদা মী অমগী পৃথিবী কায়দুনা মচেৎ মচেৎ তাদুনা শুন্দ্রংদা তিনখি। করিমতা তৌবা ঙমখিদে। করিমতা তৌনিংঙাইসু লৈরমদে। ৱাহৈ খরতংনি— অদুদগী পুমলোই লোইখি মী অমগী মচু মচুগী মঙ্লান কয়া, ফজখরবা ৱাখল— কল্পনা কয়া।

অহিঙ অদুসু শ্রীনগরগী অচৌ-অশাংগী ক্লব অদো মৈঙাল্লা পুমঙান-ঙাল্লম্মী। কেপ্টেন আফতাব মতোমতনা চামা ওইদুনা অনুপমগী লুহোংবগী এনিভার্সারিগী থৌরাং শীল্লম্মী। লৈরাংগী লৈরাং ঙাক্তনা থল্লম্মী ডান্স হোল, অদুগা চেলহল্লম্মী হুইস্কীগী ঈচেল. অনুপমগী মখুৎমক্তা থল্লম্বা ডিম্পল স্কোচনা টোষ্ট তৌরম্মী, "মেনী হ্যাপী রিটর্নস। ৱান হ্যাপী ডে।" য়াল্লা ফজনা উরম্মী মহাকপু নুমিৎ অদো। মায়থোংদা নোকপগী ঈপোম হৌরম্মী। অতৎপা লৈতনা ডিম্পল অনিদো হরাওবনা তথক তথক জগোই শারম্মী। ময়াম পূন্নমক অহিঙ অদুদা ফজশ্রবা পূল্সি অনিগী য়াইফ নুংঙাই নিরম্মী। অুদগা নেশাগী ময়াইদা নোক্রম্মী থম্মোয় তিংনা। ক্লবকী বেগুসু ময়াই কাখিমাল্লে নুমিৎ অদো। অমগী মথংদা অমা ডান্স চৎথরম্মী। "নাইট্স ওফ্ গ্লেডনেস্স", অতৈ কয়াসু।

"কদায় অনুপমদি হৌজিক ফাওবা লাকত্রি!" জগোইগী পুংলোন খায়দোরকপদা ৱা অসি হায়রম্মী।

"হৌজিকমক লাকপা য়াইনা। ৱানিংঙাই লৈতে।"

"ঙসিদি য়াল্লা শাথীনা থকচিল্লুরে, খরগা অমুক থেঙ্জিল্লক্রবদি মাবু শক খঙদবরা করিনো।" হায়রগা নোকখৎলকখি।

অহানবদা খঙলমদে করিনো হায়বা। ইখঙ-খঙহৌদনা হোল অদো পূমচিকচিকখি। জীপ অমা লাক্তুনা মপান্দা লেপ্লে। মী খরা চেনশিনখি জীপ মনাক্তা, মিৎকুপমুক মতুংদা ময়াম অমুক হল্লকখি হোল মনুংদা খোঙথাং তপ্না তপ্না থাং দুনা। বেগু য়ৈবা খংলেপ লেপখি। চাউশ্রবা ডান্স হোল অদুগী ময়ায়দা লেপতুনা লৈরম্মী ঐখোয় অনিতা। নেশাগী ময়াইদা আফতাবকী ঈশৈ লেপখি— অদুগা

---

* কৈগুমশঙ অসিনা ঐদি হেল্লা পামজৈ, মফম অসিদনা ঈংনা লৈবা ঙমগনি। ঐবু লৈকোনদা অমুক পূদুনা চৎলগনু; লৈশাৎতল্লা ফজবদো ঐদি খাঙবা ঙমজদে।

মখোল হৌনা মখুত্তগী তাখি হুইস্কগী গ্লাস। খোঞ্জেল হৌনা মহাক্কা কপ্পা অমদি হিকপা তারম্মী। মিৎকুপ অমগী মনুংদা পূন্নমক করিনো অমা তৌখি। কনামতনা কনামতবু খণ্ডদবগুম তৌখি। তপ্পি তপ্পি হোল অদো তাকপা হৌরম্মী। মী অমমম অনি-নি ঐখোয়গী মাঙদা লাকতুনা লেপ্পম্মী অদুগা মুরুম মুরুম তৌদুনা করিনো ঙাংলম্লগা চৎনখি।

ৰাহে খরতনি। "মেজর ব্যানার্জী কিল্‌ড ইন্ এক্সন।" অতে করিসু য়াওরমদে। মিলিটারী ডিক্সনারীগী য়াম্না মল্লবা ৰাহে মঙাখক্তনি।

"করি তৌরবগে! নখোয় পূন্নমক তুমিন লৈরিবা করিগীনো? অনুপমবু লাক্লরোইদ্রা?"

ৰাহে অমখক্তনি তাবা ফংখিবা। মিৎকুপ অমদা চেজেৎ অদো ঐগী খুৎতগী মুনখি, অদুগী হেক মথংদা মকোক ঙাওদুনা হাইথখি। লৈপাক্তা তাদ্রিঙৈদা করম্বা তাঞ্জাদা কোনশিলহৌবনো ঐ ইশামক ভাব তাহৌদে।

"তৌইগুম্বসুং অহিঙ অদুগী মথংগী বা পূন্নমক্তি ঐ নীংশিংলি। নঙনা নীং-শিংহন্দ্রবসু য়াগনি। শেংফাত্ত-শেংফাত্তা ওইরবসু লোইনমক নীংশিংলি। করম হায়না তৌদুনা পূমলোই লোইশিনখি, নৎত্রা? অনুপমনা অদুম হায়না ঐঙোন্দা তাৎ তৌরম্লগা চৎখিগনি হায়বসি করম্বা মতমদবু খনখিবগে! করিগীনো, ঐনা মহাক্কী করি তৌরুবগে হায়য়ু— " মিৎকী পিনা চোৎলবা চিঠিগী পরেংশিং অদুমক হিক্কা হিক্কা কপ্পিবোই খল্লকই।

"ফরে অদুদি হায়য়ু, ইখঙ খঙদৌদনা ঐনা অসুম হায়না য়ু পায়খ্রিবা অসি করিগীনো। অসিগুম্বা অসি নাটক-নোভেলদদি থোকই হায়না তায়। অৱাবগা খং থেং থেংনবদা অৱাবা অদো কাউননবা হায়দুনা কনা কনাগুম্বনা য়ু পায়নৈ হায়। তৌইগুম্বসুং ঐনা পায়খিবসিদি করিগীনো। অৱাবা কাউননবা হায়দুনা পায়বা ওইরম্নবদি, হায়য়ু করিগীনো অৱাবা কাউবা ঙমদ্রিবসি? ঐগী অৱাবদি ঐগী কোন্ননা অসুম লৈরে। য়ু হেক থকপগা নীংশিংলকই অহিঙ অদুগী বা, অনুপমগী বা। ঐগী পুন্সিগী খ্বাইদগী ফজবা নুমিৎনি নুমিৎ অদো, অদুগা ঐগী পুন্সিগী খ্বাইদগী হেন্না শাথীবা অৱাবা পুরকপসু নুমিৎ অদুনি। নুমিৎ অদুবু ঐ কাউবা ঙমদে। নুমিৎ অদুবু নীংশিংদুনা থম্ননবা হায়দুনা ঐনা য়ু পায়খিবা ওইরব্রা। খঙদে, হৌজিক ফাওবা চপ চানা খঙবা ঙমদ্রি।"

"ফরে অদুবু করিগীনো অদুক য়াম্না থক্লিবদি?"

"কনানা খঙবগে করিগী থক্লিবনো। অদুম্নদি ওইরবদা থক্লি, খরদুম হেন্না থক্লি।"

"করিগীনো করি কান্নবগে। থক্লগা খাঙবা ঙমদবা, বেহুঁস ওইদুনা তাবা, অদুগসু থকপা শারি।"

"করিনোনো হায়রিবদুবু। অৱাবা খাঙননবা হায়দুনা ঐবু থক্লিবরা নৎত্রগা হুঁস

থম্নবা হায়দুনা থক্লিবরা, বেহুঁস ওইগে হায়দুনা থকপা ওইবা য়াই। কনানা খঙগনি। তৌইগুম্বসুং করিবু য়েংদুনা হিংসিগে হায়য়ুনে। তাংজফম অমদি লৈবা তাইদনা।"

"অদু ওইদুনসু নশাবুদি ৱারকপা ঙমদ্রগা।"

"করি কান্নবা। ৱারক্লবা হায়দুনা নঙ লৈরিদনা। নীংশিংলিবরা শৈরেং অদো মজা তো জব হৈ কি গিরতোঁ কো থামলে সাকী— "

মরৈ য়েংনবা ঙমখিদে। তৌইগুম্বসুং মহাকপু মমায় লৈহনবসু ঙমখিদে। মরক মরক্তা চৈনা ফংখি ইশা ইথক্তগী থম্মোয়দা। চৎলমদাইদা মিৎলু তনিক তনিক্লা ঐগী খুৎ অনি পায়দুনা অনুপমনা হায়রম্বনি, "চৎলেদো ব্রাদর। কৈদৌঙে হল্লক্কদবা খঙদে। কনানা খঙবা হল্লক্তবসু য়াই। খঙলিবদুনি ঐখোয়গী চাকরী। ভাই লুক আফটার হার। মহাকপু খরা য়েংবিরম্মু। শাথীনা অঙাং মচানি।"

"শোয়দনা য়েংলমগনি, শোয়দনা। ডোন্ট বোদর। মাগী করিমতা ৱারোই। ঐনা য়েংলমগনি।" হায়খি অনুপমদা। ৱা অদুগী মমল কয়া য়াম্না লৈরিবা। ঐ ঙমখিদে। থৎলুই, থৎনবা লাক্লরুই— তৌইগুম্বসুং ঙমখিদে।

নোংমা অফা-অপুন পুন্নমক্কী ৱাং লানদুনা অহিঙ পুং অনি তাবা মতমদা মহাক্না য়ু ঙাওবা হৌরকপদা অশাওবগী মৈনা ঐনা হায়খি, "নঙদি খঙদে, মথং মথং নঙনা কয়া য়াম্না লৈখাদা তারক্লিবা। নঙগী নমিৎ মমাংমক্তদা নঙগী মালেম্না কীহ্রিবসে।— "

পাউখুম ফংখি, "করিগীনো, ঐগী মালেমদি অহিঙ অদুদনা কীহ্খরবনি। নৎত্রনে?"

"নত্তে, মালেম অদো শেমজিনবা য়ারম্বনি, অদুবু হৌজিক্তি মদু য়াদবসু য়াই।"

"মমাঙলোম থংবা থোঙনাউ অসি খরা হাংদোক্কেরা?"

"থোঙনাউ! করিগীনো? হকচাং ঙমদ্রবরা? ফেন অসি থাগেদনা?"

'নত্তে, খোঙনাউ অদো হাংদোকউ। ঐ ইশামক্লা য়েংজগে থোঙনাউ অসিদা করম হায়না কীহ্রিবা ঐগী মালেমনা। নুংঙাইরোইদ্রনে য়েংবদা?"

"করিনোনে পংঙাঙ্‌তা ঙাঙ্‌লিদুবু?"

"নঙগী ইকবালগী শৈরেং অদো কয়াদা ফজখ্রবা। নশা পিলাকে গিরানা তো সব কো আতা হৈ, মজা তো জব হৈ কি গিরতোঁ কো থামলে সাকী। য়ু পিথক্লগা ঈহ্‌দুনা তুহনবা মী পুন্নমক্লা ঙম্মি, তৌইগুম্বসুং নিশানা তুথরক্লিবা মী অদুবু ঙাক্তুনা থম্বিবদুনি খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবদি।"

"অহিঙ-নোংয়াইদা নঙগী কবিতা অদো নুংঙাইরকখিদে। অদুবু করিগীনো নঙনা অদুম হায়না থক্লিবা। নোংমতা ফাওবা নশাবু ৱারকপা ঙমদ্রবরা?"

"নঙ করিমতা খঙদবা জাৎনি। নীংশিংদ্রা ওস্কার ৱাইল্ডগী ৱাদো— *the only way to get rid of temptation is to yeild to it— resist it and your*

soul becomes sick! ঐনা তৌরিবসি মদুমক্নি।"

"নোং ঙাল্লক্কদৌরে, খরা তুমহৌনবা তৌরো।"

"অওইবরনে। নোং ঙাল্লক্রবা? অদু ওইরবদি অল্লাগী মিংলেন শোনবা তারে, নৎত্রা? 'কটী হৈ রাত হঙ্গা-গুন্তরী মে তেরী, সহর করীব হৈ অল্লাহ্কা নাম লে সাকী।' চুমদ্রনে হায়রিবসিবু?"

"হোয়নে চুম্মিনে হায়রিবদো। অতৈমক নৎত্রবসু শৈরেং অদুগী মায় য়েংদুনা ঙসিদি মতাং অসিদা লোইশিল্লো।"

"কয়াদা ফজল্ববা শৈরেংনো। অহিঙ চুপ্পা ৱা-ৱা কোয়লাং-লাংদুনা লেনখ্রে; অহিঙ মমৈ ওইরক্লে নোংঙাল্লক্লে, হৌজিক্তি অল্লাগী মিংলেন শোল্লসি সাকী। অদুগা করিনো শৈরেং অমগা থীবদো আফতাবনা?"

"ঐ নীংশিংদ্রে।"

"অওইবনি, হায়রুবা। করিনো মদুবুনে— অজাঁ হো রহী হৈ পিলা জল্দ সাকী, ইবাদৎ করুঁ আজ মখমুর হোকর। ঐবু য়াম্না থুনা পীথক্লোনে সাকী, আজান লাউবা হৌখরে; ঙসিদি ঐ থৱায়-হকচাং য়াওনা নমাজ তৌরগে।"

"মরক মরক্তা নঙ য়াম্না শাউখি অহিঙ-নোংয়াইদা ঐগী অদুগুম্বা ঙাওশিন্নবদো উবদা। তৌইগুম্বসুং করিদি তৌনিংঙাই লৈরম্বগে হায়য়ু। নঙ নত্তনা অতৈ কনানবুদি ঐগী অদুগুম্বা ওৎ-নৈবদো য়াবিগদগে। নুমিৎ কয়ানি অতৎপা লৈতনা নঙনা ঐগী ইনাক্তা নক্লা লৈখি। ঐগী মীনি হায়দুনা লৈরম্বা কাঙবু, ঐবু মরূপ-মপাং ওইনা ফং ননবা ঙাওরম্বা কাঙবু, ঐবু নুংশিবা কাঙবু, ইকায়-খুম্নবা তৌবা, লুনা তৌবা ময়াম পুন্নমক নোংমদি লাপথোকখি। ঐ অসি কনামতা নত্তবগুম তৌখি। করিগীনো অসুন্না তৌরিবসিবু হায়বা ঙমবরা? নঙ নতোমতনি নুমিৎ অদু ঐগী ইনাক্তা লেপ্তুনা লৈরম্বা। করি আশা তৌদুননো মতম অদুদা খঙবা ঙম্লমদে। ঙসিদি খঙবা ঙম্লে করিমতা পাম্বা তৌখিদে নঙনা ঐগী ইফমদগী। করিগুম্বা অমত্তা ঐগীসু পীনিংঙাই লৈরমদবরা? ঐবু অদুক শাথীনা লাইরম্বরা? ঐনা লৈখা তাবগী থাক-থাক্তা মথং মথং কূমথরক্রবদা নঙনা ঐবু হন্না পুখৎনবা লাক্লখি, অদুগা ঐনা অরোইবা থাকতা য়ৌরক্তুনা মরক মরক্তা থেংজিন লাকশিল্লরবা মতমদা নঙনা ঐবু লৌখৎতুনা পুবিরকখি। নঙগী ৱা য়াম্না খল্লম্মী। অদুনা নঙবু সুখঙ-খঙহন্দনা লাকখিবনি। নপূক্লিং দা য়াম্না ৱারৌখি নুমিৎ অদো, নৎত্রা? খল্লমগনি ঐ অসি কয়া শাথীনা তৌবিমল খঙখিদ্রবা। তশেংনমক ঐ অসি তৌবিমল খঙদবা জাৎনি। নঙনা মশীং লাকঙমদনা তৌরকপা দান অদুগী মরীক অমা ফাওবা ঐনা হন্না পীবা ঙমদ্রি। তৌইগুম্বসুং দোষতি নঙগীনি। কদায়, নোংমতসু নঙগী দানগী মহুৎতা করিগুম্বা অমত্তং পীয়ু হায়দুনা ঐঙোন্দগী নিবা তৌখিদে। অদুগা ঐনা ইতাক তাক্রমদনা লাকখিবা নুমিৎ অদুদসু নঙ নপূক্লিংদা য়াম্না ৱারৌখি, অদুবু কদায় করিগুম্বা অমত্তা ৱাকৎপা

তৌরকখিদে। ইখঙ-খঙহৌদনা হেক্তা লাকপনি, থাজৌ, ঐগী পুন্সিগা নঙগা অমুক য়েৎশিল্লহল্লরোই খন্দুনা তৌবনি। করিগীদমক্তা নঙনা ঐগীদমক ব়াগদৌরিবনো। তৌইগুম্বসুং ঐনা লাকপা মতম অদুদসু খল্লম্মী, নঙনা ঐবু থিরক্কনি। অচুম্বা হায়বা তারবদা আশা খরসু তৌরম্মী। কয়া শাথীনা ঙকখিবা নঙনা, অয়ুকতা ঐবু উবা ফংদবদুদা?"

ঐ ঙকপদি তৌখিদে। তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা অমা মাঙখিবগুম পূক্লিংদা ফাওখি। মিৎকুপ হেক মতুংদা অমুকসু খঙখি, ঐগী করিবু করি লৈরমদুনা মদু মাঙখিবগী চৈনাখোন ফংগদৌরিবনো। পৃথিবীদা তত্তনা থোক্লিবনি অসিগুম্বদি। কয়া কয়া মাঙলি মীওইবগী। কনাগুম্বনা ফংই মাঙখ্রবা পোৎ অদো, কনাগুম্বনা ফংদে। তৌইগুম্বসুং ঐ ইশাগী করিবু মাঙখ্রবগে? ঙসি ফাওবসু খঙবা ঙমদ্রি। মহাক্কী মিৎকী পিনা চোৎলবা শাংলবা চিঠি অদো পানা পানা ব়াফম অদুদা নীংশিংলম্মী। পূক্লিংবু থেম্বা লাক্লরম্মী, মশাগী করিগুম্বা অমা মাঙলবা অদুগুম্বা মীতনা মাঙবগী চৈনাখোন ফংবনি। ঐ ইশাগী, তশেং-তশেংনা ইশামক্কীনি হায়বা করিগুম্বা পোৎ মাঙখিবা লৈতে। অদু ওইরবদি ঐনা করিগীদমক্তা ব়ানিংঙাই ওইরিবা! তশেংনমক নমথাক তৌখিমাল্লে ইমোন অসিবু! অদু নৎত্রবদি করিগীদমক্তা ঐনা মাঙবগী চৈনাখোন ফংলিবনো। ইখঙ-খঙহৌদনা ঙসি মহাক্কী চিঠি ফংবদা মহাকপু থিনিংবনা পূক্লিং অসি করিগী ফাবা য়াদ্রিবনো। মহাকপু কদায়দা লৈরিগবা, অসুক কুইরবা মতুংদা করিগীদমক্তা মহাক্লা ঐবু নীংশিংলক্লিবা। ব়াখল অসি খনবদা ঐগী পূক্লিংনা করিগীদমক্তা খোয়রাংলিবা। মহাকপু কদায়দা লৈরিগবা। অদুগা নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা ইখঙ-খঙহৌদনা মহাক্লা মাঙখিবদা করিগীদমক্তা ঐনা চৈনাখোন ফংখিবা।

নুমিৎ খুদিংগী মতৌগুম্না নুমিৎ অদুসু অয়ুক্তা চত্তুনা থোঙজিনগী বেল খীংলুই। খল্লম্বনি, নুমিৎ খুদিংগী মতৌগুম্না মশানা লাক্তুনা থোঙ হাংদোক্লগনি। নুংতিগী মতৌগুম্না ঈরুজবা লোইদুনা চোইজাইনবা শল্লাং মরক্তা মায়থোংগী মচী অমদা মোমোন মীনোক মচা অমনা ঐঙোন্দা চঙশিল্লক্কনি অদুগা মহাক্লা হায়গনি, "নঙ লাক্লেদনা! নঙগী ব়ানিনে ঐনা খল্লম্মিবসে।" নুংতিগী মতৌগুম্না ঐসু হায়গনি, "হোয় লাক্লে। অসিনিদনা, কয়াতা ফজখ্রবনোসে। অদুবু সন্ধ্যা মতুংদগীদি নঙগী নশক অসি পুংওন ওনলি। অয়ুক্তদি খঙববু ঙমদে হৌজিক্কী নঙগা ঙরাং নুমিদাংগী নঙগা মী অমত্তনি হায়বসি।"

লাইজ ঈপোমগুম্না নোক্কনি, মদুগা লোয়ননা খজাই অনি হয়াই অমুনবগী মচু ওল্লক্কনি। মচেৎ মচেৎ মতৎ মতৎ নোকপা মীনোক্লা ঈথক-ঈপোমগুম ঈহৌরক্কনি অদুদগী হুম্বুখিগনি। অদুগী মমাঙদা খজাই অনিদা কোঙ্গুৎ অনি ফাওরক্কনি। খূৎ পায়দুনা চিংশিনদুনা পুশিল্লগা ড্রোয়িং রুমদা ফমহনগনি অদুগা হায়রক্কনি, "অওইবরনে। করম্ববু হেন্না পূক্লিং তাবগে— অয়ুক্কী ঐবুরা নৎত্রগা সন্ধ্যা মতুংগী

ঐবুরা?" ৱাহং অসিগী পাউখুম ঐ পীখিদে। পীবা ঙমখিদে।

তৌইগুম্বসুং থোঙজিনগী বেল অদো ফনা তোয়না থীংলম্মী। নাকোং থাঙ্গৎ-তুনা তানবা লাক্করম্মী মথক্তগী মহাক্লা কুমথরকপগী মখোল— পাতক তৌবা নাপীগী ফেনাৎকী শোৎ শোৎ অদো— "লাক্লে, লাক্লে। শগোল তোংদুনা লাক্লিবোইরে?"

"মেমসাহাব কাহাঁ হৈ সাহাব?"

অঙাওবগুম্ অহন ওইরবা বেয়ারা রহ্মান্না থোঙ হাংনা হাংনা হংলকই।

"কুঁ্য মেমসাহাব অভী নহী তৈয়ার হুই?"

ইপূক্লিং অসি থেমজিন থেমজিন্না রহমানগী মায়থোঙলোমদা য়েংলম্মী।

"মেমসাহাব বহুৎ সবেরে চলা গয়া।"

"কাহাঁ?"

"পতা নহী। অব ক্যা হোগা সাহাব?"

য়ুম পূন্নমক অদো ইমাঙ অসিদা কোয়হাই হাইবগুম কোয়লৈ লৈবগুম তৌরকখি।

"ক্যা বক্‌তে হো— পতা নহী?"

অশাউবগী মৈনা য়াম্না কন্না লাউনা ৱা অদো হায়দোকখি।

অহন ওইরবা রহমান্না মমিৎ কূপ্তনা ঐঙোন্দা ফনা কুইনা য়েংদুনা লৈরম্মী।

তৎ তৎ তৌদুনা হায়রকই, "সাহাব, কালা রাত মেমসাহাব বহুৎ শরাব পিয়া, বহুৎ শরাব পিয়া। হমনে মানা কিয়া পর শুনা নহী। দো গ্লাস তোড় দিয়া। খুব রোৱা, খুব রোৱা। ফির একদম সবেরে এক সুটকেস লেকে চলা গয়া। হম সোচা আপকে পাস গয়া।"

খুদক অদুদা ড্রোইং রুমগী কার্পেটলোমদা য়েংশিল্লুই। উরে মচেৎ মচেৎ তাদুনা লিক্লাইগী অকায়বা গ্লাস অনিদুনা কা অদু কোয়থুং থুংনা চাইখাইদুনা লৈরিবদো, অদুগা পিয়ানো অদুগী মথক্তা হুইস্কীগী অহাঙবা লিক্লি অমনা থরো থরো ওন্দুনা লৈরিবদো। ঐগী পৃথিবী অসি ইমাঙমক্তদা কীহ্নখরবোই খল্লকই। মিৎকূপ অমদা ঐগী লৈজরম্বা পূন্নমক মাঙখিবগুম তৌখ্রে।

রহমানগী ৱা তাবদা জ্ঞান তারকই,— "এক ছোটাসা কাগজ মেম সাহাবকা টেবলমে মিলা।" রহমানগী মখূৎতগী চেজেৎ অদো তাপ লাউনা লাক্নুনা লৌশিল্লি। খঙ্‌ঙি ঐঙোন্দা ইরম্বনি।

"শাউগনু! খনদুনা য়েংবদা ঐনা অসিদা লৈবগী অর্থ করিমতা লৈত্রে। করিবু লৈরিবগে ঐগী অসিদা। চৎলে। নীংশিং-ৱারী কয়া থল্লমলে মফম অসিদা। নঙগী ৱারী, অনুপমগী ৱারী, আফতাব্‌কী ৱারী। চৎলে নীংশিং-পোৎলুম পুদুনা। নঙোন্দসু

পোৎলুম খরদি থল্লম্মে। কদায়দা চৎকদৌরিবনো খণ্ডদে। কয়ামুক্তি নুংঙাইখ্রে ঈন তৎলবা হিগুম তাউথদুনা চৎপসি। নণ্ডগীসু থবক লোইশিল্লক্রেদনা। হন্দকমুক্তি চৎলো। ঐবু থিবা তৌরনু। থিরগা ফংদ্রবদি নণ্ড নুংঙাইরোই, অদুগা নঙনা ঐবু থিরি হায়বা খণ্ডলগদি ঐসু নুঙাইরোই— ”

মপান্দা চেম্থোরকই। তুংলোমদা তান্নরক্রিবা অহন ওইরবা রহমানগী “সাহাব, সাহাব” হায়বা খোঞ্জেল তানা তানা তারমদে। করি তৌসিগে, করি তৌফম থোকপগে করিমতা লেপ্পা ঙম্লমদে। নুমিদাংগী থৌদোক পুন্নমক নীংশিংলকখি। য়ুগী ময়াইদা শৈরেং থীবা অদুগা মরক মরক্তা ঐনা চৈবা, লোইনমক নীংশিংলকখি। ইশাবু মরাল লৈরবা মী অমা ওইনা খল্লকখি। অদুবু মদুদি নত্তে। কদায়, মহাক্না ঐঙোন্দা করিগুম্বা মরাল অমত্তা পীখিদে। মদুগী মিৎকুপ হেক মতুংদা খল্লকখি, কৈদৌরুদগে খল্লুদুনা। ঐবু মহাক্কী কনানো অদুগা মহাকপুনা ঐগী কনানো। ঐনা কাশ্মীরদা লাকপদি পাউ-মী ওইনা খরা, টুরিষ্ট ওইনা খরা অসিতনি। টুরিষ্টশিংগুম্না ঐগী মতম খরগী খোঙচৎ লোইশিল্লক্লে, য়ুমগী পোম্বী য়ুমদা হল্লনি। অদু নৎত্রফাওবদা পাউ-মী ওইনসু ঐগী থবক লোইশিল্লক্লে। তৌনিংঙাই লৈরম্বা পুন্নমক লোইরে, পুন্নমক ইশল্লে। টৌমিলসন সাহেবকী পাউতাক নীংশিংদুনা হন্দক্তি ঐ পুন্নমক কাউথোকপা চুম্লে। তৌইগুম্বসুং কদায় মদুদি ঙম্লমদে, মদু পুন্নমক অদু কাউবা ঙম্লমদে। ঐগী থৌজাল, ঐগী মীনুং শি, ঐগী ইতেং, ঐগী নুংশিবা করিমতসু মহাক্না নিখিবা লৈতে। অদুবু করিগীনো মহাক্কীদমক্তা ঐনা খোয়রাংলিবা। অসিগুম্বা মশীং লাকঙমদ্রবা ৱাহংগী পাউখুম ঙসি ফাওবা ঐ থিবা ফংদ্রি। নুমিৎ অদুদদি পাউখুম থিদুনা ফংবগী মতম, পূক্লিংগী ফিরেপ নৎত্রগা খৌরাংবা লৈরমদে। ফিজোল য়াওদবা অচুম্বগী শক্তমদা ৱাহংশিং অদুগী পাউখুম ফংগনি খন্দুনা ঐনা পাউখুম থিখিদবনি।

ঐ খণ্ডলম্মী মতম লৈত্রে, থেঙখরে। শ্রীনগর এয়ারপোর্টতা থুংঙুবা মতমদদি ডাকোটা প্লেন অদুগী পাক্লবা মশা অনি অদো উং উং তৌদুনা লৈরম্লে। “দ এয়ারক্রাফ্ট বাউণ্ড ফোর দেহলী ইজ টেকিং ওফ। অ্যাটেনশন প্লিজ। ইয়োর অ্যাটনেশন প্লিজ”, হায়দুনা চৎথরম্মী মাইকশিংদো। ঐনা তাবগুম তৌরম্মী— “অ্যাটেনশন প্লিজ; ইয়োর অ্যাটেনশন প্লিজ। ইয়োর ৱার্লড ইজ কোলাপশিং বিফোর ইয়োর আইজ।” মিনিট অমগী মনুংদা প্লেন অদু মমায় লৈথোকখরে। রন-ৱেগী চিদাই অমা য়ৌনা চেনখিদুনা মিৎকুপ খরতং খংলেপ লেপ্লম্মগা চোংখৎখরে অতিয়াগী মতম্বাক্তা। ঐবু কায়ন-মৈশা লাংলবা মায়থোঙ অমা থোঙনাউ মপান্দা উবগুম তৌখিবরা? ঙৌরোক ঙৌবা খুৎ অমনা থোঙনাউগী পর্দা চিংশিনখিবরা? কনানা খঙগনি, ওইরম্বসু য়াই, ওইরমদবসু য়াই। ঐগী মিৎ মমশিল্লক্রম্মী। তপ্না তপ্না এয়ার লাইন্স ওফিসকী মমাঙদা লেপ্লম্মী। পেসেঞ্জারগী লিষ্টতা দিল্লী চৎপশিংগী মরক্তা মিং অদো থিদোক্লুনা ফংবদা মতম চঙখিদে।

অহিঙ চুপ্পা নুমিৎ অদো শ্রীনগরগী অচৌ-অশাংশিংগী ক্লব অদুদা ফমদুনা মথল-মখানি খনখিবা। ইশানা করিমতা খঙহৌদনা হুইস্কীগী লিক্লি অদো পুংলোই লোইশিল্লম্মী। পুন্সিচুপ্পা শক খঙনদুনা লাক্লবা কাচিনগী টেবল অদো শাথীনা চিক্লম্মী। ঐবু ইতোমতা উবদা কয়া অমনা নোক্লম্মী। ৱাখল কয়া খল্লম্মী, পুক্লিংগা তর্ক তৌনরম্মী। মাবু থিসিরা, থিবা চুম্বরা, করিগীদমক থিগদৌরিবনো, ঐসিবু মাগী কনানো। মিৎকৃপ্তা অমুক খল্লকই, অসুম হায়না মাবু নোংদম নাইদবগী খয়াম্ভা ইনশিনথ্রসিরা, নৎত্রগা মাবু তাউথহনথ্রসিরা ঈন তৎলবা হিগুম খঙদ্রি-উদ্রিবা ঈপাক্তা। ঐগী তৌফম থোকপা করিমতা লৈতব্রা। লৈরাংগুম্না ফজখ্রবা পুন্সি অমা মালেমগী মীওইবনা থৌশাবিদবদগী মাঙবা তারব্রা। খল্লু-খল্লুরগা খনফম থোক্লক্ত্রবা তাঞ্জাদা খংনীং নীংশিংলকখি শাজৈগী চৈনাথোনগুম অতোপ্পা নুমিৎ অমগী এয়ারপোর্টকী দৃশ্য অমা। "চৎলেদো ব্রাদর! কৈদৌঙে হল্লকদবা খঙদে। কনানা খঙবা হল্লক্তবসু য়াই। খঙ্লিদুনি ঐখোয়গী চাকরি। তাই, লুক অফটার হার। মহাকপু খরা য়েং বিরম্মু। য়াম্না অঙাংমচানি।"

"শোয়দনা য়েংলমগনি, শোয়দনা। ডোন্ট বোদর। মাগী করিমতা ৱাহল্লোই। ঐনা য়েংলমগনি।" অনুপমগী মখুৎ অনি পায়দুনা নৌথরক্লবা খোম্থাংদা ঐনা হায়খি নুমিৎ অদো।

অনুপমদি মহাক্কী বা ঙাকখি। মহাক হল্লকখিদে। অদুগা ঐদি? ঐগী ৱা ঐ ঙাকপা ঙমখিবরা? ঐনা মহাকপু য়েংথোক-য়েংশিন তৌখিবরা? ঐগী ইমিৎ মমাং মক্তদা মহাক তাউথখিদ্রা নোংদম-নাইদবা তম্না। ঐনা মহাকপু থিংবা ঙমখিবরা?

ক্লবকী হৈ-শিংলবা বারম্যান তাম্পিনা চংঙক্লনা হংখি— "মেম সায়েব নহী আয়া সাহাব?" তাম্পিদা করি পাউখুম পীখিবা ঙসি নীংশিংবা থোক্রে, তৌইগুম্বসুং মসিমদি য়াম্না নীংথিনা নীংশিংলি, তাম্পিনা ঐঙোন্দা কুইনা য়েংদুনা লৈরগা থাজদবগা লোয়ননা মুরুম মুরুম শোন্দুনা হায়খি, "আজীব বাত।" কার্ডরুমদগী অঙাওবগুম চঙলকখি আফতাব। দোক্ লাউনা গ্লাস অদো টেবলদা থম্লগা হাকাম চন্দুনা মখোঙ অনিদো অতোপ্পা চেয়ারদা থাঙ্গৎলগা হায়খি, "ভাইজান, শরাবে-ইশকনে গালিব, হামারী জান লে লী। আচ্ছা ভাইজান, বতাও তো জিন্দগী ওঁর মৌতমে ক্যা ফরক হৈ?"

"মুঝে নহী মালুম।" পুক্লিং চঙবা তৌদনা আফতাবতা খুমখি।

"মুঝে মালুম হৈ।" নুংশাসোর অমুক্তদা গ্লাস অদো লোইশিল্লগা আফতাবনা হায়খি। "জিন্দগী ওঁর মৌতমে ফরক, কিসিকী আখে খুলী, অদুগা কিসিকী বন্দ হুই।" হিংবগা শিবগগী কৃপ্না খেন্নবদো পুথোক্লম্মী আফতাব। হিংবগা শিবগগী খেন্নবা অসি মঙোন্দা অতৈ করিসু নত্তে— অমনা মমিৎ পাঙথোকপা, অদুগা অমগীনা মমিৎ উইশিনবা অসিতনি। বস্।

আফতাবতগী নাম্ভোক্লবা হৌগৎলগে তৌরম্মী, অদুবু খুৎ পায়দুনা অমুক ফমথহল্লম্মী। "ভাইজান, হ্যাভ এ স্মোল রান ফোর দ রোড।"

"নো আফতাব, লেট মি গো। আই অ্যাম গেটিং লেট।"

"প্লিজ ভাইজান। অভী তো রাত বাকী হৈ। দ নাইট ইস সো ইয়ং।"

ঐনা কিরম্বা অদুমক হেক থোকখি অদুগী মথংদা। খঙহৌদনা। মানি, খঙহৌদনা মক্লি, আফতাবনা তৃম্বদগী হৌগৎলকপদৌনা হংলকখি, "বট মাই গোড্। ভাইজান, ভাবীজি কাঁহা। হোয়ার হ্যাভ ইউ লেফ্ট হার?"

ইরাল লৈরবদৌনা তিঙক মাইঙক্লদুনা ঙাইহাকমুক আফতাবপু য়েংদুনা লৈরম্মী। করি পাউখুম পীসিগে আফতাবতা। করম হায়না হায়সিগে, মহাক কদায়দা লৈখ্রবা ঐ খঙদে। করম্বা থৌনানা মহাকপু খঙহনসিগে, ঈন তৎলবা হিগুম্না তাউথনীং-লম্মী মহাক্লা খঙদ্রবা ঈপাক্তা।

"ঐ হয়েং চৎলনি। আই অ্যাম লিভিং টুমোরো আফতাব",— বা অদো অমরোমদা থৈদোক্কুনা আফতাবতা হায়খি।

"ভাবীজি কাঁহা ভাইজান"— মখোঞ্জেল হাইফেৎ কন্না হায়রকই আফতাব।

"ঐ খঙদে। আই ডোন্ট নো।"

"দ হেল ইউ ডোন্ট নো। কাঁহা হৈ ভাবীজি?"— আফতাবকী মখোঞ্জেল অমুক্কা হেন্না কনখৎনা নাকোংদা য়ৈরকখি।

"ওনেষ্টলী আফতাব! আই ডোন্ট নো।" তশেংনমকসুনি ঐ খঙলমদে মহাক কদায়দা লৈবা। মপান নাইদবা মালেম অসিগী মশীং লাকঙদবা মীয়ামগী মরক্তা কদ্বায়দা লৈবা। মপান নাইদবা মালেম অসিগী মশীং লাকঙমদবা মীয়ামগী মরক্তা কদায়দনো মহাক্তি মাঙখ্রে। দিল্লী মহানগরীগী কদায়দা মহাক্লা লৈরিবা, ঐনা করম্না খঙগনি। অদুগা দিল্লীমক্তদা মহাক লৈবরা লৈতবরা হায়বসিগীসু অরেপ্পা করিনো। থাজরমদে আফতাবনা ঐগী বা। শাউমনখিদুনা ঐগী ইখুৎ অসি কন্না পায়শিল্লকখি। তপ্না তপ্না বা পূন্নমক মাঙোন্দা তন্নম্মী। ইশাগী ইনাকোংমক্তদা অঙকপা ওইনা থোক্লম্মী ইশাগী বা অদো। ফম্পাকথক্তা লেপ্লিবা আসামীগী জবানবন্দীগুম ইশাগী ইরান-লৈতবগী বা। বা অমত্তা ঙাঙলমদে আফতাব। ঐগী চোইরোল তাদুনা অদুম লৈরম্মী। করম হায়না ইশাবু কন্ননবা ঐনা ঙাঙখিবা, পূন্নমক অদো নীংশিংবা থোক্ক্রে; তৌইগুম্বসুং চেদা য়েকপা লাইগুম নীংশিংলি আফতাবকী শকফম অদো। কাচিনগী টেবলদা ঐখোয় ফম্মিন্নরম্মী। অঙানবা মচেৎ, অমম্বা মচেৎ অদুদা আফতাব লেঙ্-লাক্তনা নুংগী ষ্ট্যাচুদৌনা ফমদুনা তারম্মী। মহাক্কী মমিৎ পিরাংনা থুম্নাৎলম্মী। য়াম্না লুনা তৌজবনি আফতাবনা মহাক্কী ভাবীজিবু। মহাক খনবা থোক্লমদে, করিগীদমক অসুম্না থোক্লিবনো। করিগীদমক্তা মীওইবগী মরূপ-মপাংনা অসুম হায়না ইখঙ খঙহৌদনা কায়নরিবনো। নোকপ-খেবা ডেভিল-মে কেয়ার আফতাব্কী মায়থোং

অমসুং পিরাংনা থল্লবা মমিৎকী মিৎয়েং অদো ঐ কৈদৌঙৈদসু কাউরোই। মহাক্কী মিৎকা ঐ মিৎ চান্নবা ঙম্নমদে। মমিৎলোমদা ইয়েং-য়েংদনা ঐ খঙবা ঙম্লম্মী, মিৎয়েং অদুনা ঐবু চৈরি। ঐঙোন্দা হায়বগুম তৌরম্মী, পৃথিবী পুম্বনা নঙবু ঙাকপিরবসু ঐনা নঙবু কৈদৌঙৈদসু ঙাকপা ঙম্লোই। অদুগা ঐতসু নত্তে, কনামতনসু নঙবু কৈদৌঙৈদা ঙাকপিরোই। হন্না হন্না হৌগৎকে লাক্লরম্মী, তৌইগুম্বসুং কনানো অমনা ঐগী খোঙ অনি অসি লৈপাক্তা ফাজিন্দুনা থম্বগুম তৌরম্মী। আফতাব বা অমত্তা ঙাঙ্লমদে হুইস্কী গ্লাস অমা লোইবগা গ্লাস অমমুক চিংদুনদা লৈরম্মী। হৌগৎপা মতমদদি আফতাবনা ঐবু থিংবা তৌখিদ্রে। খঙলে, ঙসি নুমিদাংদি মহাক হৌগৎলরোই। তৌইগুম্বসুং ঐনা, "আফতাব, গুড নাইট, হায়বা মতমদা ঐঙোন্দা সুকয়েং য়েংবা তৌদনা মচীন্দগী বা অমত্তংদি থোরকখি, "ইউ ফুল।" অদুদগী কপ্তুনা বাহুখি আফতাব টেবল মথক্তা।

ঐঙোন্দা কনা অমতনা হায়খিদ্রবসু ঐ খঙই, অহিঙ অদো আফতাবনা করি তৌখিবা। অহিঙ চুপ্পা মতোমতা ফমদুনা য়ু থকখি। য়াম্না লুনা তৌজবনি আফতাবনা মহাকপু। কনানা তাবিগনি মহাক্না অহিঙ নোংয়াইদা য়ু ঙাওনা ঙাওনা থীবা শৈরেং , কনানা নুংশিবিগনি মহাকপু অদুম হায়না। হৌজিকসু নীংশিংলি, মহাক্না হিন্দী লান্না ঙাঙ্বদা আফতাবনা ফাগি তৌদুনা হায়খিবদো,— "ভাবীজি, হম তুমকো ভালোবাসতা— ।"

"হম্ ভী তুমকো ভালোবাসতা।" ঐখোয় পুম্নমক বা বা লাউনা নোকখি। অনুপমদি নোকমনখিদুনা বাহুরম্মী। হায়খি,— "ব্রাদর, হিন্দীসিতদি মাঙোন্দা খরা তম্বিয়ু।"

অহিঙ অদো আফতাব ময়ূমদা হনখিদে। মরক মরক্তা হৌজিকসু খল্লি, আফতাবকুম্বা মীশিংবুনি পৃথিবীনা য়াম্না শাথীনা লৌনম তৌবিরিবসি। য়াম্না থুনা নুংশিথোকই মখোয়না, অদুগা আশাসু য়াম্না হেন্না তৌগল্লি। ইখঙ-খঙহৌদনা অসিগুম্বা নুংশিবা অমসুং লুনা তৌবা অসি হেক ফংদবদা খাঙবা ঙমদে আফতাবকুম্বা মীশিং অসিনা। ঐঙোন্দা কনামতনা হায়দ্রবসু ঐ য়াম্না তশেংনা হায়বা ঙমই অহিঙ অদুগী মমৈদা আফতাবপু হৌদোক্লুনা গাড়ীদা থাঙ্গৎপিবা মতমদা আফতাবনা শকখি—

"দুনিয়াকে মহফিলোঁ সে
উগ্‌তা গয়া ক্যুঁ ইয়ারব
ক্য লুৎফ হৈ অঞ্জুমন মে
জব দিল হী বুঝ গয়া হো।"

"খঙবরা, প্লেন অদু তশেংনমক্কী থাগৎলক্লবদা ইশাগী বাখলগা লান থেংনবা হৌরকখি। তৌরিবা থবক অসি চুম্মিবরা লাল্লিবরা। পুন্সিদা অরানবা কয়া তৌখ্রে,

অদুনা অরানবগী মশীং হেঙ্গৎহনবদা ঐ কিখিদে। অরানবা কয়ামুক তৌখিবা অদুগী প্রায়শ্চিত্ত তৌবসু য়াই। কনানা খঙগনি? ঐ খঙই, নহাক এয়ারপোর্টতা লাক্কনি। ফনা কুইনা থোঙনাউগী পর্দা অদো হাইদোক্তুনা য়েংলম্মী। নঙবু তশেংনা হেক উবদা ইচংথৌনা পূন্নমক কদায়দনো মাঙলম্মী। নঙোন্নোমদা য়েংবা ঙম্নমদে। ইশানা য়ানিংদ-য়ানিংদনা থোঙনাউগী পর্দা অদো চিংশিনদুনা খুমজিল্লম্মী। নঙ উহৌদমান্নে, নৎত্রা? ফরে, আফতাবকা নঙগা নুমিৎ অদো উন্নবরা? আফতাব অদো য়াম্না নুংঙাইরম্মোই, নৎত্রা? য়াম্না ফবনি অঙাং অদো। নুমিৎ খরনিতগী মনুংদা ঐবু অঙাং অদুনা নুংশি-লীপুন্না পুল্লম্মী।"

"দিল্লীদা লাক্লগা খল্লম্মী শান্তি খরা ফংবা য়ারদ্রা? তৌইগুম্বসুং লম্মৈ-থানবীগী মতুংদা কোয়তান তান্নবনা ঐগী শরুক ওইখ্রে। কদায়দা শান্তি। মরক মরক্তা খল্লকই, ঐ ইশামক্না অশান্তিগী মরূ ওইরমান্নে। ঐগী মিরুম তারু-তারুবা মফমদা অশান্তিগী নোংলৈ-নুংশিৎনা মফম অদুগী লোইনমক হেক্তা হুমদোকখি। অদু নৎত্রগদি নঙ হায়য়ু, দিল্লীদা ঐবু উরগা কনামতনা নোকত্রিবা করিগীনো। মরী-মতা, মরূপ-মপাং , চৎলু-চৎলুবা মফমদা, মী পূন্নমক্না ঐবু উবগা অবাবা ফোঙদোকপগী সুরদা বারী শারকই। কদায়, কনামতনসু অথুম্বা বাহৈ অমত্তা হায়রক্তে। কনামতনা মমাংঙৈগী মতৌগুম্না ঐবু তরাম-তরাম্না ওকপিরক্তে। কনাগুম্বা অমগী মফমদা করিগুম্বা অমত্তা ঐ হায়জরুদে, অদুবু করিগীদমক্তনো ঐবু মী পূন্নমক্না ইথোরক্লিবা।"

"অদুনা নঙগী বা হন্না হন্না নীংশিংলকই। খল্লম্মী, নঙ ঐগী ইনাক্তা লাক্তুনা অমুক্কা লেপ্পগনি। ঐ খঙই, নঙনা ঐবু থিগনি। ঐনা থিগনু হায়রবসু নঙনা ঐবু থিগনি। তশেংবমক্তি, নঙনা ঐবু থিবসি ঐ ইশামক্না পাল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং নুং মিদাং অদো অদুক নক্না ঐগী ইনাক্তা লৈদুনসু নঙনা ঐবু থিবা ফংখিদে। হন্না হন্না ঐগী ইনাক্তা লাক্তুনসু উবা ফংখিদে। তশেংবমক্কি নুমিৎ অদো মীয়ামগী মরক্তা ঐ মাঙখিরম্মী। ইশাবু কনা লৈজদবগুম কন্না খল্লম্মী। নঙ নীংশিংলিবরা নুমিদাং অদুগী বাদো। ঐ লোইনমক্তি নীংশিদ্রে। মিৎতা মশেন-মরাং উরম্মী। কনানো অমনা হায়বগুম তৌরম্মী, "শী ইজ ডেড ড্রাংক। অতৈ করিমতা নীংশিংদ্রে। নঙদি শোয়দনা পূন্নমক নীংশিংলমগনি, নৎত্রা?"

॥ ৪ ॥

দুনিয়াকে মহফিলোঁ সে উগ্‌তা গয়া হু ইয়ারব
ক্যা লুৎফ হৈ অঞ্জুমন মে জব্ দিল হী বুঝ গয়া হো। *

ঐগীবুদি কাউবগী বা নত্তে। ঐনা কাউরবদি ঐগীদমক তমদুনা থম্লবা অৱাবগী শরুক অদো কনানা পুবিগনি। কাউবা ঙম্লবদি ঐগী অৱাবা পূম্নমক কোক্লগদবনি। ইশাগী ইফমদা নমথাক তৌবসিনা খাইদগী চাউবা মরালনি। ফরে, তশেংনমক ঐনা মহাকপু অমসুং মহাক্কা মরী লৈননা থোকখিবা থৌদোক অচৌ-মচা কয়া অদুবু কাউনবা লাক্লখিবরা? লাক্লখিদমাক্লে! অৱাবগীসু নুঙাইবা অমা লৈ। নুঙাইবা অদো ফংননবগীদমক কাউনিংলমদবসু য়াই।

ঙসি পুন্সিগী য়াচংলমদাই য়ৌরক্লুনসু মহাকপু কাউবা ঙমদ্রি। কাউরোই হায়না কাউরমদবসু য়াই। ঙসি মহাক্কী চিঠি ফংদ্রবা ফাওবদা ঐদি পূম্নমক নীংশিংদুনা থম্মি। ঐবু নীংশিংহন্দ্রবসু ঐগী নীংশিংবগী শেংলবা কাগী কাচিন খুদিংমক্তা পূম্নমক তরং তরং ঙাল্লি।

"নঙবু হন্না হন্না নীংশিংহন্দুনা ঐনা অৱাবা পীরি, নৎত্রা? হৌখ্রবা ৱা ময়াম অদো নীংশিংদুনা য়াম্না নুংঙাইরম্লোইদৌবা মাল্লি। তৌইগুম্বসুং হায়য়ু করিদি তৌসিগে। ঙসি ইশাসে য়াম্না চীক্লা ফাওখ্রে। নঙগী থম্মোয়গী অৱাবা অমসুং নুঙাইতবগী শরুক ঐঙোন্দা পীখিদে, ঐবু পুহনখিদে। তৌইগুম্বসুং ঐদি য়াম্না চীকখ্রে। নীংঙমহৌদবা ঐঙোন্দা লৈতে, তৌইগুম্বসুং ঙসি ইতোমতা ঙায়বসিদা অৱাবা ময়াম অদো অমত্তা ওইনা পূনশিনদুনা হৌখ্রবা নুমিৎ ময়াম অদুগী ৱা ঐঙোন্দা নীংশিং হল্লি। ঐদি লোইনমক নীংশিংদ্রে। খরা নীংশিংলিবসিসু মশেন-মরাংনি। ঐ খঙই, নঙ লোইনা নীংশিংলি। অদুনা নঙোন্দা হংলিবসিনি। হায়য়ু অহিঙ অদো করম তৌখিবগে। খরা খরদি নীংশিংলি ঐসু। নুমিৎ অদো য়াম্না শাথীনা ঙাওরম্মী ঐহাক, নৎত্রা? জগোইগী ফ্লোরদসু শাথীনা ক্রিক ক্রিক ইন্নরম্মী। ময়াম্না হায়নরম্মী, 'শী ইজ একিউট ডান্‌সার'। তৌইগুম্বসুং নুমিদাং অদো জগোই শাবা ঙমখিদে। খোঙ অসি হাইরং হাইরং তৌরম্মী। অমগী মথক্তা অমুক অমগী মথক্তা অমুক হাইথদুনতা লৈরম্মী। ভাবনা শাজিল্লম্মী, ঐবু ময়াম্না নোক্লরি, তৌইগুম্বসুং মতম অদুদা করিমতা খঙবগী পাঙ্গল লৈরমদে ঐগী। আফতাবকী ৱাখলসু মতম অদুদা ঐঙোন্দা চঙলমদে। অসিমতদি নীংশিংলি, কনানো অমনা ঐবু খুৎ পায়দুনা চিংখৎকে লাক্লরম্মী। মিৎকুপ অমত্তং ওইরমাক্লে; নিশা অদো মাঙখিরম্মী, মিৎ তরং তরং পাঙথোক্লম্মী। মী অদো

* পৃথিবীগী মহফিল পূম্নমক ঐ খীজরে। থমোয়না মৃৎখ্রবদা হরাও-কুমৈনা করম্না নুংঙাইরিবা।

চখোকখিরম্মী। অদুগা মথং অদুমক্তদনি মিৎকুপ অমত্তং খোঙজিনদা নঙবু উখিবা। নৎত্রনে?"

মমাঙ থাবদা করি তৌখিবা খঙদে, তৌইগুম্বসুং ক্লব অমগী মথংদা অমদা কোয়চৎ চত্তুনা অহিঙ নোংয়াইগী অদুবাইদা অরোইবা ক্লবতা য়ৌবা মতমদা খল্লকই, মফম অসিদসু মহাক লৈরমদত্রা করিনো। হন্দুনা চৎসু চৎলমগদবনি, ফ্লোরগী মীয়াম অদুগী মরক্তা কনাগুম্ববু থিদুনা পুখোকপা ওইখোক্লমদবনি। বেগু মিৎকুপ অমত্তং লেপ্লম্মী। খুবাক খুরকই মায়কৈ মরিদগী। মীয়ামগী মরক্তা চঙগে তৌরুই, তৌইগুম্বসুং খুদক্তা বেগু অমুক হন্না য়েরকই, "দেয়ার ইজ নো টুমোরো অ্যাণ্ড আই হ্যাভ বট্ বান হার্ট।" মিৎকুপ অমত্তং মহাকপু হোলগী অরোইবা নাকলদা উখিবগুম্ তৌই। শোয়দেকো। শোয়বরা শোয়দবরা খঙদ্রিঙৈদা মীয়ামগী মরক্তা মহাক অমুক মাঙখিরম্মী। হোলগী লাইট অদো কনানো অমনা মুখৎলম্মী। লাউ-খোংবা, কোয়লাং-লাঙবা। লাইট অমুক্তা ঙাম্ভোরকই— বেগু য়েখৎলকই — "মাই হার্ট রিমাইগুস্ মি, জস্ট সে আই লভ ইউ।"

হন্না হন্না লাক্লরম্মী মহাক্কী মনাক্তা য়ৌননবা, তৌইগুম্বসুং লাক্লরুবা খুদিং মক্তা মীয়ান্না ঐবু ঈম্ভোরক্তুনা মহাক্কী মনাক্তগী লাপথোকহল্লম্মী। মিনিট খরতং মহাকপু উরম্মী, অমুক্তা হন্না মহাক মাঙখিরম্মী। খুৎ অমনা কোনবদগী হেক নাম্ভোকপগা খুৎ অমনমুক মহাকপু কোনশিল্লম্মী। মরক মরক্তা খল্লকই, মহাক্লা ঐবু উখ্রমাল্লে। অমুক অনীরকসু ঐবু উদুনা নোকখিবগুম তৌই। ঐ করিমতা শোয়রমদে। মীনোক অদো ঐনা কৈদৌঙৈদসু কাউবা ঙমদবা মীনোকনি। খজাইদা হয়াই অমুনবা মচু, পিক্তক পিক্তক তৌবা ইপোম। ইপোম হৌরকপগা তিনখিদ্রৈঙৈগী মমাঙদা চোংথোরক্লম্মী পিক্তক তৌবা ডিম্পল অনি। অঙাওবদৌনা চেনশিনগে লাক্লরম্মী। তৌইগুম্বসুং মীয়ান্না থক্ঈন থক্ঈন ঈম্ভোক্লম্মী।

"নঙনা খল্লম্বসু য়াই, করিগীদমক্তনো ঐনা ইশাবু অসুক লাপ্পা থল্লিবনি। খঙবরা, মতম পুন্নমক্তা খন্দুনতা লৈরম্মী, নঙনা লাক্তবগী মরম করিনো। খল্লম্মী, মতম অমদা নঙ লাকনি অদুগা মফম অসিদগী ঐবু লৌরগনি। য়াম্না চোকথরম্মী নুমিৎ অদো, হেক উবগা ঐ খঙলম্মী। মিনিট অমত্তংগী ওইরবসু নঙবু খঙবদা ঐনবু শোয়বা হৌনবরা? নঙ হেক্তা হায়য়ু। খল্লম্মী, ঐনা লাপ্পা লৈবদুদা ওইনদুনা নঙসু লাপ্পা লৈরিমাল্লে। নঙ থাজরোই, নঙগী ননাক্তা লাক্লনবা ঐনা কয়া কন্না লাক্লখিবা। তৌইগুম্বসুং করম্নদি তৌগনি হায়য়ু, ঐ ইঙম-ঙল্লমদে। মাঙদা চঙশিনগে তৌবদা হাইথদুনা তারম্বসু য়াবনি। অঙাওবদৌনা য়ু পংথক্তা থক্লম্মী। কনানা খঙবগে, ডান্স-হোলদবু চৎলবদি ঐ হেক্তা ঙাওখি অদুগা অঙাওবদৌনা য়ু পংথক্তা থকই। ডান্স-হোলশিং অসিনা ঐবু বারী কয়া নীংশিংহল্লি। ডান্স-হোলমক্তদনি ঐগী পুংমাঙ

মাঙখিবা, ডান্স-হোলগী ফজনা লৈতেংবা কা অদুমক্তদনি ঐগী পৃথিবীনা কায়দুনা পূমতোই তোইখিবা। ননাক্তা চঙশিনগে হায়না তৌবা খুদিংগী নিশাগী ময়াইনা হাইথরম্মী অদুগা কনানো অমনা ঐবু চিংশিন্দুনা জগোইদা য়াওহল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং ঐ অসি অমুক ঐ নথখিদ্রে। ঐ অসি উনা শাবা লাই ওইগ্রমাল্লে। কনা কনানো খরনা ঐগী থবাই য়াওদ্রবা লেঙদ্রবা হকচাং অসি ওকথোক-ওকশিন শান্নরম্মী।

তৌইগুম্বসুং নঙদি ঐগী ইনাক্তা লাকপা ঙম্লম্বা জাৎনি। তশেংনমক হায়য়ু, নঙ ওইনরম্বা নৎত্রা? করিগীদমক্তনো? নুমিৎ অদো অদুম হায়না ইখঙ-খঙহৌনা শ্রীনগরদগী চেনখি হায়দুনরা, নৎত্রগা তত্তনা নহাকপু নমথাক তৌদুনা কোয়চেন-চেন্দুনা লৈ হায়দুনরা। তৌইগুম্বসুং নঙনা ওইনবগী মরম্থু উদে। নঙদি ঐবু নুংশিদে। ওইনবা হায়বসি নুংশিরিবা মী অদুতনা তৌরগা পকচবনি। নঙদি ঐবু নুংশিদে, অদুনা নঙনা ওইনগদৌরিবসি করিগীদমক্তনো। ফরে, নশাগী নথবাক্তা নখূৎ থমদুনা হায়য়ু য়েংসি, নঙনা ঐবু তশেংবমক্কী নুংশিবরা নুংশিদবরা? অদুগা নুংশিদ্রগদি ঐগীদমক নঙনা অদুক য়াম্না খনগদৌরিবা করিগীনো? নুংশিনবা নত্তনা নঙগা ঐগগী মরক্তা করি মরীনো লৈরম্লিবদো? তশেংনা হায়য়ু নঙ করিগুম্বা পাউখুম অমা-কা ফংবা ঙম্লবরা? নশাবু নশানা হংদুনা পাউখুম ফংলবরা, ঐ নঙগী কনানো অদুগা নঙনা ঐগী কনানো? ঐদি পাউখুম থিবদা লংলা লংজিন পূম্নমক মাঙহনখ্রে। মমৈ-মকোক অমত্তা খঙবা ঙমদ্রে। অসুক কুইরবা ফাওবদা নঙ পাউখুম ফং দ্রিবরা?"

খঙহৌদনা থম্মোয়নুংদা লোত্তুনা লৈরম্বা লোন্‌থোক্তবা মখোলথোক্তবা তার অমা মখোল থোরকপগুম তৌরকই। তশেংনমক ঐনা মাবু নুংশিবরা। ঐনা মাবু নুংশিরবসু মানা ঐবু নুংশিবরা? চহী অমগী মথংদা চহী অমা তত্তনা ইশাগী ইফমদা ইশানা ব্রাহং অসি হংলকই, তৌইগুম্বসুং পাউখুমদি ঙসি ফাওবসু ফংদ্রি। অদু ওইরবদি ঐখোয়গী লৈনরম্বা মরী অদো করিনো। ঐগী পুন্সিগী খ্বাইদগী হেনবা অব্রাবা কৈদৌঙেদসু কোকপা লৈত্রি। অরেম্বা তারবা প্রেমগী অব্রাবা ঐ খঙবা ঙমই, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী মরীদা করিগুম্বা প্রেমগী ব্রাখল অমত্তা ঐঙোন্দা ফাওদবা ওইরগদি মদুগীদমক চৈনাখোন ফংবগী মরম লৈতে। অদু ওইরবদি ঐগী থম্মোয়নুংদা পুনশিন্দুনা লৈরিবা অব্রাবা অমসুং নুঙাইতবা মরান অসি করিগীদমক্তনো? পাউখুম ঐ ফংবা ঙমদ্রি ইশাদগী। লম্মৈ-থানবীগী মতুংদা কোয়তান তান্নবগুম্না অরেম্বা ওইখি থব্রায়-থানা মাবু থিনবা লাক্নরবদো মাবু নুংশিরম্বরা নুংশিরমদবরা, ঙম্মি ফাওবা মাবু নুংশিরিবরা, ব্রাহং অনি অসিগী ব্রাতেম্বা ঙম্লক্তবদা কপ্লম্মী মহাক্কী বা

নীংশিংদুনা, ঐগী মপান নাইদ্রবা অব্বাবগী অরোইবা পাম্বে। নুংশিবগীদি খুদোল লৈ। করিগুম্বা অমা ফংনবগী মিহৌবা নথত্রগা আশা লৈ। তৌইগুম্বসুং ঐদি করিগুম্বা খুদোল অমত্তা পামখিদে। করিগুম্বা আশা অমত্তা ঐ তৌখিদে।

তৌইগুম্বসুং নোংমদি ৱাহং অসিগা মায়োক্লদুনা ঐ লেপ্পা তাখি। অরোইবা মিৎকুপ অদু ফাওবদা ইশাবু ইশানা তাকচবা ঙমখিদে। ইশামক্লা খঙবা ঙমদ্রবদা অতোপ্পদা করম হায়না তাক্লুগনি। পাউখুম পীবগী মতম অমসুং খুদোং চাবা লাক্লবা ফাওবদা ঐ পাউখুম পীবা ঙমখিদে। পাউখুম পীবসি ঐ ইশাদা লৈরম্বনি, অদুবু মতম অদুদা পাউখুম পীবা ঙমখিদ্রগা ঙসি ইশাগী ইপুক্লিংদগী পাউখুম থিবগী করিসু অর্থ লৈতে।

নুমিৎ অদো লম্বী ময়ায়দা ইথা-থাজদনা মহাকপু অদুম হায়না পাম্বে লৈজদবগুম থেংনগনি হায়বসি কৈদৌনুংদসু খল্লুদে। নুমিৎ চুপ্পা ঝম্ ঝম্ তৌদুনা নোং তাথ্রবা মতুংদা নুমিদাং-ৱাইরম নোংলৈ-নুংশিৎকী লমজেন অদো য়াম্না কনখৎলম্মী। লোইনমক্তি ঙসি নীংশিংদ্রে, তৌইগুম্বসুং অসিমতংদি তশেংনা নীংশিংলি, নুংশিৎনা খংশিৎ খংশিৎ শিৎলকপা অমদি নোংগী তাগুব জগোইনা মরম ওইদুনা মাঙলোমদা করিমতা শেংনা উরমদে। গাড়ী অদো তপ্পা তপ্পা থৌরম্মী।

ক্লব অমদগী ক্লব অমদা কোয়চৎ চত্তুনা ঐ চোকথরম্মী। খল্লম্মী হল্লসিরা। অদুবু ইশানা য়ানিংদ-য়ানিংদনা অরোইবা ক্লব অদুদা চঙলম্মী। মিৎকুপ অমত্তং ডান্স-হোলগী মীয়ামগী অরোইবা নাকনদা মহাকপু উরম্মী। লাক্লরম্মী হন্না হন্না মহাক্কী মনাক্তা য়ৌননবা তৌইগুম্বসুং ঙম্লমদে। মহাকসু ঐবু উখিমাল্লে। ঐঙোল্লোমদা লাক্কেসু তৌরম্বা জাৎনি, অদুবু ঙম্লমদে। মরক্তা অমুক মহাক্কী মিৎয়েংদা থম্মোয় শোক্লা হায়জবগী মতৌ অমা ফাওরম্বগুম তৌখি। হায়বগুম তৌরম্মী, “ঐবু মফম অসিদগী পুথোকপিবা ঙমদ্রবরা? ঐবু নঙনা খরা কল্লুবা। ঐবু মফম অসিদগী পুথোকপিরো। নঙগী নখোঙ অনি অদুদা তুজগে।” কনানা খঙগনি শেরান্ননা উরুবনরা।

ডান্স লোইবা মতমদদি অহিঙ লোইগদবা কুইদ্রে। মপানদা নোংনা তৎপা লৈতনা হৈথরম্মী। য়ুগী ঈফুৎ অদু ফাওবদা চখ্খরি। মীয়াম অদো খরদি পাথরক্লে। হন্দক্তি শেংনা উরে; মহাক লেপ্তুনা লৈরি হোল ময়ায়দা অদুগা মহাকপু কোয়শিন্দুনা লৈরি মী ময়াম অমনা। মনাক্তা চঙশিল্লম্মী। কনানা খঙগনি করি তৌখিবা, মখুৎ পায়রগা চিংল-চিংলদুনা মাঙোন্দা হায়রম্মী— “চৎলসি য়ুমদা চৎসি। অতৈ কয়ামুক ওৎখিদগে?”

“তশেংনা হায়রিবসিনি নুমিৎ অদু ঐগী ব্যবহার অদুগীদমক ঐনা কয়ামুক নুঙাইখিদবা হায়বদো নঙোন্দা তম্বা ঙম্লোই। নোংঙাল্লগা নঙনা ঐঙোন্দা করিমতা হায়খিদবা করিগীনো! ঐ খঙই, অহিঙ অদুদা ঐগী ব্যবহার অদুগীদমক কৈদৌঙেদসু

নঙনা ঐবু ঙাকপীরোই, তৌইগুম্বসুং করিগীদমক্তা খঙহৌদনা অদুম হায়না তৌখিবা ঙসি ফাওবা খঙবা ঙমদ্রি।"

ঐসু খঙবা ঙমখিদে। খঙহৌদনা অদুগুম্বা থৌদোক অমা থোক্কনি হায়বসি মঙদা ফাওবা খনবা ঙমখিদে। পুন্সিদা অদুগুম্বা মওংদা কৈদৌঙৈদসু তাখিদ্রি, অদুনা শাউনিংদুনা নুংঙাইতদুনা অমদি তুক্কচদুনা হোলদগী চেহ্নোরকখি। ইতুংদা ইন্নদুনা লাকখি য়ু ঙাওবগী অখাকপা মীনোক অমা ঐবু করেন্নবগী।

"চৎলোই, ঐ য়ুমদা চৎলোই।"

"নঙ চত্তবা য়াদে।"

"চৎলোই। হু আর্ ইউ ?"

"ইউ উইল হ্যাভ টু।" মখুৎ পায়দুনা কোয়চিং চিংলম্মী মহাকপু চক্রব্যূহ অদুদগী লৌথোক্কুনা পুথোরক্লবগীদমক। খুৎচিং অমুক্তদা ঐগী ইখুত্তগী নাহ্নোক্কুনা তুখি হোলগী নাকল অমদা টেবল মথক্তা। চেনশিন্দুনা মী খরনা মহাকপু কোনশিনখি। অদুদগী কোনশিন কোনশিন্না লাউরকখি' "উইল সম ৱান গিভ মি এ ড্রিংক ? হুইস্কী লাও।" ঐনা করিগুম্বমা হায়গে তৌরিঙৈদা গ্লাস তরামাথোই-নিংথোইরোম মমাঙদা চঙশিল্লকখি। "হ্যাভ এ ড্রিংক হ্যাভ এ ড্রিংক" তাখি মাইকৈ মরিদগী। অঙাওবদৌনা নোক্ন-নোক্নদুনা গ্লাস খুদিংমক্তা অমু-মুক য়েঙল্লগা গ্লাস অমা তোঙান্না লৌখৎতুনা অমুক্তং চুপ্লগা খঙহৌদনা তৌরকখি অঙকপা থৌদৌ অদো। করিমতা খঙহৌদ্রিঙৈদা গ্লাসকী হুইস্কী অদো চাইশিল্লকখি ঐগী ইমায়দা, "নাউ গেট দ হেল আউট ওফ্ হিয়ার।"

অদুদগী নোকপা নত্তনা অতৈ করিমতা তাখিদে। কনানো অমনা হায়খিবগুম তৌই, "শী ইজ ডেড ড্রাংক।" চেহ্নোরক্কুনা মপানদা থোরকখি। নোংদা চোৎনা চোৎনা চেনশিন্দুনা গাড়ীদা কাখৎলগা করিমতা পরুবা তৌদনা গাড়ী থৌদুনা পূক্লিং তংদাদনা কদায় কদায়দনো কোয়রুবা ঙসি লোইনা নীংশিংদ্রে।

মতম অদু ফাওবদা নোং ঙানদ্রি। নোং অমদি খংশিৎ খংশিৎ শিৎলকপা নুংশিৎনা মাঙদা করিমতা উবা ফংহল্লমদে। গাড়ীগী খুৎথৌ মিৎকুপ খুদিংগী হুহুহনবা তারম্মী। উইগুস্ত্রীন অদো পুংঙৌ ঙৌরম্মী। লম্বী খংথেক থেকচিল্লম্মী, ৱাখলদা করিনো অমা খংফাও ফাওরকখি— মিরুম অমা গাড়ীগী মমাংমক্তদা। ব্রেক কন্না ফায়। মিরুম অদো বাম্পারগী মথক্তা হাইথরকখি। অহিঙ অমত্তদা অনিরক হেক হন্না অসুম হায়না মহাক্কা উন্নগনি হায়বসি কৈদৌঙৈদসু খল্লুদে। করি তৌসি খল্লিঙৈদা মহাক হৌগৎলক্লে। নোংনা মশা পূম্বা চোৎলে। শাড়ি তংখাই অমা লৈপাক্তা চিংলি। চেনশিনখিদুনা গাড়ীদা থাঙ্গৎকে তৌরুই। অমুক্কা চুক শাদুনা লৈখ্রে। "হু আর ইউ ? লিভ মি অ্যালোন।"

"প্লিজ, ফোর হেভেন্স সেক, য়ুমদা চৎলসি। মরম্মোকপীসিদি।"

"চৎলোই, ঐ চৎলোই। গিভ মি এ ড্রিংক।"
"ফরে চৎসি। আই উইল গিভ ইউ এ লোং ড্রিংক।"
"অওইবমক্লা হায়রিবদো?"
"মানি। অওইবমক্কী হায়রিবনি।'
"ও ইউ আর সো সুইট।"
"চৎলো, চৎলসি।"
"বট্ হোয়ার ইজ মাই ড্রিংক?" অদুদগী লম্বী ময়ামদা লেপ্তুনা হৌরকইঃ
"Here is to you as good as you are
And here's to me, as bad as I am
But as good as you are and as bad as I am
I am as good, as you are, as bad as I am,"

লম্বীদা তপ্না তপ্না মী তিনবা হৌরক্লে। নোং অদুসু লেপখ্রে অদুগা অমুবা নোংগী কারক্তা নুমিৎকী মঙালনা লোম্না য়েংলক্রি। খঙলে, ইকাইনিংঙাই ওইবা থৌদোক অমা থোকপা তারে, কাইনথংদা অদুমক হেক থোক্লে। মহাকপু গাড়ীদা চিংখৎকে হায়না তৌবা খুদিংগী "গিভ মি এ ড্রিংক, গিভ মি এ ড্রিংক" হায়দুনা কূমথরম্মী। অকন-অরিং হেক তৌরুবগা হেক্তা লাউরকই। অসিগুম্বা ফিভমদা করি ওইফম থোকপা অদুমক হেক থোক্লে। মীয়ামগী মরক্তগী পূকচেল চাউবা অমনা চোংথোরক্তুনা ঐবু জেরা তৌবা হৌররে। মী অমদি গুণ্ডানি হায়না হায়রক্লে। তিল্লিবা অতে অদুসু ঐগী মায়োক্তা লেপখ্রে। মিৎকুপ অমদা ঐ অরানবা তাপ্রে। ঙাইহাক্কী মনুংদা পাহারাবালাসু লাক্লুনা থুংলরে, পিক্তক-লাক্তক তৌবা প্রোসেসন অমা থানারোমদা চৎখৎলক্লে। মাঙ থাদুনা ঐ, তুংদা মীয়ামগা হুন্মক্তুনা লাকখি বা মচেৎ মচেৎ।

"থোরাইমচা অসি জেলদা পীবা চুমই।"

"নুপী অসি মকোক ফক্তমাল্লে।"

"ইকায়দমাল্লে অচৌ-অশাংগী মচা ওইরগা লম্বী ময়ায়দা নুপী অমগী মখুৎ পায়দুনা চিংথোক-চিংশিন তৌবা।"

থানাদা য়ৌরগা দারোগা সাহেবতা লোইনা হায়জরে। বা পুন্নমক থাজবিদ্রবসু দারোগা সাহেবনা ইমিং-ইথা ইশিলহৌরগা পুখিনবা য়াথং পীবিরে। তৌইগুম্বসুং কনাবুনো পুখিগদৌরিবসিবু? চৎকদবা মী অদুদি থানাগী বেঞ্চ মথক্তা মমায় উপশিন্দুনা লৈখ্রে। হৌদোক্লে হায়না হেক তৌবদা অমুক্কা চুক শাদুনা লৈখরে। লাউ খোংদুনা কুম্মে থোকহল্লে। "হম নহী জায়গা। হম উসকো নহী জানতা।" তক্তনা হায়বদুনা দারোগা সাহেবকী মপুক্লিংদা চিংনবা পোকহল্লে। খম থেংনা ইকায়বগী পোৎলুম পুদুনা ইকোক অসি লুকথদুনা থানাদগী থোরক্লে। তুংলোমদা হন্না ফাওবা য়েংলমদ্রে।

তুমিন্না গাড়ী ষ্টার্ট তৌরে।

"ঙাহখো, ভাইস্বা প্লিজ ঐ কাকমিংবা, জাস্ট অ্যাম কামিং।" থম্মোয় কায়রবা খোঞ্জেল অদুগা লোয়ন-লোয়ননা তেনগুম্না পাইশিল্লক্তুনা গাড়ীগী থোঙদা য়েশিন্দুনা তাররে। ইঞ্জিন্না চালাইবদৌনা গাড়ীগী থোঙ হাংদোক্লে। তুংলোম্মদগী তায় হাবিলদারগী থবায় তানা নোকপা মীনোক— "আরে ভাই, মিয়া বিবি রাজী তো ক্যা করেগা কাজী।" তপ্না তপ্না গাড়ী থৌরে। ব্রা অমত্তা ঙাঙ্দে ফনা কুইনা। কোয়চাই চাইবা ব্রাখলগী লাংদা থুদুনা খল্লকই কদায়দা পুসিগে। ফিভম অসিদা য়ুমদা পুবসু মওং চারোই— অদুগা পুদ্রগনা কদায়দা লংশেক্তুনা থমগনি? ব্রাখলগী করিগুম্বা পল্লেপফম খঙদ্রে। গাড়ী থৌদুনা অদুম চৎলে। ইশাদা থাজবা মাঙখিবগুম তৌরে। মন্ত্রনা শুম্নাৎলবগুম য়ুমলোমদা গাড়ী থৌরে। খঙহৌদনা মশা পুম্নমক ঐগী ইথক্তা ঙাথরক্তুনা হিক্লা হিক্লা কপ্লা হৌরক্লে, "খঙবরা, মখোয়না ঐবু থাংথরক্লগা মাগী মাগী ময়ুমদা চৎনখ্রে।"

"করি তৌরম্মী মখোয়না। অহিঙ চুপ্পা নঙগা ফম্মিন্নদুনা য়ু থকমিন্নব্রা?"

"নঙ! নঙসু অদু হেক হায়বরা? নঙসু!"

"করিগী, ঐনা করিদা তোপ্পিবা। ঐবু নঙগী কনানো? নঙদি ঐবু খঙফাও খঙদে।"

"খঙবরা অহিঙ অদুদা করি মতৌনো ঐনা তৌখিবা, ঐ ঙসি ফাওবা খঙবা ঙমদে। ঐ ঙাওরুবগুম তৌবরা। নৎত্রগদি নঙোন্দা অদুম হায়না তৌবা! পৃথিবীগী মী পুম্নমকপু নুমিৎ অদো তুক্কচনিংলম্মী। ইপূক্লিংদা খল্লম্মী, মী পুম্নমক ঐগী য়েক্লবা ঙাক্তনি। খঙবা ঙম্লম্মী নঙনা লাকপা। নঙবু ইনাক্তা ফংনিংলম্মী। পাম্লম্মী নঙনা ঐবু পুদুনা চৎখিবা, তৌইগুম্বসুং মিৎকুপ্তা লোইনা মথক মখা ওল্লম্মী। খল্লকখি, লৈরিদনা নুংঙাইবা। ইশাবু তপ্না তপ্না লোইশিল্লগা লোইরে। তাউথহল্লগে ইশাবু, তোর্বানদা য়ৌবা ঙম্লবসু ফৈ, ঙমদ্রবসু ঈয়ায়দা ঈরাক্লবদি ঙমগনি। ঐ য়াম্না ফজনা নীংশিলি, ঐনা লাউ-খোংদুনা হায়খিমাল্লে, 'গিভ মি এ ড্রিংক'। খুদক্তা গ্লাস ময়াম অমা ঐঙোল্লোমদা ফুজিল্লকখি নৎত্রা? খল্লকই, গ্লাস লিশিং লিশিংনা কোয়শিন্দুনা ঐগী ইমাংদা জগোই শারিমাল্লে। গ্লাস অমা পায়গে হেক তৌরুবদা গ্লাসশিং অদো কোয়ন-কোয়না জগোই শাদুনা ঐগী ইনাক্তগী লাপথোকখিরম্মী। অদুদগী কমদৌখিবা খঙবরা, গ্লাস অহুম ইমাংদা চঙশিল্লকখি। পায়গে হায়না হেক তৌবদা খঙলেপ লেপখি— গ্লাস অহুম অদুদা মমি অহুম ফাওগৎলকই— অমনা নঙগী, অমনা আফতাবকী অদুগা অমনা অনুপমগী। খাঙবা অমুক ঙমদ্রে। অদুগী গ্লাস অমা নঙোন্দা লংদুনা থাখিবদুনি। অদু নৎত্রনে?"

মথংগী পরেং খরা অদো শেংফাক্তে। পিরাংনা চোৎখ্রে। ইমাঙসিদা উরকপগুম তৌরকই, চিঠি ইনা ইনা মিৎলুদা পিরাং শিঙ্খরি। পিরাংনা খজাইদা শিঙ্খরক্তুনা চিঠি

মথক্তা তারি।

"ঐ য়াম্না তূমনিংঙে। ঐ তূম্লগে, অতৈ ঙমদ্রে।" য়ুমদা থুংবগা ঐনা করিমতা হায়দ্রিঙৈদা সোফা মথক্তা তুথখ্রে। ঐ অমুক হৌদোক্লে। থংনরিবা কাদগী মরম মরক্তা হুল্লকই নাকোংদা— "কটী হৈ রাত হঙ্গামা গুস্তরী মে তেরী, সহর করীব হৈ অল্লাহ্‌ কা নাম লে সাকী।"

"নুমিৎ তাশিল্লক্লে, হৌগৎলরোইদ্রা?" হৌদোকসিরা হৌদোকনুসিরা থন্না থন্না ড্রোয়িং রুমদা চত্তুনা তপ্না তপ্না হৌদোক্লুরে।

"ইমাইপেম্মা। য়াম্না কুইনা তূম্লুরমাল্লে, নৎত্রা? ঐবু হৌদোরক্ত্রিবা করিগীনো?" মায়কৈ মরিদা কোয়য়েং-য়েংলগা হংলকই, "ঐবু কদায়দনো তৌরিবসিবু?"

"ঈশিংদা তাদে। ঐগী য়ুমদনি।"

"নঙগী য়ুমদা করিগীনো?" হেক হায়রগা ঙরাং অহিঙগী ৱা মশেন-মরাং নীংশিংলক্লমাল্লে। মখজাই অদো ঙাংশং-ঙাংশিল্লকই।

ফনা কুইনা মপানগী কাদা ফমদুনা মনুংলোমদগী শাৱারগী জাই জাই লাউবা মখোলগা হুল্লকপা ঈশৈগী সুর তারম্মী। "অৱাবা ঐগী ঙাকপিয়ু প্রভু।" করম্বা তাঞ্জাদা ঈশৈ লোইশিনখিবনো খঙহৌদে। মরৈ মরৈ তাশিনবা ৱাখল অদো অমুক্তা হেন্না মরৈ মরৈ তাশিল্লম্মী। থনবদা করিমতা মকোক-মমৈ খঙলমদে। করম্বা অৱাবদনো ঐনা তারিবসি। ঐগী করি তৌফম থোকই। ঐগী তৌগদবা করিবু লৈরিবা। থৱায় থারফাও মহাকপু কনগে লাক্লবনি, অদুবু খঙন-খঙনা হিংনিংদবা মী অদুবু করম তৌদুনা হিংহনগদৌরিবনো? মহাক্না হায়রক্লবদি "হু দ হেল আর ইউ?" মতম অদুদা ঐনা করি পাউখুম পীগনি? তৌফম থোকপদগী হেন্দোক্লুনা ইশাবু য়েৎশিনহনখ্রবরা অতোপ্পা লমগী নোংদম নাইদবা তুংগী পুন্সিগা। অদুগা মসিগী পোলোইনা করিনো? নীংশিংলকই অঙাওবদুগী ৱা। আফতাব মহাক্তংদি মতেং খরা পাংবা ঙম্লমগদবনি। তৌইগুম্বসুং কদায় আফতাবতি? কদায়দা মহাকপু ফং লুগনি? অদুদি ঐগী করি তৌনিংঙাই লৈরিবগে। ঙম্বমখৈ তৌরে। ঐগী তৌনিংঙাই অতৈ করিমতা লৈত্রে।

ফনা য়াম্না থৌনা খোমজিনদুনা খল্লকই, ৱা লোইশিন্নবা অমা, ৱা শেংদোক্লবা অমা ঙসিদি তৌদবা য়াদ্রে। অসিগুম্বা খাঙ্‌ঙমদবা মওং অমদা লৈবসি অমগীসু অমগীসু ফৎলোই। ঙসিমক ঐ হায়বা তাই, "ইউ মে গো টু হেল। আই কুডন্ট্‌ কেয়ার লেস।" থম্মোয়নুংদা চৈফু অমা ফাওরকই। ড্রোয়িং-রুমগী ম্যান্টল-পিস্‌তা থম্বা অনুপমগী ফোটো অদুনা মৈ হৌরবা মিৎয়েংনা ঐঙোন্দা য়েংলকপগুম তৌরকই। নীংশিংলকই শ্রীনগরগী নীংথিরবা নুংমিদাংৱাই অমগী ৱা। নৌথরক্লবা মখোলনা হায়খিবা মাগী ৱাশিং অদো হৌজিকসু নাকোংদা য়ৈরি, "চৎলেদো ব্রাদর। করম্বা মতমদা হল্লক্কদৌবা খঙদে। কনানা খঙগনি, হল্লক্তবসু য়াই। খঙঙিদুনি ঐখোয়গী

চাকরি। ভাই, লুক আফটর হার। মহাকপু খরা য়েংশিনবিরম্মু। য়াম্না অঙাং মচানি।"

অনুপমগী মখুৎ অনিদো পায়দুনা হায়খি, "শোয়দনা য়েংলমগনি, শোয়দনা। ডোন্ট বোদর। মহাক্কী করিমতা ৱাহল্লোই। ঐনা য়েংলমগনি।" অনুপম হল্লকখিদে। অদুগা ঐনা? অমং য়াইথোং পাংলিবা মাঙোন্দা নোংমা হায়খিবা ৱা অদুগী সম্মান কয়া য়াম্না ঐনা থল্লিবা। ৱা অদো হায়খিবগী ৱাফম অদো নীংশিংদুনা লৈরবসু থৌ ইশা-শাদনা কাউননবা হোৎনরি। মিৎকুপ খরগী মমাঙদা পূক্লিং চপ লেপ্তুনা ড্রেসিং রুমলোমদা চৎকে তৌরম্বদো মিৎকুপ্তা লোইনা মাঙখ্রে। পূম্নমক মথোং-মরম নাইদবা অমা তৌখ্রে। করম্বা মতমদা তূমিন্না অনুপমগী ফোটো মনাক্তা য়ৌখিবনো খঙহৌদে। কয়া কুইনা ফোটো অদু য়েংদুনা লেপ্লম্বা খঙদে। কয়া কুইনা লেপ্তুনা লৈরমগদবা হায়বদুসু খঙদে, করিগুম্বা ড্রেসিং রুমদগী থম্মোয় কায়রবা অৱাবগী খোল্লাউ অদো তারমদ্রবদি। পূক্লিং থুক লাউবা থবাক-চিংখাইবা খোল্লাউ অদু ঐ হৌজিকসু নীংশিংলি। পূম্মমক মাঙনবগী, পূম্নমক অমত্তা ফাওবা ফংদবগী শাথীরবা খোল্লাউ অদুগা লোয়ননা হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা তেংথা-নাওইবদো ঐ কৈদৌঙৈদসু কাউবা ঙম্লোই। অঙাওবদৌনা চেকশিনখিদুনা ড্রেসিং-রুমদা উখিবা দৃশ্য অদুসু পুম্নিদা কৈদৌঙৈদসু কাউবা ঙম্লোই। পাক্লবা মিংশেন অদুগী মমাঙদা লেপ্তুনা মখুৎ অনিনা মমায় খুমজিন্দুনা হিক্লা হিক্লা কপ্লি। চোৎলিবা শম্লাংনা মনঙন্দা চোইজাইননা লৈরি। মীকপ অদুগা লোয়ননা তত্তুনা তারম্মী, "করিনো ঐনা তৌরিবসিবু ! করিনো ঐনা তৌরিবসিবু!"

করিমতা খঙবা ঙম্লমদে। খূৎ অনিনা মরেংবান পায়দুনা নোম্না নোম্না হন্না হন্না হংল্লমী, 'করি তৌরবগে? ঐঙোন্দা হায়য়ু। করিনো ঙাওশিন্নরিবদুবু!" কন্নানা ঐগী ৱাহংগী পাউখুম পীগনি। মীকপ অদুগী ঈথক্তা ঐগী ৱাহৈ তাউথোকখ্রে। অদুদগী হাইথরক্তুনা ঐগী থবাক্তা তুথরকই।

"করি তৌরবগে ঐঙোন্দা হায়য়ু মরম্মোকপীসিদি।"

"করিনো ঐনা তৌরিবসিবু!"

"করি তৌরবগে? হায়য়ুনে। করিগী অদুম হায়না তৌরিবনো?'

হিক্ল-হিক্লা কপ্লা অদুদা ৱা অমত্তংদি তাবা ফংখি, "ঐগী ডিম্পল।"

"করিনো অঙাওবীদৌনা হায়রিবদো। করি তৌরবগে, করিগী ডিম্পলনো?"

"ঐগী ডিম্পল। ঐগী ডিম্পল মাঙখ্রে।" থম্মোয় কায়বা মীকপ্লি। থুক লাউখ্রে ঐগী থম্মোয় অসিসু।

"করিসু তৌদে। নঙ নোকউ, য়াম্না কন্না নোকউ। নঙ করিসু তৌদে।"

মপূক্লিং তপথহন্নবা লাক্লে। তৌইগুম্বসু মিৎকুপ অমগী মতুংদা উরে অঙকপা দৃশ্য অদো। মিনিট তরামঙা তত্তুনা মিংশেন অদুগী মমাংদা লেপ্তুনা কপ্লা কপ্লা নোক্লবা

লাক্লবা অদো। অঙকপা দৃশ্য অমনি। অমুকসু খোল্লাউ অদো, "ঐগী ডিম্পল। ঐগী ডিম্পলদুবু কদায়দনো?"

খজাইদা শিঙ্খরি পিরাংনা। অদুগা মরক্তা মহাক নোক্লি। মচেৎ মচেৎ মতৎ মতৎ মীনোক। নোকপগী ঈপোম হৌরকগা তাকখ্রি, তৌইগুম্বসুং মদুগী মমাঙদা খজাই অনিগী মকৃৎপা অনি অদুদি, ডিম্পল অনি অদুদি কদায়? ঈপোম হৌরকপগা তাকখ্রি, তৌইগুম্বসুং ডিম্পলদি চোংথোরক্লে। খংউ উরে ডিম্পল অনিদুগী মফমদা খজাই অনিদা তারি মুশিন মুসিন মুবা দাগ— কৃশিনবা অনি— রিন্‌কৃল অনি। মিনিট তরামঙা চুপ্না চখ্বরি নোকপা কপ্পগী অঙকপা দৃশ্য। নোকপা খুদিংগী অদুগা লোয়ননা মহাক্কী ডিম্পল থোরক্লবা লাক্লবা খুদিংগী ডিম্পলগী মফমদা তারি শাথিরবা মশীং লাকঙমদ্রবা নুংশিহৈত্রবা অমুবা দাগশিং অদো।

পুন্সিদা তৌফম খঙদবা কয়াগী মায়োক্তা ঐ লেপ্পা তাখিরম্মী। তৌইগুম্বসুং মসিদি মওং অমগী তৌফম খঙদবনি, মসিগী ৱারেপ তানীংঙাই করিমতা ঐঙোন্দা লৈরমদে। ইশাবু অসুম হায়না পাম্বে লৈত্রবা মওংদা নোংমতবা থেংনখিদ্রি। করি তৌসিগে, ঐগী করি তৌফম থোকপগে, করি তৌবা চুম্বগে কিরমতা খঙবা ঙম্লমদে। ৱা অমত্তা হায়বা ঙম্লমদে। তুমিন্না কা অদুদগী থোরক্লুনা ড্রোয়িং রুমদা ফম্লরে। ড্রেসিং রুমদগী বেড রুমদা মহাক্না চৎখিবা খঙহৌই। ড্রোয়িং রুমগী পারবা পর্দা ফাওনা উরম্মী ফমুংদা হিপ্পুনা লৈরিবদো। মরক্তা হিক্লা হিক্লা কপ্পগা লোয়ননা ফমুং মথক্তা মশা অদো নীকপা উরম্মী। চিন্তাগী মমৈ-মকোক করিমতা খঙদদুনা করম্বা মতমদা চেয়ার মথক্তা তুমথখিবা খঙহৌদে। আলমারী হাংদোকপগী মখোল তাবদা মিৎকপ থোক্লকই। অদুগী হেক মতুংদা তারম্মী ফ্রিজ হাংদোকপগী অমদি গ্লাস লৌথবগী ক্রিং-ক্রাং মখোন। হৌগৎকে হায়না হেক লাক্লে। তৌইগুম্বসুং কনানো অমনা ঐগী ইখোঙ অনি অসি লৈবাক্কা পান্ননা য়ৈশিন্দুনা থম্লম্মী। হৌগাৎপা ঙম্লমদে। নুংদৌনা ফমদুনা লৈরম্মী। মরক মরক্তা কাদগী হুমদুনা পুরক্লম্মী তোক্-তাক্ তৌদুনা সোডাগী লিক্লিং হাংদোকপগী য়াক্লবা মখোল অদুগা লিক্লিদগী গ্লাসতা হৈথবগী পিক্তক পিক্তক তৌবা ঈশৈগী সুরগুম্বা খোঙ্খাং। হিক্লা হিক্লা কপ্পসু তাবা ফংলম্মী। করিমতা হায়রমদে। হায়গেসু খল্লুদে। হায়বসু ঙম্লমদে।

নোংঙাল্লমদাইদা লাকপা নুংঙাইরবা মিৎকপ অদো খংকায় কায়খি গ্যারেজদগী গাড়ী লৌথোকপগী মখোনদা। করিমতা হায়দ্রিঙৈগী ঐগী গাড়ী অদো অৱাবা খোল্লাউ অমা লাউরম্লগা গেট্‌তগী হাইদোক্লুনা থোকখি। ড্রেসিং রুমদা চঙলগা টেবলদা থম্লম্বা চিঠি অদো থেংনরুই। "করিমতা হৈনীংবা পোক্লে। খরা কোয়থোক্লুগে হায়দুনা থোক্লিবসিনি। ফনা কুইরে কুতুবমিনারদা কাখত্তবা। পংকোয়তা কোয়রুরগা মফম অদুদা চৎপ্রা করিনো।"

"কুতুবমিনার।"

## ॥ ৫ ॥

**"য়ে ইন্‌সানোঁকো টুটে হুয়ে দিল হৈ সাকী,**
**হমসে তো টুটে হুয়ে সাগর নহী দেখে জাতে।"***

"করিমতা হৈনীংবা পোক্রে। খরা কোয়থোক্লুগে হায়দুনা থোক্লিবসিনি। ফনা কুইরে কুতুবমিনারদা কাখত্তবা। পংকোয়তা কোয়রুরগা মফম অদুদা চৎপ্রা করিনো।" কুতুবমিনার!

তেল্লবা ৱাহে খরতনি, তৌইগুম্বসুং ঐগী ইফমদদি ফত্তবা খুদমগী অমুবা মিরুম ঙাক্তনি। কোক্তা চিন্তাঙাক্তনা থনখ্রে। করিগুম্বা? নত্তে নত্তে। মদু ওইবা য়াদে। অদুবু অদুমক ওইরবদি, অদু ওইরবদি? অতৈ অমুক খনবা ঙমদ্রে, খুদকতা চেল্লে টেক্সি তৌদুনা। তৌইগুম্বসুং কদায়দনো চৎকদৌরিবসি! চাউরবা মহানগরী অসিগী মীয়াম লাখ লাখকী মরক্তগী করম হায়না মাবু থিদুনা পুথোক্কদৌরিবা। পুংজা অমগী মথং দা পুংজা অমা অঙাওবদৌনা কোয়চৎ চৎলে। অনি অনিরক হন্না কুতুবমিনার য়ৌরুরে। নুংশাসোর থবেৎ থবেৎ হোংদুনা কাখৎলুই মশীং লাকঙমদ্রবা সিড়ি কানদুনা তৌইগুম্বসুং থেংনবদি লৈরমদে মাগা।

কুতুবকী মঙাশুবা মথোলগী রেলিং পায়দুনা লেপ্লম্মী। অম-মম তৌদুনা টুরিষ্টশিং লাক্লম্লগা হন্নখ্রে। অচিকপা থিরকপদা ঙাইহাক লেপ্লমগা ঐবু খংউ-উবদা ইকায়বা নংখ্রে খুনু লাবা অমোম কয়া। তপ্না তপ্না নুমিৎ হাইথখ্রে। মীয়াম খরা পাথরক্লে। কয়া কুইনা লেপ্লম্বা খঙদে। করি থল্লম্বনো অদুসু খঙদে। ইশা লৈরি হায়বসি ফাওবা কাউরম্মী।

"মফম অসদিগী আদা মখাসিদা চোংথরবদি কমদৌনি, হায়য়ু য়েংসি? "নোংথাং-দৌনা খংলৈ লৈশিনখিদুনা মিৎকুপ অমগী মনুংদা মখারোমদা লূকং্খিবা হকচাং অদো চিংখত্তুনা ইনাক্তা চিংশিল্লম্মী।

"করিনো অঙাংমচাদৌনা তৌরিবসি?" তুমিন্না মঙাশুবা মথোল অদুদগী ঐখোয় অনি কুমথরকখি থেক্ল-খোয়না চৎলিবা ঐতিহাসিক সিড়িশিং অদুদা।

খংলেপ লেপ্তুনা হংলকখি, "করি কান্নবা লৈদুনা ঐবু ফাহৌরিবা? কনাগী কয়ামুক মাঙগদবা ঐনা লৈত্রগা। অদুগা ইশাগী ইফমদসু করিসু কান্নরিবা ঐগী পুন্সি অসিনা। I am what I was determined not to be. ঐনা কৈদৌঙৈদসু ওইনিংখিদবা অদুমক ঐ ওইরবনি।"

---

* মসিদি তাইবংমীগী কায়রবা থম্মোয়নি; ঐদি কায়রবা তেঙগোৎ ফাওবা উদ্রি।

"পোৎ খুদিংমকপু কান্ন-কান্নদবগী পাদম্না ওন্দুনা খন্নবা য়াবরা। পুন্সিগী কান্নদবসি নঙ নতোমতগীতা নত্তে, অতৈ কয়ামুক্কীসু লৈরম্বা য়াই। মদু হায় হায়দুনা মী পুন্নমক্কা পুন্সি অসিবু হেক্তা খল্লানথোকপ্রা?"

"ময়ামগী বাদি খঙদে। ঐঙোন্দদি কান্নবা লৈত্রে। হেক হৌরকপদা লোইশিল্লবা মী অদুনা হিংবগী করি কান্নরিবা?

"নঙোন্দা লৈত্রবসু অতৈ অতোপ্পা লৈরম্বা য়াইদনা। নঙগী নশাগী অমাঙবা লৈত্রবসু নঙ লৈত্রগা অতোপ্পা কনাগুম্বগী অমাঙবা ওইবা য়াই হায়বা বা অসি নঙ খন্থদ্রিবা করিগীনো?"

সিড়ি ময়াইদা খংলেপ লেপ্লম্মী। অমম্বা অদুদসু খঙবা ঙম্লম্মী, মিৎফম হোংদনা ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈরি। নুংশাসোরগী মখোনদা খঙবা ঙম্লম্মী, ঐগী ইনাক্তা য়াম্না নক্না লেপ্লি। মদুগী হেক মথংদা তাবা ফংলম্মী— "অওইবরনে। অদু ওইরবদি শিবা য়াদেদনা।" ঐ নোকপা য়াখিদে। খঙই, মাসু নোকপা ঙমখিদে বা অদু হায়রগা। মখোল অদো লোথরম্মী। সিড়িগী থাক অদুগী ঙাল্লি ঙাল্লি মল্লি মল্লি অদুদা মমায় অদো হাইগৎলকপগা পিরাং মতুম অনী খুবাক্তা তারকখি। ইশানা খঙহৌদনা মহাক্কী মিৎলুগী পিরাং তৈথোক্কে তৌরুবদা ইশামক্কী মিৎলু অনিসু ঈহৌরকখি।

মদুগী হেক মথংদা অদুগুম্বা থৌদোক অমা থোক্কনি হায়বসি ঐ খল্লুদে। ঐগী খূৎ অদো খংকন-কন্থোক্কুনা ইন্থোক্লগা লাউরকখি, "অদুবু করিগীনো? করিমগীদমক্তা নঙনা ঐগী ইতুংদা কোয়ইন ইন্নরিবনো! করি পাম্বগে নঙ ঐঙোন্দগী? ঐগী শিব-চঙবগা নঙগী করি মরী লৈনবগে? করিনো নঙগী অতোংবা অমাঙবা। নঙবু কনানো। নঙবু কনানো?"

অসিগুম্বা বাহং অমগীদমক ঐ শেম-শাদুনা লৈরমদে, অদুনা তিঙক-মাইঙক্লরম্মী। মিনিট খরা চীনদগী বা অমত্তা থোক্লমদে। করিনো হায়গদবা? করিনো পাউখুম পীগদবা?

"তুমিন্না লৈরিবা করিগীনো? হায়য়ু। পাউখুম পীয়ু। হুৱাই! হুৱাই! নঙবু ঐগী কনানো? ঐবুনা নঙগী কনানো? করিনো নঙনা পাম্লিবা?"

"ঐ! ঐ! করিনো নঙনা হায়রিবদুবু? ঐ নীংথিনা খঙবা ঙমদ্রে?"

"করিগী খঙবা ঙমদ্রিবগে? নঙ করিমতা খঙবা পোৎ নত্তে, নৎত্রা?"

"ঐ ... ... ।"

"তুমিন লৈয়ু। করিনো নঙনা পাম্লিবসি ঐঙোন্দগী?"

"কদায় ঐদি নোংমতসু ... ... "

"নঙ ঐবু নুংশিবরা? ডু ইউ লভ মি?"

খংহং হংঙকপা বাহং অদুগী পাউখুম নুমিৎ অদুদা ঐ পীবা ঙমখিদে। মাগী বাহং অদুগী পাউখুম নুমিৎ অদ ঐঙোন্দা লৈরমদে। ঙসিসু বাহং অদুগী পাউখুম

ঐঙোন্দা লৈতে। পাউখুম পীবগী খুদোং চাবা লাকখিবা নুমিৎ অদুদা পাউখুম পীবা ঙমখিদে। ঙসিদি ব্রাহং অদুগী পাউখুম থিরুবগী করিসু কান্নবা লৈত্রে। নুমিৎ অদুদা হায়রম্লবদি, "হোয় ঐ নঙবু নুশি। ঐ নঙবু পামই।" অদু ওইরবদি করম তৌরমগনি? পাউখুম অমদি শোয়দনা ফংলমগনি। পাউখুম ফংলম্বা য়াই, "ঐদি নঙবু তুক্কচৈ। ঐদি চুম্লতগী নুংশিবিবনি নঙবু। সব দ্যাট ইজ ওল অ্যাবাউট ইট।" অদু ওইরবদি নুমিৎ অদুদা কুতুবমিনারগী মম্লবা ঐতিহাসিক সিঁড়িগী অরোইবা থাক অদুদা হিসাব পূম্নমক শেংদোক্লব্বা য়ারম্বনি। ব্রা অমত্তা হায়রমদে মহাক। হায়রম্লবদি ঙসি ফাওবদা অসুক য়াম্না অৱাবা ফংলিবসি ঐ ফংলমলোইদবনি। নুংথিল অমগী মথংদা নুংথিল অমা অহিঙ অমগী মথংদা অহিঙ অমা ৱাখল তৌখি মাগা ঐগা লৈনবা মরীগী নকশিন্নবগী চাং, হৌনবা হৌনদবগী ব্রা। মরক মরক্তা হৌজিকসু খল্লি। নুমিৎ অদুদা মঙোন্দগী তশেং-তশেংনা কম্লোকপগী ব্রাহে তারম্লবদি ঙসি ফাওবা ঐবু ফোঙদোক্তবা চৈফু অমনা চৈনাখোল ফাওহল্লিবসি ফাওরম-লোইদবনি। তৌইগুম্বসুং মাগী ব্রা তোকথোক্লবসু ইশানা ইশাদা কৈদৌনুংদসু হংখিদি — ঐনা মাবু নুংশিবরা? পাউখুম ঐ ইশামকসু ফংদ্রি, মঙোন্দা করি পাউখুম পীগদৌরিবা। ঐনা হায়রম্লবদি— "হোয় নুংশি," অদুগা মদুনা তশেংবমক্কী ওইরম্লবদি মী অমগী মফমদা ঐবু কৈদৌনুং দা ঙাকপিফম থোক্কদ্রা, ঙাকপিবগী মতীক চাগদ্রা। মঙোন্দদি ব্রা পীখিবনি "ডোন্ট বোদর, ঐনা মহাকপু য়েংঙমগনি। আই উইল লুক আফটর হার।" অদুগা নুমিৎ অদো কুতুবমিনারগী সিঁড়ি মখাদা লেপ্তুনা ঐনা হায়রম্লবদি, "হোয় ঐ নঙবু নুংশি। অদুগা নঙদি?" অদুগা মানা অতৈ করিমতা হায়দদুনা ঐঙোন্দা অদুম য়েংদুনা লৈরগা হায়রম্লবদি, "ঐ! ঐ— ঐদি খঙদে।" অদু ওইরবদি মানা য়ারকপা অদুগী মতুংদা ঐগী পুন্সিগী খোঙলৈ অমা হোংলম্বা য়ারম্বনি। অদুম ওইরবদি অসুক কুইনগী মতুংদা ইথা থাজদনা চিঠি অমা ঐঙোন্দা লাক্লম্মোইদবনি, অদুগা চিঠি অদু ফং বদগী নীংশিং-ঈপাক্তা অসুক য়াম্না ঈথক-ইপোম হৌরম্লোইদবনি। পুন্সিগী হিসাব শেংদোকপগী কা অমদি য়ামদ্রবদা মেন-শিল্লম্মদবনি। তৌইগুম্বসুং মাগী মফমদবু করিগুম্বা পাউখুম লৈরম্বরা নুমিৎ অদো।

"খঙবরা; ঙসিসু মরক মরক্তা খল্লি; ঐ ইশামক্তদা করিগুম্বা পাউখুম লৈরমদবনিনা ব্রাহং হংবগী অধিকারসু ঐগী লৈরমদমাল্লে। কনানা খঙবা, করিগীদমক্তনো নুমিৎ অদো অদুম হায়না নঙগী নপুক্লিং নাহম্না ঐনা ব্রাহং অদো হংখিবা। তুংদা খল্লকখি মরী খুদিং-মক্কীবু মিং অমা হেক্তা লৈফম থোকপ্রা। করি কান্নবা লৈবগে মদুগী। মদুগী শরুকপুদি মসিনা হেন্না ফৎত্রা— মমিং লৈতবা, শাগৈ লৈতবা, হায়ফম খঙদবা মরী অমা। মরক মরক্তা নুমিৎ অদুগী ব্রা নীংশিংলুবদা য়াম্না নুংঙাইরক্তে।"

"কদায়, পাউখুম পীদ্রিবা করিগীনো ঐগী ব্রাহংগী! নঙ ঐবু নুংশিব্রনে?"

অমুক্কা হংলকখি ঐগী তুমিন লৈবদো উবদা অমদি অমম্বগী অচিকপা থুগাইদুনা।

"মসিগী পাউখুম ঐঙোন্দা লৈতে, মরমদি মসিগী পাউখুম ঐ খঙদে। ইশানা ইশাবু কৈদৌনুংদসু ৱাহং অসি হংখিদ্রি। নঙবু নুংশিবরা নুংশিদবরা হায়বদুসু ঐ খঙদে, তৌইগুম্বসুং মসিমতংদি খঙই, ঐনা নঙবু নুংঙাইনা লৈহন্নিংই। অতৈ করিমতা নৎত্রবসু পৃথিবী অসিবুতদি নুংশিবিয়ু। অতৈমক নৎত্রবসু নশাবুতদি নুংশিয়ু।" ঐঙোন্দা ৱাহৈশিং অদো অঙকপা ওইনা থোক্লম্মী, অদুবু ইশানদি খঙবা ঙম্লবরা খল্লম্মী, ঐগী ৱাহৈদা নুংশিবগী খোঙ্থাং কয়াসু য়াওরম্বগুম তৌবরা? ঐগী ৱা লোইফাৎত্রিঙৈদা কপ্পুনা তুথরকখি। ঐগী থবাক্তা। "নঙ ঐবু কনবিয়ু। ঐ অতৈ করিমতা পামজদে। নঙ ঐবু তুক্কচদুনা লাপ্না লংশেকপিগনু। মী পুম্নমক্কা ঐবু ইম্থোকতুনা থল্লিবসিদা ঐনা ঐগীনি হায়বা ঙম্বা মী অমত্তংদি ঐগী লৈজগে, অদুগা অদুগুম্বা মী অমত্তং অদো নঙ ওইবিয়ু।"

খঙহৌদনা লাকপা নোংলৈ-নুংশিৎকুপ্পা অমুক ঈংথরম্মী। ইফ-ফবা শাদুনা হায়রকই, "চৎসি হল্লসি। ঙসি নুমিদাংগী ট্রেনদা ঐ চৎপা তারে।" মৈঙাম্না ইঙান-ঙাল্লবা মহানগরীগী লম্বীদা গাড়ীদা তোংদুনা ফনা কুইনা কোয়রম্মী। লম্বী ময়ায়দা অমুক্কা খংহায় হায়রকই, "নঙদি য়াম্না ই-খোৎপদাই। ঐগী ৱারী অসি লৌদুনা করিগুম্বা অমদি ইয়ুদনা। থোইনা ফত্তবদি ওইরোই। অসিগুম্বা ইউনিক ক্যারেক্টর অমা পুংনৌ-নৌবা অমা ওইগনি সাহিত্যদা। ইয়ুকো ঐগী পুন্সি অসি লৌদুনা।" ক্লবতা অমুক হন্না চৎলুই ঐবু নমদুনা পুরগা, অদুদগী অহিঙ নোংঙাইদা থিল্লুই ষ্টেশন্দা। কাগী মপানদা কয়া কুইনা লেপ্লম্বা নীংশিংদ্রে। গার্ডগী হুইশেলদা খং প্রেক খঙলম্মী।

"অদুদি চৎলগে।"

'চৎকদবনিনা চৎলো। অদুগা কদায়, ঐঙোন্দা হায়দ্রি না করি ইগদৌরিবা ঐবু লৌদুনা?"

"অমুক্কা ঙাওশিন্নরিবরা?"

"নত্তে নত্তে অওইমক্কী হায়রিবনি। ইগদবা লৈরবদি হৌজিকমক ইথোকহৌ। মতুংদা ইবা ঙমদবসু য়াই। ঐ ইশামক লৈতবা য়াই। মতম অদুদা কনাগী ৱারী ইগনি— ঐগী নীংশিং ৱারী? কনানা খঙবা অমুক হন্না উন্নদসু য়াই।"

"করিগী?"

"কনানা খঙবা, মসিনা অরোইবা উন্নবা ওইগদবা মানবা । কদায় হায়দ্রেনা ইগদৌরিবরা?"

"হোয় ইগনি।"

"শোয়দ্রেকো। ৱাশক্লবরা?"

"হোয়। ৱাশক্লে।"

হৌজিকসু মরক মরক্তা ৱাহৈশিং অদো খোম্থাং ওইনা ন্নাকোংদা য়েররি—"ৱাশক্লবরা?" "হোয় ৱাশক্লে।" "ৱাশক্লবরা?" "হোয় ৱাশক্লে।" তৌইগুম্বসুং ঐনা "ৱাশক্লে" হায়খিবগী মমল কয়াম্নবু লৈখিবগে? ইশানা তৌগে হায়না হায়খিবা কয়ামুক্কী মতৌগুম "ৱাশক" অদুসু কাউথোকখিরম্মী। নুংশিহৈব্রবা, য়াক্লবা অচুম্বগুম নীংশিংলক্লি তৌগনি হায়না হায়খিবদো। অসুক কুইরবা মতুংদা হায়খিবা অদু অমুক নীংশিংহল্লরে মহাক্কী চিঠি অসিনা। কাউগে হায়না লাক্লবা তোইগুম্বসুং কাউবদি ঙমদবা অদুগুম্বা চৈনাখোন, অদুগুম্বা নীংশিং অদুনা অরিবা অপাংপগুম অমুক হন্না প্রোক প্রোক চাকথেক্লরে।

"অদুদি তশেংনা হায়য়ু, অহিঙ নোংয়াইদা নঙনা ঐঙোন্দা শকখিবা ৱাশক অদো ঙাক্লবরা? ঐ খঙই, নঙ ঙাক্কনি। নঙনা ঙাক্তনা হায়য়ু কনানা ঙাক্কনি। খঙবরা, ঐগী ৱারী লৌদুনা নঙনা করি ইরিবা ঐ য়াম্না য়েংনিংই। নঙগী নখুত্তা য়াম্না ফজরনগনি ইরিবদো। ঐ খঙই, মীনা পারগা হায়বসু য়াই, 'ওইদ্রবনি। য়াম্না শাথীনা সেন্টিমেন্টলনি।' তোইগুম্বসুং ঐ মসিমসু খঙই, নঙনা খুমগনি, 'হোয় ঐ সেন্টিমেন্টলনি, মরমদি ঐগী সেন্টিমেন্ট লৈ। লৈতবশিংনা সেন্টিমেন্টল ওইবা ঙমদে। অদুগা সেন্টিমেন্ট য়াওদবা মী অদুদি মী নত্তে। অদুগা সেন্টিমেন্ট অদু লৈন-লৈনা ঐ মেন্টিমেন্টেল নত্তে হায়রিবা মী অদো চীন-থীবনি।' নঙনা পীরিবা যুক্তি অদো ঐ খঙই। ফৈ মদুনা ফৈ। খঙই কনাগুম্বনা ঐগী ৱারী লৌদুনা ইগনি। মী লিশিং লিশিংনা চরিত্র অদু পাগনি। কনাগুম্বনা চরিত্র অদুবু নুংশিবিগনি, কনাগুম্বনা তুক্কচগনি অদুগা কনাগুম্বনা নোকপসু য়াওগনি। অদুম্নদি ওইরগা ঐদি সুক্খঙ খঙদবসু য়াই। তৌইগুম্বসুং ঐনা লোইগদবদি হৌজিকসু খরা ৱাথলি। অদুনদি চরিত্র অদুগী পোলোই ইবা ঙমদবা য়াই। খুরুমজগে, নঙগী ৱাখলনা শাবা পোলোইদি থোকহনগনুকো ঐগী চরিত্র অদুগী। ঐনা ইশানা ওইরিবা অসুম হায়না অদুম ওইহল্লু! করিগুম্বা লোইশিন্দদুনা লৈরম্লবদি ঐগী চিঠি ফংলবা মতুংদা ইবনা খুদোং চাগনি। তোইগুম্বসুং ঐগী পোলোই অসি নঙনা পামদবসু য়াই। অদু ওইরবদি ঐগী লমচৎকী পোলোই উৎত্রগা হেক লোইরে। সাহিত্যদা চরিত্রগী পোলোই উৎত্রবদি ইয়ামক য়াদে হায়বা লৈব্রা? ওইজসনুনা লোইশন্দবা, মপূং ফাদবা, অরেপ্পা লৈতবা, কায়নবা লৈতবা লমচৎ অমা। য়াম্নদি য়েংনিং খ্রে নঙনা ঐগী লমচৎ অসি লৌদুনা করি তৌগদৌরিবা হায়বদো। নঙগী লাইরিক থোরকপা মতমদা কনানা খঙগনি ঐনা কদায়দা লৈগদৌরিবা।"

দিল্লী ষ্টেশনদা অহিঙ নোংয়াইদা শকখিবা ৱাশক অদো অমুক হন্না নীংশিং-লক্লে। ঐগী ৱাশক ঐ ঙাকপা ঙমদ্রি। মহাকপু লৌদনা ঙসি ফাওবা ঐ করিমতা ইবা ঙমদ্রি। ঐনা লনাইতা লনাইগী ওইবা ইরনগুম্না থম্মোয়দা কোনশিন্দুনা থম্লিবা মহাক

অদুগী নীংশিং, মহাক অদুগী রা অদুবু ঐনা করম তৌদুনা অতোপ্পদা লীগদৌরিবনো? ঐগী থম্মোয়দা ফাওবগী ঙমখৈ মনুংদা লৈরিবা অরাং-নুংঙাই অদুগী শরুকপু করম্না মীঙোন্দা খাইগদৌরিবনো? অদুতসু নত্তনা ঐনা মহাকপু কদায় ফাওবা খঙবগে। হৌজিক ফাওবসু চাউরবা রাহং-খুদমদৌনা ঐগী ইফমদা মহাক লৈরি। করিনো মহাক্কী লমচৎনা! কয়া য়াম্নবু খঙলবগে লমচৎ অদুগী মনুংদু। মরক মরক্তা থল্লকই, মহাক্কী লমচৎ অসি ফ্যানটাসি অমরা। মহাকপু খঙবা ফাওবা ঙমদ্রগা মহাকপু লৌদুনা করিনো ইগদৌরিবা? উপন্যাস, ফুঙ্গাৱারী, কবিতা, রম্যরচনা! তর্ক কয়া তৌনরিবনি পৃক্লিংগা, যুক্তি কয়াগা থেংগাইনরবনি, মরম কয়া পুথোক্লবনি ইশাগী পাঙদবা কুপশিন্ননবা, পাউখুম কয়া থিরবনি ইশাবু কন্ননবা। তৌইগুম্বসুং ঐ ইশাবু ফাওবা পেলহনবা ঙমদ্রি তর্ক, যুক্তি, অমদি পাউখুমশিং অসিনা। হন্না হন্না থল্লকই লৌইনমক চুম্মিনা, তৌইগুম্বসুং ঐনা মংঙোন্দা হায়খিবা রা অদুদি ঐ ঙাকপা ঙমদ্রি। অনুপমদসু রাশকখি, মদুসু ঙাকপা ঙমখিদে। ঐ চিনথীবনি, ঐ মীনম্বনি, ঐ তৌশিন্নবা মীনি। পৃথিবীগী মী পুম্নমকপুদি নমথাক তৌবা য়াই, তৌইগুম্বসুং ইশাবুদি নমথাক তৌবা য়ারোই। পুন্সিচুপ্পা ঐ ইশাবু নমথাক তৌদুনা লাক্লবরা? ওইরম্বসু য়াই।

তৌইগুম্বসুং তশেংমক্তি লমচৎকী পোলোই য়ৌরক্ত্রিনা। অদু ওইরবদি অতৈ করি ইখিগনি। পোলোই লৈতবা; অরোইবা লৈতবা, অহৌবসু য়াওদবা অদুগুম্বা লমচৎকী মরমদা খন্নবা য়াই, কপ্পা য়াই, নোকপা য়াই, নুংঙাইবা য়াই, রাবা য়াই, ইশাগী পুন্সিবু হু ওলহনবা য়াই, তৌইগুম্বসুং সাহিত্য লেংবদি য়াদে। ঐগী লমচৎকী পোলোই ঐ ইশামক্তা খঙদে। মহাক্কীসু মহাক মশামক্তা খঙলম্মোই। ঐগী খঙবগী লম্বী ঙসি থিংখ্রে। লম্মৈ-থানবীগুম্না মহাক্কী মতুংদা কোয়ইন-ইন্নরুই। ফংলম্মী, মাঙহল্লম্মী,অমুকসু কোয়ইন-ইন্নরম্মী। মহাক মশানা মশাগী লম্বী ফংলম্বসু য়ারে। লম্বী অদুদা মতোমতনি চৎকদবা, মফম অদুদা ঐগী করিগুম্বা লৈফম লৈতে। নুমিৎ অদুগী অহিঙ নোংঙাইদা দিল্লী ষ্টেশনদা লম্বী অনিদো খাইদোক্লখিবগুম তৌখি। অহিঙ অদুমক্তদা মহাকপু মাঙহনখিবগুম তৌখি। নত্তে মদুসু চুমদমাক্লে। অমুক্তা অনিরক উন্নখি। তৌইগুম্বসুং মদুগী মথংদা মাঙখিবদুদগী ঐনা মহাকপু অমুক হন্না থিবা ফংখিদে। অঙাওবদৌনা কোয়চৎ চৎলুই দিল্লী, কলকাতা, লক্ষ্ণৌ, এলাহাবাদ, বোম্বে, মাদ্রাজ। ঙসি ফনা কুইনগী মতুংদা খংশিৎ শিৎলকপা নুংশিৎকুম ফংলিবসিনি থা অনি মমাংদা "ট্রেনদগী " ইবা চিঠি। নোংদম নাইদবা, মথোং খঙদবা লম্বীদনি মহাক্কী খোঙচৎ। মিৎলু পিরাংনা চোৎলবা মহাক্কী চিঠি অসি পান-পানা রা পুম্নমক ঐ নীংশিংলক্লি। কদায়দনো মহাকপু। অসুক কুইরবা মতুংদা কদায়দনো মাবু ঐনা থিবা ফংগদৌরিবা। মহাকপু মহাক-অদুমক ওইনা লৈরিগদ্রা? কয়াদা কুইরবনো!

"ফরে হায়য়ু য়েংসি, কয়া কুইরবা ঐখোয়না উন্নদবসি। ঐ খঙই নঙনা ঐবু থিরম্মী। য়ামনা কন্না থিরম্মী। থিবা খুদিংমক্কী ঐ লাপথোক্লম্মী। রাহু অমগুম্না ইশাবু

খল্লম্মী। নঙগী পুন্সিগী নুংঙাইবা অয়িংবা পূন্নমক য়োৎশিল্লমগনি। তোইগুম্বসুং তশেংনা হায়রিবসিনি, হৌজিকসু খল্লি নঙবু মাঙজহনবদগী ঐগী লোইনা মাঙখ্রমাল্লে। ঙসি ঐনা বা অসি হায়বা চুমদে, তোইগুম্বসুং ইশাবু নমথাক তৌরগা করি কান্নবগে হায়য়ু। তোক্লসি ৱা অসি। ফরে, দিল্লী ষ্টেশনদা অহিঙ অদুগী মতুংদা নঙগা অনিরক হুন্না উন্নখিবদো নঙ নীংশিংলিবরা? ঐদি অমত্তা নীংশিংদ্রে। আই ৱাজ ডেড ড্রংক। নঙদি শোয়দনা নীংশিংলমগনি, নঙদি লোইনা নীংশিংদুনা থম্বদাই। অদুগা লোইনা নীংশিংদুনা থম্বা মরম্না অদুক য়াম্না অৱাবা নঙনা ফংঙিবনি। অসি নত্তবা নঙগী ফৎত্রবা হৈনবী অমসু লৈরি। নঙ ডায়রিসু ইবদাইদো। তশেংনমক, য়াম্না খঙনিংখ্রে, নঙগা অরোইবা অনিরক উন্নবদুগী মতুংদা নঙনা ডায়রিদা করি ইখিবা । ডায়রি অদো নোংমদি মৈ থাদোকখো। করি কান্নবগে। ডায়রিদা ইরিবা পূন্নমক ঐগী ৱা ঙাক্তনি, নৎত্রা?"

ডায়রি ঐ মৈ থাদোক্লি। ডায়রি মৈ থাদোক্লবদি ঐগী পুন্সিগী লোইনমক মৈ থাদোকপা তাই। থম্মোয়গী ৱা পূন্নমক করিমতা থুপ্তনা ডায়রিদতনি হায়বা য়ারিবা। ডায়রিদা ইবা য়াবা অতৈ করিমতা লৈত্রে অদুনা ঐ ডায়রি ইবা তোক্লে। মখল মথেল লৈত্রবা পুন্সিগী নোংম-নোংমগী থৌদোক ইরুদুনা করিবু নুংঙাইগদৌরিবা। তোইগুম্বসুং মল্লবা উফুন-ৱাইফুন তোৎলবা ডায়রি অদুদি হৌজিকসু তাদুনা লৈরি। মরক মরক্তা আলমারীদা পৈশীন্দুনা লৈরিবা লাইরিক মরক্তগী লৌথোক্তুনা পাই। চেনা অমমম হাইদোকই অদুগা খল্লি, ঐগী পুন্সিগী তাংকক অম-মম হাইদোক্তুনা চখরি। ঙসিসু চিঠি অদু পান-পানা ডায়রি অদুগী ৱা নীংশিংলক্লি। লৌথদুনা য়াম্না নুংশিনা মশাদা তোৎলিবা উফুল অদো কপ্তোকপিরে। লৈরিবসিনি অসিদা ঃ

থাংজ। নুমিদাং পূং ১১। ঙসিগী অতিয়া অসি অয়ুক্তগী পোখাবা লৈতনা কপ্লম্মী। নুমিদাংৱাইরমদগীনি কপ্পগী ইচাউ। ওফিসকী কাদা ফমদুনা টাইপ তৌরম্মী, অদুগা মরক মরক্তা থোঙনাওগী মিংশেনদা মপানদা তৌরিবা প্রকৃতিগী তাণ্ডব জগোই অদো য়েংলম্মী। চোংলম চাখিদ্রবা অঙাংগুম্না চোং-ফল্লি। নুংশিৎকী শাহুম অমসুং নোংগী শাফু অদুদা মিংশেন অদুসু মরক মরক্তা থক্ থক্ নীকখৎলকই। নাইট এডিটরগী কাদগী থোরক্তুনা কোরিডোরদা লাক্লম্মী। মপানদা করিনো লাংব-খোৎপা অমা তৌরম্মী। ফাদোক-ফাজিন অমদি চেন-চোংবগী পুদ্রুপ পুদ্রুপ মখোল। চঙশিনখিবদা ফাওগৎলকপা দৃশ্য অদো উবদা অকিবা, ইকায়বা, তুক্কচবনা খংলেপ লেপ্লম্মী। ফনা কুইনা নুংগুম্না লেঙদনা খম্বদুনা লৈরম্মী, খুদোংথীবা অসিদগী করম হায়না ইশাবু খনসিগে। হয়েং ওফিস শীন-থুংনা অমদি ওফিসতগী মপান্দা অহিঙ নোংয়াইগী লীলা অসিগী ৱা শন্দোখ্রবদি ঐগী ইমায় অসি উৎপগী থৌনা লৈররোই।

কোরিডোরগী মপানদা লেপ্তুনা তাঞ্জা অদুদা ওফিসকী চাপ্রাসীশিংগা মহাক্লা খৎনরম্মী। মহাক্লা চঙগদবগী তৌরম্মী অদুগা চাপ্রাসীশিংনা মহাকপু থিংলম্মী।

"হমকো জানে দোও, হমকো সাবসে মিলনা হৈ।"

'নহী, তুমকো সাহাবসে নহী মিলনা। তুম শরাব পিয়া হৈ। যহাঁসে আয়া ৱাপস চলা যাও!"

অতৈ কয়া কুইনা চিনদা-পাউদানবা চম্ভুরগদবা হায়বা ঙমদে, খঙহৌদনা তেনগুম্না য়াঙনা চাপ্রাসীশিংগী ব্যূহ নমখায়দুনা চেনশিল্লকখি। কোরিড়োরগী মমায়দা ঐগা থেংগাইনদ্রবদি ফক্লাদা চুমদিং য়েশিল্লমগনি। খনা ঙমদবা দৃশ্যনি। সাড়ি লৈবাক্তা চিংলম্মী, মশাপূম্বা নোংনা চোত্তুনা চনপ-চনপ নপশিল্লম্মী। অচোৎপা মশক অদো শল্লাংনা তারম্মী মমায়দা খরা, নাকল অমদা খরা, অমরোমদা খরা। হেক থেংগাইনবদা ঙাকথোকহৌরে। নেশাগী ময়াইদা ঐবু অহানবদা খঙবা ঙম্লমদমাল্লে। ফনা কুইনা ঐঙোল্লোমদা য়েংলম্মী। শক লাকপ ঙম্বগা মমিৎ অনিদো তরাউ তরাউ পাঙথোরক্তুনা মচীন অদো ঐগী ইনাক্তা য়াম্না নক্না পুশিল্লক্তুনা মখোন ফাইনা হায়রকই, "ঐবু মখোয়না নঙগী ননাক্তা সুকচঙ চঙহল্লোইদগী তৌরিবা। ঐনা কয়া হায়জ-নোঞ্জরে অদুবু সুকতা তাবিদে। মখোয়না খঙদে নঙ অসি ঐগী কনানো হায়বা। অদুবু করিগীনো, ঐনা করি তৌরবগে! নঙগী ননাক্তা লাকপা ফাওবা ঐবু করিগীদমক থিংগদৌরিবনো?"

"সাহাব, ইয়ে আউরৎ পতা নহী কাঁহসে আয়াঁ। বহুৎ শরাব পিয়া— " শেরসিং চাপ্রাসী চঙশিল্লকই।

'ঠিক হৈ, তুম লোগ যাও। হম দেখ লেংগা।"

"নহী সাহাব, ইস্কো পুলিস মে দে দেও।"

"ঠিক হৈ, যাও"— হাইফেৎ খোন কল্লপা তানখায়রম্মী চাপ্রসীশিংগী চঙ্লুন অদো।

শরক অদুদা অদুক থেঙবসু নাইট-শিফটতা থবক তৌরিবশিংগী মরক্তা ফজনা ৱা-ৱা লাউনখ্রে। "চৎসি ঐগী কাদা" হায়দুনা মখুৎ পায়দুনা চিংশিল্লগা ঐগী কাদা পুশিল্লম্মী। নীংথিনা খঙলম্মী, কা অদুগী থোঙজিন ৱাংমদা মীতৌ য়েংবা মীয়াম্না পৈখ্রে হায়বা। শুৎ-শুৎ, ফাজিনবা মীনোক, করেম-কথাই নাকোংদা হুমজিল্লকই।

"অহিঙ নোংয়াই অসিদা নঙ করি পাম্বগে? খজিক্তং ফাওবা খঙবা ঙমদ্রবা নঙনা ঙসি ঐগী করিনো মাঙহল্লিবসি। হয়েংদগী ওফিসতা ঐগী মান-সম্মান পূম্নমক উফুন ওনখ্রগনি।" শাউনিংবগা নুংঙাইতবগা মহাক্কী মরেংবান অনি নোমদুনা খঙনীংলম্মী।

"ঐ— ঐ করিমতা খঙদে। আই ৱান্ট সম মানি। ঐ শেন খরা পামই। ড্রিংক তৌনবা ঐঙোন্দা হৌজিক পৈশা লৈত্রে। ঐঙোন্দা লুপা খরা পীয়ু। হয়েং নোং ঙানবগা নঙোন্দা অমুক পীশনগে।" য়াম্না কোম্না লায়না ৱাশিং অদো হায়থরকই।

"ঐঙোন্দা শেল লৈতে। অদুগী মথক্তা অহিঙ নোংয়াই অসিদা বার পূম্নমক থোঙ থিংখ্রে। শেল লৌরগা করিনো তৌগদৌরিবা।"

"নঙনা পীদ্রগদি অমুক হন্না চত্তুনা শেল লৌরুবা তারি। য়েংঙু, মপান্দা তৌরিবা নোং-নুংশিংকী মতৌ অসি। অদুক লাপ্না করম তৌদুনা চৎসিগে হায়য়ু। ঐ ঙমশিল্লক্রে। আই ৱান্ট এ ড্রিংক অ্যাণ্ড জষ্ট নাউ।"

"য়াম্না ফরে, চৎসি ঐগী য়ুমদা। ঐ নঙোন্দা ড্রিংক পীগে।"

"নয়ুমদা! অমুকসু নঙগী নয়ুমদা চৎপদগী ঐগী ডিস্পল মাঙহনখ্রে। হন্দকমুক্লা ইশাবু মাঙহল্লসিরা?"

"করি হায়বা?" শাউবনা ঐগী হকচাক নীকলম্মী।

"শাউরবোইরে। ফরে চৎলসি।"

থোঙ হাংদোক্তুনা ওফিসকী মীতৌ য়েংবা মীয়ামগী শঙ্গু ইথোক্তুনা ওফিসতগী থোরক্লে। ওফিসকী ৱাং চাউরবমা থৱায য়াওদবা দলান অদুনা ৱাং-চাউরবা হিং চাবগুম ঐবু চাগদবগী চঙশিল্লরুম্মী। চেনগুম-লাক্কুম তৌদুনা গ্যারেজদগী গাড়ী লৌথোক্তুনা লম্বীদা থোরক্লে। ৱা অমত্তসু ঙাঙলমদে। তুমিন্না ৱাখল চপ য়ুংনা গাড়ী থৌরম্মী।

"গাড়ী অমুক্তা খামখোবা", লম্বীময়ায়দা হায়রকই।

"করিগীনো?"

"মিনিট অমতং খামখো।" গাড়ী অদো পুংলেপ লেপহন্দ্রি। থোঙ অদো খংহাং হাংদোক্লগা চোংথদুনা থোকখ্রে। করিমতা তৌদ্রিঙেদা নৎত্রগা খন্দ্রিঙেদা হৌদুনা চেনখ্রে। নোং-নুংশিং মরক্তা, মী হাঙলবা, চিক্লবা লম্বী অদুদা মিরুম অমগুম মহাক্লা চেনখিবদো য়েংলম্মী অদুগা মরক মরক্তা তারম্মী মহাক্লা চেনবগী মখোন— দং দং দং।

গাড়ী মমায় লৈথোক্তুনা কুমথরগা মাবু ফাগে লাক্লখি, তৌইগুম্বসুং মদুগী মমাঙদনা লৈরক্তা অমম্বগী তম্পাক্তা মহাক তিনখিরম্মী। "ঙাইখো, ঙাইখো, মরম্মোকপীসিদি, প্লিজ। করিনো ঙাওশিন্নরিবদুবু"— ঐগী ৱাশিংদো নোং-নুংশিং মরক্তা ঐ ইতোমতা ফাওবা তারমদমাপ্লে।

মথংগী নুমিত্তা ওফিস য়ৌবগা টৌমিলসন সাহেবগী কাদা কৌরকই। ঐ খঙলম্মী, অদুগুম্বা অমদি থোক্কনি হায়বা। থোক্রবদি ঙক্লমগনি। ৱা য়াম্না ঙাঙবা মীতা নত্তে টৌমিলসন সাহেব। "আই নো দেয়ার ইজ সমথিং টু ইট। বট্ সিওরলি উই কান্ট অ্যাফোর্ড টু হ্যাভ ড্রাংকেন উইমেন রনিং অ্যামাক ইন দ ওফিস অ্যাট মিড-নাইট।"

ঐনা মিনিট তরামঙা চঙনা শেংদোক্লবা হোৎনরবগী মতুংদা টৌমিলসন সাহেবনা ৱাহৈ খরা অসিতমক হায়রকখি, "আই হোপ দিস উইল নোট হ্যাপেন এগেন।"

"নো সার। আই প্রোমিজ ইউ।"

ব্রা অমত্তা ঙাঙদনা সহেবকী কাদগী থোরক্কুনা লাক্লম্মী। পৃথিবী পুম্বা অসি ঐগী য়েক্লবা ওইখ্রমাল্লে খল্লকখি। খোঙথাং য়াঙনা কোরিডোর য়ৌরকখি অদুগা লোয়ননা তুংলোমদগী তারম্মী থবক তৌমিন্নবশিংগী মচীন-পেন্না করেন্নবদো।

"এ লকি ডোগ। ও হোবাট এ বিউটি। মাইগোশ্। "

"ওহ! অহিঙ নোংয়াইদা ঐখোয়গী ইনাক্তদি অসিগুম্বা হেলোই অমত্তা লাক্কেনে।"

"করিগী মচিংনো চিংখিবদো নূরাদুনা।"

ইখুৎ অনিনা নাকোং মেনশিল্লগা চেনবোই-লাকপোই ওফিসতগী থোরকখি।

মথংগী নুমিৎমক্তদা হুকুম ফংলে, ঐগী ইফম হোংলে, থাপ্লবা মধ্য প্রদেশকী কোনুং ভূপালদা।

ডায়রিগী চেনা মথং মথং হাইদোক্লম্মী।

"লৈবাকপোকপা। নুমিদাংৱাইরম পুং ৭। মতম কুইনগী মতুংদা অমুক্তা মহাক্কা উঙ্গ্রে। করিগুম্বা লীলা মানবা নৎত্রগা ইথা-থাজদবা অমত্তা য়াওরমদে উন্নবা অসিদা। চৎলিবা ট্রেনদা কাখৎকে তৌবদা নেশাগী ময়াইনা প্লেটফোর্মদা হাইথখিবা জাৎনি। বেগতা ঐগী ঠিকানা উদুনা পুলিশনা ঐবু ফোন তৌরকই। হোসপিতাল য়ৌবা মতমদদি স্তান তারমদ্রে। ডাক্তর শিকদারনা হায়রকই, থোইনা থীনদি শোক্তে। শোক্ খজিক্তংনি। ব্রা অমত্তা ঙাঙনরমদে। মথংগী নুমিত্তা নোং ঙাল্লগা ডাক্তরশিংনা পেসেন্ট থিবা ফংখিদে।

হোসপিতালদা স্তান তাদনা হিপ্পা। মিত্ত-মায়দা চোকথবগী মমি। মরাইবক্তা বেণ্ডেজ মচা অমা। অসিনি ঐনা অরোইবা ওইনা উখিবা। অতৈ অমুক উন্নখিদে। মদুগী মথং ফনা কুইরবা মতুংদদি চিঠি অসি।

"খঙবরা, নুমিৎ অদো, নঙগী ননাক্তা লাক্লম্বনি। সাঁচীস্তুপ, মাণ্ডু পংকোয়তা কোয়রুদুনা চোকথরম্মী। ইতোমতা য়াম্না চিক্লম্মী। খল্লকই, অসুক নকশিন্না লাক্লবা ফাওবদা নঙগী ননাক য়ৌরম্লরোইদ্রা? ভূপালদা গাড়ীদগী কুমথরম্মী। তৌইগুম্বসুং করিনো খঙদে, কিথিক-কিরুম তৌবগুম তৌরম্মী। থৌনা পুন্নমক মাঙলম্মী। লেপ্লে, উন্নররোই নঙগা অমুক উন্নররোই। চৎলিবা ট্রেনদা কাখৎলম্মী। নেশাগী ময়াইদা ফুটবোর্ড অদো উরমদে। ইকোক অসি কোয়লৈ লৈরকখি। মদুদগী করিমতা খঙখিদ্রে।"

## ।। ৬ ।।

"নিকল্ কর দৈরো কাবা সে গর্ মিলতা না ময়খানা
ইয়ে ঠুকরায়ে হুয়ে ইনসাঁ খুদা জানে কাহাঁ যাতে।" *

"হোয়, অসিমতংদি নীংশিংলি, কল্পবা খুৎ অনিনা ঐবু লৈপাক্তগী কোনখৎলম্মী। অদুদগী চেল্লিবা গাড়ী অমগী মখোনসু তারম্মী। অ্যাম্বুলেন্স ওইরমাম্লে। ঐ খঙলম্মী, নঙোন্দা পাউ য়ৌখিগনি। নহাক্কী ঠিকানা অমসুং টেলিফোন নম্বর ঐগী বেগতা য়াওরম্মী। তৌইগুম্বসুং অদুগী মথংদা করি থোকখিবা হায়য়ুবা? ফনা কুইনা নীংশিংনবা লাক্লবনি। নীংশিংলক্লে, নহাক হোসপিতালদা লাক্লম্বগুম তৌখিবরা। ঐদি জ্ঞান তারমদে। পূক্লিং অসিদা খল্লম্মী, নহাক্লা ৱারমগদৌবা মতৌদো। ঐগী ইনাক্তা য়াম্না নকশিন্না নাকোং মনাক্তা নচিন পুশিল্লক্তুনা হায়রম্বগুম তৌখি, 'ঐ লাক্লে অমুক্তা য়েংঙু। করিমতা কিনিংঙাই লৈতে। ঐ লৈরিদনা।' অদুগা ঐগী ইমায়দা হাইথরকপা শম্নাংশিং অদো নঙনা হাইদোকপিরম্বরা? ঐগী ৱাখলসে কয়াতা ঙকখ্রবনো, নৎত্রা? অরোইবগী অনিরক নঙগা উন্নবসি করি মতৌনো। ঐ করিমতা নীংশিংদ্রে। কল্পনাগী মচু শঙদুনা খল্লুবদা নুংঙাইবা অদুতা নীংশিংলি। নঙসু নীংশিংলমদবা য়ারে। তৌইগুম্বসুং নঙগী ডায়রিনা নঙবুদি লোইনা নীংশিংহল্লিনি।

"নোংঙাল্লমদাইদা জ্ঞান তারকই। হোসপিতালদা হিপ্তুনা লৈরম্বদো উরে। করি থোইদোকপা তৌরমদে, লাইবক্তা ব্যাণ্ডেজ মচা অমত্তং পুল্লিবদো উরে। মশা নোয়বী নর্স অদো ৱাহৈখে তুল্লি। ঐগী বেডকী হেক মনাক্তা উরে ঐগী সুটকেস অদো লৈবা। টেবলদা লৈরিবা প্লেটতা উরে মুখৎলবা সিগারেটকী মতেক ময়াম অমা। খঙলে, নঙ লাক্লম্মী। য়াম্না ফৎখিদ্রবা হৈনবীনি নঙগী। মফম অমদসু অমদসু হেক্তা সিগারেট মুখৎলি। অঙকপনি নখোয়গী সহরগী হোসপিতাল অদো। তুমিন্না থোক্তুনা লাক্লে। গেটকী চৌকিদার অদুসু হাইরং হাইরং তৌরম্মী। ঐদৌনা নেশা তৌরম্বরা করিনো। গেটতা থোরক্তুনা লাক্লে, কনামতা করিমতা হায়রক্তে। খল্লুবগা নুংঙাইরম্মী টাঙ্গাদা তোংদুনা ষ্টেশনদা চৎপদো। চিক্লবা, উনমুক ঈংলবা শহরনি। লম্বীদা টাঙ্গাগী তুং-তাং তুং-তাং তদি তারম্মী। তাঞ্জা অদু ফাওবা মল্লি। গাড়ী ফংলে, অদুদগী ঐবু পুদুনা গাড়ী অদো মপান নাইদবা অমম্বা অদুদা তিনখি। নঙগা ঐগা অরোইবা উন্নবনি মদুনা। লান্না হায়খ্রে। নঙনা ঐবুদি উখি, ঐনদি নঙবু উহৌদে। অহানবগীদুদনা ঐ নেশাদা পঙথরম্মী, লম্বী ময়ায়দা নঙবু লংশেক্তুনা চেল্লকখি, অদুগা মথংগী অদুদনা নেশা অমসুং চৈনাখোনদা জ্ঞান তারমদে।

---

* শেংগ্রবা 'কাবা' (মক্কা) দগী থোরকপগা য়ু-য়োনফম থেনেরমদ্রদি অসিগুম্বা নৈথৎপিরবা তোল্ল-তারবা মীশিং অসি, খুদানা খঙগ্রে, কদায়দা চৎলমগদবা।

"তৌইগুম্বসুং নঙোন্দা চীন-থীবসি ইমোনসিনা য়ান্নীংদে। খঙবরা, অমুক্কা হন্না উন্নখি ঐখোয়। নত্তে, নঙনদি ঐবু উখিদে। ঐনা নঙবু উহৌবনি। ঐ খঙই, নঙোন্দা ব্না অসি হায়দুনা ঐনা ঙসি নঙবু য়াম্না ব্রাহনগনি। মিৎকুপ অমতংগীদমক নঙনা ঐবু উহৌদবনি হায়বসি নঙনা হেক খঙবদা, ঐ খঙই, নীংঙমহৌদবা মৈচাক্লা নঙবু চাকথেক্কনি। অদুবু ঙসিদি ঐ হায়দোক্তবা য়াদ্রে। মরমদি মিৎকুপ খরতং উহৌবা অদু হৌজিকসু থম্মোয় অসিদা অয়েকপা লাইগুম শংশং শংশং লৈরি।

"নঙ শোয়দনা কলকতা চৎলম্বনি, নৎত্রা? কয়াতা ঙকখ্রবনো য়েংঙু, নঙনা কলকাতা চৎলম্মী অদুগা ঐন কলকাতাদগী হল্লক্লম্মী। মতম অদো সন্ধ্যা ওইনিং-ওইমাংনি। কয়াতা ঙক্লা তাঞ্জা চানরুরিবনো, নঙগী ট্রেন অদুগা ঐগীদুগা মতম অমত্তদা থংনরিবা প্লেটফোর্ম অনিদা মোগলসরাই ষ্টেশনদা লেপ্লম্মী। করি খল্লম্বনো খঙদে, থংনরিবা ট্রেন অদুগী মায়োক্লবা কা অদুদা খংয়েং য়েংথোকখিবদা থবাক্কী মিহুন অসি চোংলকখি। ফরে, হায়য়ু য়েংসি, নঙবু করি নুমিত্তগী পাইপ পায়রবগে? উরম্মী, নপূক্লিং চঙনা পাইপ চিংলি, অদুগা করিনো লাইরিক অমসু পারি। অদুগা উরম্মী, আনোকসু উপ্লে। লাইরিক পানবগীতরা? নঙোল্লোমদা ঙাকথোক্লম্মী। থোঙনাউ মপানদা চঙশিন্দুনা মপান্দা খুৎ তিংথোক্লুনা নঙবু কৌগে হায়না হেক তৌবদা নঙ লাইরিক উমশিন্দুনা আনোক অদো লৌথোকখ্রে, পাইপ অদো থোঙনাউদা তাক্ তাক্ থারদুনা ঐগী কা-রোমদা নমায় খংওন ওনশিল্লকই। তাঞ্জা অদুদা ঐগী মিৎ পিরাংনা থুম্লাৎখ্রে। খুৎ অনি থোঙনাউগী মপান্দা তিংথোক্লম্মী। মিৎকুপ খরতংনি। কন্না লাউনা কৌসিরা খল্লম্মী। উরে, নঙগী নমায় অদো তপ্না তপ্না ঐগী থোঙনাউরোমদা কোয়লে লৈরি। ঐ লৈবা ঙল্লমদে। মিৎকুপ অদো কয়া শাথীনা খাঙ্ঙমদ্রবা মৈচাক্লো হায়বা নঙোন্দা ফোঙদোকপা ঙল্লোই। মিৎকুপ হেক মতুংদা মখোন শাথীনা হৌনা ট্রেন অনিমক চৎপা হৌখ্রে। মিৎকুপ অমত্তংতগী ওইনা উহৌই, নঙনা কম্বল অদো নশাদা চিংখৎখিবা। অদুদগী অহিঙ চুপ্পা তুম্বা ঙমখিদে। গুরুদেবগী শৈরেং খরা অদো হন্না হন্না নীংশিলকখি।

থরায়সি অহিঙগী রেলগাড়ীনি
খোঙ শাল্লে—
কা মনুংদা গাড়ী থন্না তুম্নরি
চিক্লবা অহিঙ।
মপান নাইদ্রবা অমম্বদা
হামুক-তৈরবা কৈসু-নত্তনা খনবা মহাক্তো।
নিদ্রাগী ব্রাংমদা লৈরি
শক-মাঙখ্রবা লৈবাক্তা।
কূফেৎ-ঙানবা ঈঙ্গিত্তা হৌগত্তুনা য়াল্লি,

লোম্ব্রোক্তুনা চৎলি
শকখণ্ডদবগী ৱাংমদা শকখণ্ডদবদা
উদ্রিবা ঠিকানাদা।
য়াম্না থাপ্লবা তীর্থগী যাত্রীনি,
লোনথোক্তবা অহিঙ—
অরাপ্পগী কদায়দনো অরোইবা
খন্দুনা ফংদে পম্বুংফম।।

"করিগীনো খঙদে, ঙসি চিঠি ইনা-ইনা মী অমগী ৱা য়াম্না তোয়না নীংশিং-লক্লি। আফতাব। য়াম্না নুংঙাইখ্রবা অঙাংনি। কদায়দা লৈরিবা কনানা খঙবা? নহাক্না উন্নখিব্রা অতৈ অমুক। খঙবরা ঐগদি উন্নখি। অদুসু অঙকপা মউন্না অমনি। ঐ খঙই, আফতাবসু ঐগী ব্যবহারদুদা শোয়দনা য়াম্না নুংঙাইরম্মোই। নুমিৎ অদো ঐনা অদুম হায়না চেনখিগনি হায়বসি মহাক খনবা ঙম্লম্মোই। ঙসি ট্রেনদা চৎন-চৎনা করিগীনো খঙদে ট্রেনগী ৱা অদুতা নীংশিংলকই। নঙগা উন্নখিবা অদুসু ট্রেনদনি থৌদোক অদো য়াম্না নুংঙাইখ্রবা জাৎনি।

"ঙসি চপ-চানদি নীংশিংদ্রে। করম্বা ষ্টেশনদনো থৌদোক অদো থোকখিবা। খরা থেংলপ তৌনা ষ্টেশনদা থুংলুবগুম তৌখি। ট্রেনদা হেক য়ৌবগা মাঙদা অফংবা কা অমদা খংচোং চোংখৎলম্মী। কা অদো ইহাঙ হাঙবগুম তৌরম্মী। তাঞ্জা অদুদা ট্রেন অদো তপ্না তপ্না চৎপা হৌরে। থোঙ অদো থিংজিল্লগা মাঙলোমদা লৈরিবা উপু অদু হেক উরুবদা ঐগী ঈ ঈশিং ওনখ্রে। শউনগী সুটসেকঙী মমায়মক্তদা ইরং ইরং লংলি অঙৌবা ৱাহৈ অহুম 'মেজর আফতাব অহ্‌মেদ'। করিগুম্বা মতমদা ঐবু খনখিবরা আফতাব অঙাওবগা অসুম তৌদুনা উন্নগনি হায়বসি? উন্নরগা মাঙোন্দা করি হায়গনি ঐনা। মরাইবক-থীবা মহাক্তি খঙদেদো মহাক্কী ভাবীজী কয়া য়াম্না লৈখা তারবগে হায়বসি। মিনিট অমগী মনুংদা ঐগী তৌগদবা লেপ্লে। কা অদুগী থোঙ অদো হাংদোক্লে। তাঞ্জা অদু ফাওবা ট্রেন অদো স্পীদ য়াওদ্রি, প্ল্যাটফোর্ম ফাওবা লাম্থোক্ত্রি। খুৎপায়ফম অদুদা খুৎ হেক থম্বগা— খঙলে ঐগী খুৎ অমা মিৎকুপ্তা কনানো অমনা কন্না পায়শিনখ্রে, লোয়ননা শেংনা তারম্মী লুম্লবা খোঞ্জেল অমা—

"ভাবীজী।"

আফতাবকী খোঞ্জেল অদো খঙবদা ঐঙোন্দা থোইনা লুনা থোক্লমদে।

"কনানো?" খঙশিন্নদবা শাদুনা কন্না লাউরম্মী।

"ইয়ে ক্যা ভাবীজী!" শরক অদুদা আফতাবনা ঐবু মনুংদা চিংশিন্দুনা পুশিল্লক্লে।

"মুঝে ছোড়দো", ঐ শিখাং খাঙলম্মী।

"ইয়ে ক্যা পাগলপন হৈ ভাবীজী?" খুৎপায় অমদা ঐগী লেংবান অদো লৈথেক্কুনা আফতাবনা ঐবু মহাক্কা মায়োক্কনা লেপহল্লম্মী। বাথগাউন অমা শেৎলি, মায়থোংদা নুংশিরবা মীনোক অদুনি, তৌইগুম্বসুং কদায়দনো অৱাবগী মমি অমদি তারি। ফনা কুইনা ঐঙোল্লোমদা য়েংদুনা লৈরম্মী অফতাব। মহাক্কী মমিৎ অদো পিনা থুম্লাৎলম্মী, তোইগুম্বসুং খঙলিদুনি মহাকপু, করিমতা তৌদবা শানা নোকশিন্নদুনা কা মনুংদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলম্মী, অদুগা হায়রম্মী— 'কিতনে দিন বাদ ভাবীজী তুমসে মুলাকাত হুই। এক ৱর্ষ হোগা। ওঃ কিতনে দিন বাদ।'

"খঙবরা অঙকপা থৌদোক্নি। ৱা অমত্তা ফাওবা আফতাবনা ঐঙোন্দা হংলমদে। করিগুম্বা অমত্তা ফাওবা। মিনিট খরগী মনুংদা থৌদোক অদুবু কয়া লায়না লৌশিনখিবগে হায়বদা ঐ পূংঙক-ঙক্লম্মী। আফতাবপুদি খঙলিবদুনি, অঙাং অদো কয়া য়াম্না নোক্কনবা অমসুং নোকহনবা ঙম্বা। ফনা কুইনা ফমদুনা মহাক্কা ৱারী শারম্মী। হুইস্কীসু মথং মথং চত্থরম্মী। ঐ খঙবা ঙম্লম্মী, ঐগী হুইস্কী থকপগী কুম্মে উবদা মহাক হাইফেৎ ঙকপগুম তৌরি। নোকপগা ৱারী শাবগদা মতম ফনা য়াম্না লেল্লম্মী। মতমলোমদা নীংবু-নীংশিংলমদে। অদুদগী আফতাবপু অমুক কবিতানা ফংলম্মী। হৌজিকসু নীংশিংলি, অহিঙ অদুদা য়াম্না ফজখ্রবা শৈরেং অমা তাহল্লম্মী—

'রাত হস্-হস্‌কে ইয়ে কহতী হৈ কি ময়খানেমে চল,
ফির কিসী শাহনাজে-লালা-রুখকে কাশানে মে চল ;
ইয়ে নহী মুমকীন তো ফির এ দোস্ত বীরানেমে চল।'

কয়াতা ফজখ্রবা পরেংশিংনো, নৎত্রা? নুমিদাংনা নোক্না নাক্না হায়রি, চৎলসি য়ু-রাংফমদা চৎলসি। অদুগী মথংদা কনাগুম্বী নীংথিবী মায়থোং তঙাং-তঙাংবী শাহাজাদী অমগী মরানয়াইদা চৎলুসি। মদুনা করিগুম্বা ওইথোক্রবদি মরূপ চৎলুসি অচিকপা মফম অমদা।

"তাঞ্জা অদো অহিঙ পূং অনীরোম তাররিদ্রা। আফতাব হকাম তোয়না তোয়না চল্লম্মী অদুগা তত্তনা হায়রম্মী, 'ভাবীজী রাত হো গয়ী, আপ সো যাইয়ে।' ঐগী য়ু থকপী মতৌ উবদা মহাক কিরম্বা জাৎনি। ফনা হায়, নঙ তুম্লো ঐ কোন্না তূমগে, অদুবু মহাক্না তকশিনবনা হেঙ্গৎলকখি। য়াম্না নীংথিনা খঙলম্মী মহাক খাঙবা ঙম্লক্রে হায়বা। হাইরং হাইরং হৌগৎলগা লাইট অদো মুখৎতুনা চপ তিংনা বাক্কতা ৱাম্থ্রে। হৌগত্তুনা মহাক্কী মশাদা কম্বল অদো শূপচনবিবা মতমদদি মহাক তূম্বগী ময়াইদা মুরুম মুরুম তৌরি ঃ

'চল গয়ে রাত চলো সো যাঁয়ে, হো চুকী উনসে মুলাকত চলো সো যাঁয়ে।'

ফনা কুইনা তূমিন্না ফল্লম্মী। মরোল মরোল কয়া খনখিবা ভগবান্না খঙখ্রে। লিক্লি অদো তাঞ্জা অদু ফাওবদা লোইশিনদ্রি। কাগী অহিঙগী লাইট অদো লিক্লি

মথক্তা ফৈজেনা তারম্মী। ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরম্মী, অদুদগী করম্বা মতমদনো খঙহৌদনা তপ্লি তপ্লি লিক্লি অদো লোইশনখিবা ঐ করিমতা খঙহৌদ্রে। অম্বদা খুত্তগী লিক্লি অদা তাখি। আফতাব অমুক্তং শেংফাত্তবা মখোলদা ঙংলম্লগা নীংথিজনা কম্বল অদু মশাদা কোনশিন্দুনা য়াওন্দুনা তুমথখ্রে। ট্রেনগী স্পীড অদু তপথরক্লে হায়বা খঙলম্মী। হাইরং হাইরং তৌদুনা য়াম্না ৱানা হৌগত্তুনা লেপ্লম্মী। ফরে, আফতাবনা নঙোন্দা করিমতা হায়দ্রা? নঙগা উন্নরম্লবদি শোয়দনা হায়রমগনি। য়াম্না ৱারৌখিমাক্লে মহাক, নৎত্রা?"

ইথা-থাজদনা আফতাবকা উন্নখি! গ্রাগু হোটেলদগী কুমথদুনা টেক্সি ঙাইদুনা লেপ্লম্বনি। টেক্সি মথম মথং চৎখি, ফাবা ঙম্লমদে। আশা হাইফেৎ থাদোক্লম্মী। হল্লসিরা খল্লম্মী, খূদক অদুমক্তদা টেক্সি অমা ইনাক্তা লাক্তুনা লেপ্লে, ইনাকমক্তদা। গাড়ীদা তোংলক্লিবা মী অদুবু কুমথবগী তাঞ্জা সুকপী-পীদনা কাখৎকে তৌরুই। থোঙগী খুৎ-পায়ফমদা খুৎ হেক থম্বগা উরে, গাডী মনুংদা আফতাব। চপমান্নবা ঐখোয় অনীমক পূন্না লাউরম্মী 'হাইমা আফতাব', 'হাইমা ভাইজান'। টেক্সি চঙখিদ্রে ঐহাক্কী। কোয়লাউ লাউদুনা আফতাবনা ঐবু কোনশিল্লকই। নাক-য়েত্তা লৈরিবা মী ময়াম অদুনা য়েংলম্মী আফতাবকী মঙাও অদো।

আফতাবপু পুদুনা অমুক হন্না চঙলম্মী ঐগী হোটেলগী কাদা। মথং মথং পূংজা কয়া ঐখোয় অনি ৱারী শামিন্নরম্মী। ঐখোয়গী ৱারী লোইশিল্লকপা মতমদা নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌরম্মে। আফতাব অমুক হনবা ঙমখিদে। মখোঙ থাংননবা পাঙ্গল মহাক্কী লৈরমদে। ফুরিৎ খোঙগ্রাউ পূন্নমক অমত্তা লৌথোক্তনা সৎ তিংথোক্তুনা হীপথরম্মী কার্পেট মথক্তা। সোফাদা ফম্না ফম্না ফম্না কুইনা য়েংলম্মী আফতাবপু, পৈশল্লিবা সোডা লিক্লি মরক্তা হীপ্তুনা লৈরি। অদুগা মরক মরক্তা মুরুম মুরুম শোল্লি, "পর ভাবীজীনে ঐসা কুঁ্য কিয়া? কুঁ্য কিয়া?" করম্বা তাঞ্জাদা ইশামকসু তুমথখিবা খঙহৌদে।

কা মনুংদা চঙলগা ফনা কুইনা তুমিন্না ফমদুনা লৈরম্মী। অদুদগী তপ্না তপ্না হায়রকখি। ঐঙোন্দা ৱা পূন্নমক। তৌইগুম্বসুং আফতাব ঙসিদি অতোপ্পা মী অমা ওনখ্রে। অতোপ্পা নুমিৎ অমগী ৱা নীংশিংলকই, নুমিৎ অদু অয়ুক শ্রীনগরদা ঐগী ইনাক্তা খঙগদগী লাক্লম্মী, মহাক্কী ভাবীজী কদায়দা লৈরি। "ভাবীজী কাহাঁ হৈ" হায়দুনা ঐগী লেংবান নোমদুনা কন্না লাউরম্মী। মুরুম মুরুম ঐনা হায়খি, "আই ডোন্ট নো।" ""দ হেল ইউ ডোন্ট নো" হায়রম্লগা নুংশিৎতৌনা থোক্তুনা চৎখি আফতাব। পূন্নমক্তি নীংশিংদ্রে ঙসি। অদুগী মতুংদা মসিনা অহানবা উন্নবা ওইরমাক্লে আফতাবকা ঐগা। ফনা কুইনা ঐখোয় অনীমক ৱা ঙাঙ্নরমদে। নোক-খেবা ফাঙম-লাক্‌ঙমদবা খংশিৎ-খংশিৎ শিৎলকপা নুংশিৎকুম্বনি আফতাব, অদুবু ঙসিদি তুমিন্না অৱাবনা কোয়শিল্লবা অমগুম লৈরি, তোঙান তোঙানবা পৃথিবী অনিগী মীদৌনা।

মিনিট অনি মমাঙদা লম্বী মথক্তা লেপ্তুনা মী লিশিংগী মমাংদা ঐবু কোনশিন্দুনা 'ভাইজান', 'ভাইজান', হায়দুনা কোয়লাউ লাউদুনা কোয়লাং-লাংঙম্বা মী অদুগা ঐগী হোটেলগী কাগী কাচিনদা সোফা অমদা তৃমিন্না হুইস্কীগী গ্লাস মখুত্তা পায়দুনা ফল্লিবা মী অসিগা অনি অসি তোঙান তোঙানবা মী অনি ওইখ্রে। নুমিদাং অদুদা ঐগী হোটেলগী কাদা ফল্লম্বা আফতাবনা হৌখ্রবা মতমগী কোয়লাং-লাঙবা কাউবদি ঙল্লমদমাল্লে। অদুনা ওইরমাল্লে লম্বী ময়ায়দা ঐবু কোনশিন্দুনা মী পুনশিনহল্লমখি। থায়নগী আফতাবপু নুমিদাং অদুগী আফতাবনা থিরম্মী। থিবা ফংলমদবা মরম্না থায়নগী আফতাবগী মায়খুম উপ্তুনা মশাবু কাউহন্নবা লাক্লরম্মী, অদুগা ঐবুসু তাক্লবা লাক্লরম্মী আফতাব অসিগা আফতাব অদুগা আমত্তনি। ঐসু লান্না খল্লুই। তৌইগুম্বসুং মিনিট খরতংতগীনি। লম্বীদা মহাক্কী মতৌ উবদা খল্লম্মী, অসুক কুইরবা ফাওবদা আফতাব অসি করিমতা হোংলমদ্রি। অঙাংমচাদৌনা অদুম লৈরি। অরানবদো খঙবদা থোইনা কুইহৌদে। কাদা চঙবগা খঙবা ঙমখি মসিদি অতোপ্পা আফতাবনিনা। মরাল লৈরবা মীগুম তৃমিন্না কাচিন্দা চঙলদুনা ফল্লগা সিগারেট অমা চমখৎলম্মী। নোংমা ঐবু মরাল লৈরবা মীগী ফম্বাক্তা লেপহন্দুনা আফতাবনা চৎখি। ঙসিদি মশামক মরাল লৈরবা মীগুম্না ফল্লি। নুমিৎ অদো ইশাগী ইরাল কৃপ্নবা ঐ লাক্লখি, তোইগুম্বসুং আফতাবদি মদুসু তৌরমদে। শাউনিংবা, নুংঙাইতবা, নীংঙমহৌদবনা অমদি চোকথদুনা হন্না হন্না হায়রম্মী, "সব মেরা হী কসুর।" পুন্নমক মহাক্কী মরালনি। মরাল লৈরবা মী অনি মায়গা-মায়গা ওনশিন্নদুনা ফল্লম্মী। আফতাবতি খঙলমদে, ঐগী ইরালনা মহাক্কীদগী কয়া য়াম্না হেল্লিবা, কয়া য়াম্না শাথীরিবা। ঐগী মী পুন্নমক্কী মফমদা ইরাল লৈরবনি। মহাক্কী মফমদা, অনুপমগী মফমদা, ইশাগী ইফমদা । ঐগীগা চাংদম্নবদা করিনো মহাক্কী মরালবু! আফতাবনা নুঙাইতবদি, মহাক্না মহাক্কী ভাবীজীবু মাঙহনখি অসিনি। য়ামনা নক্কা ফংদুনসু মাঙহনখি। অদুগা ঐদি ? হোয় আফতাবনা মহাক্কী বাবীজীবু মাঙহনখি। তৌইগুম্বসুং কনাবুনো ঐনা মাঙহনখিবা। চমন্নবা অসি কোকহনবা ঙল্লগদি ঐগী পুন্সিগী হিসাব পুন্নমক চুল্লগদবনি। ঐ অসি মহাক্কী কনানো, মহাক্না ঐগী কনানো, ঙসি ফাওবা মসি খঙবা ঙমদ্রি।

খাঙ্ঙমদ্রবা অচিকপা অদুদা ঐগী নুংশাসোর ফুঙ্গৎলম্মী। অসুক কুইনগী মতুংদা উন্নবসিদা মিৎকুপ অনিতং ৱা-ৱা তৌমিন্নগদবদো, থায়নগী আফতাবগী ৱাহৈদা "খুব গুজরেগী যব মিলেঙ্গ দিৱানে দো", কদায় অদুদি নত্তনদনা ইবানিমক নুংদৌনা লেঙদনা ফমদুনা লৈরি। মিৎকুপ খূদিংগী খাঙবা ৱাশল্লক্রম্মী। খাঙবা ঙল্লমদে। ঐগী খোঞ্জেল অসি ইশামক্তদা করিনো অমা ওইনা তৌরম্মী।

"কম আফতাব, চিয়ার্স।"

"চিয়ার্স ভাইজান।" মেছিনগুম্না গ্লাস অদো লৌখৎলকখি আফাতব। তেং লাউনা মখোল থোক্লম্মী গ্লাস অনি থেংনবগী।

"ফোর ওল্ড টাইমস সেক, ভাইজান।"

"নো আফতাব, ফোর ওল টাইমস সেক।"

"ওকে, ফোর ওল টাইমস সেক।"

অমুক্কা রা-লান ঙাঙ্নদবা। সোডা লিক্কি অমসুং গ্লাসকী তেং-তাং মখোলতদি মরক মরক্তা। অচিকপদো থুগাইদুনা অমুক্কা হায়রম্মী, "আফতাব কুছ্ তো শুনাও।"

"ক্যা শুনায় বাইজান সব ভুল গয়ে!"

"কুছ্ ভী তো শুনাও।"

"ভাইজান, ইংরাজী শৈরেং অমা তাগেরা?"

"তাগেনে!"

তপ্না তপ্না হৌগৎলকখি আফতাবনা ঃ

"I feel like one
who treads alone
Some banquet-hall deserted,
whose lights are fled.
whose garlands dead
And all but he deserted."

তৌইগুম্বসুং অদু ফাওবদা থায়নগী আফতাফব অদুবু থিবা ফংদবগুম তৌরম্মী। হায়রম্মী উর্দু খরা তাহন্নবা। ফনা কুইনা তুমিন্না ঐঙোল্লোমদা য়েংদুনা ফমদুনা লৈরগা অদুগী হৌরকখি। গজলগী পরেং অনিদো হৌজিকসু ঐগী নাকোংদা হুম্লকপগুম তৌরি ঃ

"আজ কী রাত বহুৎ বোঝিল হৈ
কোই বতলাও ইয়ে কৈসে কটে ....।"

অদুগী হেক মথংদা আফতাবদা হংলম্মী, "আফতা, হোয়ার ইজ শী। মহাক কদায়দা লৈবগে?"

"আই ডোন্ট নো ভাইজান।" ঐসু নোংমা হায়খি "আই ডোন্ট নো।" আফতাবনা খংলাউ-লাউনা হায়রকখি, "দ হেল ইউ ডোন্ট নো।" নমিৎ অদো ঐসু হায়বা য়ারম্বনি, "দ হেল ইউ ডোন্ট নো।' তৌইগুম্বসুং হায়বা ঙমখিদে। আফতাবপু মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। মমিৎ অনিদো তনিক তনিক্লম্মী। হায়বগী থৌনা ঐগী লৈরমদে। আফতাবকীদি করিসু দায়িত্ব লৈরমদে। মহাক্না "আই ডোন্ট নো" হায়বগীদমক্তা মহাকপু ঐনা মরাল শীবা ঙম্লমদে। তৌইগুম্বসুং ঐগীদি? ঐগীদি দায়িত্ব লৈরম্মী। করিনা, ইশামক্না হায়দুনা লৌহৌরনি দায়িত্ব অদো। অনুপমগী মখুৎ অনিদো পায়দুনা হায়খি" শোয়দনা য়েংলমগনি শোয়দনা। ডোন্ট বোদর। আই উইল লুক আফটর

হার।" দায়িত্ব অদো লৌহৌদুনসু মহাক কদায়দা লৈরিবা ঐ খঙদে, অদু ওইরবদি আফতাবকী মরালনা কদায়দনো?

"তুমসে মুলাকাত হুই থী?" মীকিথীদৌনা আফতাবতা হংলম্মী— মহাক্কা উন্নরবা।

ৱাহে অমত্তংদা পাউখুম পীরকখি আফতাবনা, "হঁ হুই থী।" তৌইগুম্বসুং করম্বা মতমদা কদায়দা। মিৎকুপ অমগী মনুংদা ইপূক্লিংদা খল্লকখি, আফতাবনা ঐঙোন্দগী কয়া য়াম্না লাইবক -ফবা হেল্লিবা। কল্লকপগুম তৌরুই। তোইগুম্বসুং আফতাব অমুক্কা তুমিন্না লৈখি। ষ্ট্যাচুদৌনা লেঙ-লাক্তনা।

"ফির আফতাব?" মাঙোন্দা অমুক্কা হংলম্মী।

"ফির্ ক্যা? মুলাকাত হুই থী ঔর ফির জানে কাঁহা চলী গই।" ৱাহৈশিং অদো য়াম্না ৱানা হায়রকপগুম তৌখি আফতাবনা। উন্নখি, অদুবু কন্নানা খঙগনি কদায়দা মাঙখ্রবা।

অনকপদা কদায়দনো অহিঙ পূং অনি তাবগী পূংশিং য়েরকপগুম তৌরম্মী। আফতাবনা লীথরম্মী ঐঙোন্দা মুলাকাত অদুগী ৱারী। "খঙবরা ভাইজান, কৈদৌঙৈদসু মঙদা ফাওবা খল্লুদে অদুম হায়না অদুক কুইরবা মতুংদা ভাবীজীগা উন্নগনি হায়বা। অহানবদা ঐ ঙক্লুরে। ঈরুজদুনা কা মনুংদা লাকপগা উরে, বীবীজী চঙলক্লি, ঐবু হেক উবদা ভাবীজী চংঙক্লবগুম তৌখি। তাঞ্জা অদুদা গাড়ী থাবা হৌরে। ঐনা করিমতা হায়দ্রিঙৈদা ভাবীজীনা চেনখিদুনা থোঙ হাংদোক্তুনা কাদগী কুমথগে তৌই। মখুৎ অদো কন্না ফাজন্দুনা ঐনা লাউই, "ভাবীজী ইয়ে ক্যা পাগলপন হৈ।" অহানবদা ভাবীজী ঐবু করিমতা খঙদবা শাশিন্নরম্মী। মরেংবান অদো কন্না মুক্তুনা ঐঙোল্লোমদা লৈশিনহল্লবা মতমদদি ভাবীজীগী মায়থোং অদো ইমক মকশিনখি। করি তৌসিগে হায়বা ঐদি খঙবা ঙম্নমদে। অদুক কুইরবা মতুংদা উন্নবনি ভাবীজীগা, মদুসু অসুম হায়না অঙকপা মওংদা। ফনা কুইনা ঐখোয় থায়নগী ৱারী শামিন্নরম্মী। ৱা কয়ামুক হংলক্কদ্রা হায়না ভাবীজীনা খল্লম্বা জাৎনি। অদুবু ঐদি ৱা অমত্তা হংলমদে। খঙলম্মী, ৱা হংলুরবদি ভাবীজী মপূক্লিংদা নুংঙাইখিদবা য়াই।

"অদুদগীদি?"

"অদুদগীদি অতৈ করি। 'ফোর ওল্ড টাইমস সেক', হায়বগা হুইস্কী। তৌইগুম্বসুং ভাবীজীগী য়ু থকপা খুৎথক্তো উবদা ঐ কিরম্মী। ভাবীজীদা কয়ারক হায়রম্মী "ভাবীজী তূম্মো", অদুবু তূন্নমদে। নেশাগী ময়াইনা ঐ করম্বা তাঞ্জাদা তুমথখিবা খঙহৌদ্রে। অমুক্তং ৱাখল তারকপগুম তৌখি, ভাবীজীনা ঐগী হকচাংদা কম্বল অদো শেমজনবিবরা করিনো? অহিঙ য়াম্না থেঙলে। অমুকসু খল্লম্মী লিক্লি অদো লৈবাক্তা তাখ্রমাল্লে।"

"অদুদগীদি?"

"অমুক্তং খংনীক-নীক্লম্মগা গাড়ী অদো লেপখ্রে। উরে লিক্লি অহাঙবদো কা

অদুদা থরোমারো ওল্লি। মাগী সীট অদো হাঙলল্লে। কদায় ভাবীজীদি! করিগীনো অসুম হায়না তৌরম্লিবা ভাবীজীনা! পুম্মমক ঐগী ইরালনি। করিগীনো ঐনা তুমথরুরিবা। ঐনা তুমদদুনা লৈরম্লবদি বাবীজীনা অসুম হায়না চেনখিবা ঙম্লমগদ্রা? ঐদি ভাবীজীবু ব্বা অমত্তা হংখিদেনা। ঐদি ব্বা অমত্তা খঙনিংলুদেনা, অদুবু করিগীনো ভাবীজীনা চৎখ্রিবা। মিনিট অমগী মনুংদা ঐসু কুমথরে। কদায়দা করম্বা ষ্টেশনদা ভাবীজীনা কুমথখিবা মদুসু খঙদে। তাঞ্জা অদুদা নোংসু হাইফেৎ ঙাম্থোরক্লে। প্ল্যাট্ফোর্মদা লাক্কুনা লেপ্লরে। আগ্রা ষ্টেশন।"

## ।।৭।।

"হমনে মানা কি তগফুল ন করোগে লেকিন
খাক্ হো জায়েঙ্গে হম তুম্‌হে খবর হোনে তক।"*

"তশেংবনি য়াম্না নুংঙাইরমদে নুমিৎ অদো অদুম হায়না আফতাবপু লংশেক্তুনা লাকপদা। তোইগুম্বসুং করিদি তৌরুগদগে হায়য়ু? মী কয়াবু অমুক ঐগী মথোং হুক্ত্রবা পুন্সি অসিগা য়েৎশিনহনসিগে হায়য়ু? নঙ অমবু য়েৎশিনহন্দুনা নঙবু কয়া বাহল্লবা। অমকু আফতাবপু করিগী য়েৎশিনহনগদৌরিবনো? ট্রেনদা ফম্না ফম্না চপ্ য়ুংনা খল্লম্মী, যেসা অমা তৌদুনা ওইরবসু নখোয় ময়ামগী পুন্সিদগী ঐ লাপ্না চখোকখিদবা য়াদে। মতম অদো নোং ঙাল্লক্লে। কুমথরে অমুক খঙদি-উদ্রিবা পাংনা। মপান্দা থোকপগা উরে, কুমথরিবসি আগ্রা ষ্টেশনদনি। য়াম্না নুংঙাইরম্মী তশেংনা। শাহ্‌জাহানগী তাজমহলগী সহরদা ঐ।"

"নুমিদাং অদুমক্তদা ঐ আগ্রা থাদোক্তুনা চৎলম্মী। তোইগুম্বসুং চৎত্রিঙৈ মমাঙদা তাজমহল য়েংবগী মিহৌবা অদো ঙাকথোকপা ঙল্লমদে। টুরিষ্ট ময়ামগী ক্রিক ক্রিক ইন্নবা মরক্তা কোয়রুই নিংথৌরেন শাহ্‌জাহান্‌না শারম্বা আর্যুমন্দ বানুগী নীংশিং-ফুরায়ৌনা। ইশাবু মফম অদুদা ওষ্ঠোক্লা চুনদবগুম তৌরম্মী। হন্না হন্না নীংশিলম্মী অদুঙৈগী শৈরেং অদো। নঙনা কয়ারক হন্না তাহনখ্রবনি শাহীর লুধিয়ানভীগী শৈরেং অদো । তাজমহলবু করেম্নবা তুক্কচবনা থল্লবা পরেং খরা অদো ঃ

"এক্ শাহনশাহ্ নে দৌলত কা সহারা লেকর
হম গরিবোঁ কী মহব্বত কা উড়ায়া হৈ মজাক।
মেরী মেহবুব কঁহী ঔর মিলা কর মুজসে!"

তাজমহলবু কবিনা হায়রি, করেম-কথাইনি। শাহন্‌শাহ্ অমনা মহাক্কী মপান নাইদ্রবা লন-থুম্না তাজমহলবু শারগা ঐখোয়গুম্বা লাইরবশিংগী নুংশিববু করেম্নরি। অদুনা হায়রি নুংশিবীদা, অসিদা নত্তে, কদায়দনো অতোপ্পা মফম অমদা উন্নসি নঙগা ঐগা।

"খঙবরা, অদুমক খল্লম্মী ঐসু। ঐগী ইফমদা করি মমল লৈবগে তাজমহলগী? অদুঙৈ ফনা কুইনগী মমাঙদা ঐগা অনুপমগা অমুকখক তাজমহল কোয়বা লাক্লম্মী। পূর্ণিমা নুমিদাংগী তাজমহল য়াম্না ফজরম্মী নুমিৎ অদো। বাখল কয়া শাগৎলম্মী

---

* ঐ খন্তই নঙনা ঐবু বারৌরোই হায়বা, তোইগুম্বসুং নঙোন্দা পাউ য়ৌগে তৌরিঙৈদা ঐদি চাকথেক্তুনা উৎ গুনম্রনি।

ঐখোয় অনিনা নমিৎ অদো । মচু মচুগী মঙালনগী বোল অকাম্বী কয়া পাইহল্লম্মী। তোইগুম্বসুং কদায়দগী করি ওইখ্রবা। নঙসু হায়য়ুনে, তাজমহলবু ইথন্তা য়েংলুবদা ফজফম খঙখিদে। করিগীনো কদায়দা করি শোয়দুনা করি ৱাত্তুনা তৌরিবনো? ইথন্দা হঙ্গৎ হন্দা কোয়রম্মী। নুঙাইরমদে, করিমতা নুঙাইরমদে। নুমিদাং অদুমক্তদা ট্রেন ফারে। বুবুগী ৱা খঙনীং নীংশিংলকখি। নঙ বুবু- দো নীংশিংলিবরা? ইহে, নঙদি করম হায়না বুবু-বু খঙগনি। নঙদি মাবু শুকউ উখিদ্রি। অনুপমগী মচন্নি। ঐবু য়াম্না লুনা তৌজবনি। কয়ামুক ফজবা হায়বদু নঙোন্দা করম্না হায়সিগে! মকোক্তা মশম জ্বাই জ্বাই। ৱা খুদিংগী নোকই। খল্লকখি, কলকাদাতা হেক্তো চৎলগে। অতৈমক নৎত্রগসু বুবুগদদি উন্নরুখিগে। ট্রেনদা কাখত্তুনা ফম্লে, তেইগুম্বসুং ৱাখল অসি তত্তনা দুং-দুং লাউরম্মী। করম হায়না চৎসিগে মখোয়গী ময়ুমদা। করি হায়গনি মখোয় ময়াম্না। অনুপমগী মপাবুং ! অনুপমগী মনাও নুপা নিরুপম, অদুগা মহাক্কী মমা! মতম অমদা পূন্নমক অসিনা ঐবু লুনা তৌরম্মী। তৌইগুম্বসুং করম্বা মায়থোঙনা অসুক কুইরবা মতুংদা মখোয়গী মমাঙদা লেপ্পুগনি ঐনা! করম্বা থৌনানা হায়রুনি, অসুক কুইবসি ঐনা কদায়দা লৈরুবা অমসুং করম হায়না লৈরুবা। মখোয় খঙলম্মোইদরা ঐগী ৱা পূন্নমক। শোয়দনা খঙলমগনি। মখোয় কনাগুম্বা অমনা ঐগী ইনাক্তা চঙলক্তুনা ৱারী শারগদরা। বুবুনা সিড়িদা কুমথ-কুমথনা অমুক্তা 'ইনমম্বেমা' হায়দুনা ঐগী ইথাদা চোংশিল্লকখিগদ্রা? নিরুপমনা ঐবু মতম পূন্নমক্তা 'মাই ডিয়ার ইতৈবেমা' হায়না কৌবনি। থারবা আনোক্কী লেম্প মনুংদা মহাক্কী মমিৎ অনি অদো মতম পূন্নমক্তা ইরং লংবনি। মহাক্না অমুক্তা 'হাইমা মাইডিয়ার ইতৈবেমা, নঙ লাক্লুবরা' হায়দুনা লেপ্লগদ্রা? অদুগা অনুপমগী মপাবুং! চীং-লেমখ্রবা থায়নগী রায়বাহাদুরনি। মচীনদা মতম পূন্নমক্তা সিগার। খুরমগে চঙখিবদা নোকমি নোকমি তৌদুনা ইকোক্তা নাম্থবিরগা নুংশিবা ৱাহৈনা হায়বদো, 'ফরে ফরে ইবেমা। য়ারে। ময়াম পূন্নমক করি-থোইদোকপা তৌদেদনা?' অদুগুম্বা নুংশিবা ৱাহৈ খোনফম্না অমুক্তা হায়খিগদ্রা, 'ফরে ফরে ইবেমা। য়ারে। ময়াম পূন্নমক করি থোইদোকপা তৌদেনা?' অদুগা মহাক্না অদুম হায়না হায়রগসু ঐনা করম হায়না খুমগনি, 'হোয় পাবুং ময়াম পূন্নমক করিথোইদোকপা তৌদে।' ময়াম পূন্নমক করি থোইদোকপা তৌদব্রনে? অদুগা মনুপমগী মমানা চিন্বান শোক্লগা বর পীবা মতম খুদিংদা হায় 'ইবো নয়াং অদো য়াম্না কংলেদা। যঙ্গোম থকপা তোক্লব্রনে? অনুদি করি থোইদোকপা তৌদেদনা।?' করম হায়না মহাক্কী মমাঙদা ঐনা লেপ্পুগনি। ঐবু উরগা মহাক্কী থম্মোয় অদো চিংখাইখিরোইদ্রা? অমুক্তা ঐগী চিন্বান শোক্তুনা হায়খিগদ্রা, 'ইবেমা, নয়াং অদো য়াম্না কংলে। যঙ্গোম থকপা তোক্লবরনে?' ঐনা করি খুমগনি? ঐনা খুমগদ্রা, হোয় ইমা, ঐ যঙ্গোম থকপদি তোক্লে, অদুবু য়ু থকপদি হৌরে? করম হায়না হায়গনি মহাক্কী অনু করি থোইদোকপা তৌদে হায়না। মহাক্কী অনুবু ঐনা

মাঙহনখ্রবনি। মহাকসু লোইনা খঙলিবনি। অদুমক্তদা ঐনা করম হায়না মহাক্কী মমাঙদা লেপ্লুগদৌরিবা!

"য়ুমগী মমাঙ য়ৌবগা খল্লকই হনখ্রসিরা। চাউখ্রবা য়ুম অদো ক্রক ক্রক্ লাউরি। থরায় য়াওদ্রবা য়ুম অদুগী গ্রিল চনবা চাউরবা য়োৎকী গেট অদুগী মমাঙদা করম্বা মতমদা লেপ্লুবা খঙহৌদে। গেট অদো হাংদোকপগা — গ্রোং লাউনা তেংথারকই থোঙ্না অদুনা।"

তুমনিংবনা আফতাবকী মমিং উইরুম উইরুম তৌরম্মী। "ভাইজান মহুৎ নিন্দ্ আ রহী হৈ। অব্ মৈ শোতা হুঁ।" তুমথদ্রে আফতাব। শোফাদগী কুমথদুনা কার্পেট মথক্তা হাইথখ্রে।

"অদুদগী কমদৌখ্রবা আফতাব?" হৌদোক্লবা তৌরম্মী মহাকপু। "নঙনা খংপ্রেক খংনা উরবা, কা অদুদা মহাক লৈরমদ্রে হায়বা। নঙসু কুমথরবা আগ্রা ষ্টেশনদা অদুদগী কমদৌখ্রবা আফতাব?"

হীপ্লোই-ফম্বোই তৌদুনা আফতাব লিক্লি অদোমদা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরম্মী। তপ্না তপ্না গ্লাস অদো চিংশিল্লগা ঐনা করিমতা হায়দ্রিঙৈদা লিক্লিগী লেমহৌবা হুইস্কি অদো হৈথখ্রে। ঙাইহাক অমুক তুমিন্না লৈরগা আফতাবনা হৌরকই!

"ভাইজান! কুম্বদি কুমথরে আগ্রাদা। তৌইগুম্বসুং অদুক চাউখ্রবা সহর অদুদা কদায়দনো থিরুগদবা ভাবীজীবু। অদুতা নত্তনা ভাবীজীনা কুমথখ্রিবসি আগ্রাদনি হায়বসু খঙদে। কদায়দা করম্বা মতমদা কুমথখিবনো ঐদি সুকখঙসু খঙহৌদে। নুমিৎ চুপ্পদুমা অহাওবদৌনা ইথক্তা কোয়চৎ চৎলম্মী। শহরগী চিদাই অমদগী চিদাই অমদা। লম্মৈ-থানমীগী মতুংদা কোয়ইন ইন্নবগুম অরেম্বদা হঙ্গৎকা হন্দাগা তৌরম্মী। নুমিদংদা ৱারদুনা চোকথরদুনা হোটেলদা হল্লক্রম্মী। মথংগী নুমিত্তা ঐ দিল্লীদা হনগদবনি। ষ্টেশনদা চৎত্রিঙৈদা তাজরোমদা কোয়রুগে খল্লকখি। তাজদা চৎলুই। অদুদগী করিগীনো খঙদে ৱাখল অমা খংলাক লাকখি, গাইড অদুদা হংলুই, ঙরাং মফম অসিদা কনাগুম্বা নুপীকা লাক্লম-লাক্লম্বরা। গাইড অদু ঙাইহাক ঐঙোন্দা য়েংলগা খংনোক নোকখৎলকখি। হংলম্মী, 'করিগী নোক্লিবনো?' খুল্লকই, 'সাহাব ইহাঁ তো রোজ কিতনেহী মেমসাহাব আতি।' নুপা অদুনা ফনা কুইনা হায়জে। ভাবীজীগী সকওং তাক্লে। কুইনা তারে, অদুদগী অমুক হংলকই— 'মেমসাহাব একেলি থী কি সাত মে কৌই সাহাব ভী থা, হায়রে, নত্তেমেমসাহাব মতোমতা লাক্লমগনি। হন্দক্তি নুপা অদো অমুক হেন্না নোকৎলক্লে। নোকপা লেপখিদ্রে। মেজাজ অসি ফৎলক্লে নুপা অদুগী নোকপা মীনোক তাবদা। ধমকা তৌদুনা হায়রম্মী, 'বেওকুফ কে মাফিক হাসতা ক্যুঁ!' নুপা অদুনা ঐঙোন্দা করি হায়রকপগে খঙব্রা।

"করি হায়রকই?"

নুপা অদুনা শকফম ইকায়-কায়দনা মকোইদা মখুৎ নাল্ল-নাল্লদুনা অমুক্কা হেন্না

নোক্ল-নোক্লা খুল্লকই— 'আরে সাহাব ইহাঁ কোই অকেলা নহী আতা। সব জোড়া আতা হৈ। মহব্বতকী দুনিয়ামে জো অকেলা আতা হৈ— ইয়া বেওকুফ হৈ, নহী তো পাগল।' অদুদগী মিনিট অমা ফাওবা লেপ্পমদ্রে ঐ তাজমহলদা। চুমদ্রিং ষ্টেশনদা লাক্লে।

"অদুদগী করি অমুক। ভাবীজী অমুক্কা মাঙখ্রে। খঙব্রা ভাইজান, নুমিৎ অদো তাজমহলগা গাইড অদুগগী মথক্তা কয়াতা শাথীনা শাউনিংলম্বা। টাঙ্গাদা তোংদুনা ষ্টেশনদা চৎপা মতমদা তাজরোমদা অমুক্তং য়েংথোক্লম্মী। নখোয়দি হায়বদাই 'এ পোয়েম ইন মার্বল।' অদুবু ঐদি শাহীর লুধিয়ানভীগী শৈরেংগী পরেং অদুতা নীংশিলম্মী ঃ

মেরী মেহবুব! উনহে ভী তো মহব্বত হোগী
জিনকে সন্নাইনে বখশী হে ইসে সক্‌লে-জমীল,
উনকে প্যারোঁকে মকাবির রহে বে-নামো-নুমুদ,
আজ তক উনপে জলায়েনা কিসীনে কন্দীল।"

"আদুদগীনি আফতাব?"

আফতাব অতৈ ঙল্লক্তরে। পুংহই হইথখ্রে কার্পেট মতক্তা। সোফাদা ফম্না ফম্না মহাকপু য়েংলম্মী অদুগা শৈরেংগী পরেং খরা অদো খঙ্গনবা লাক্লরম্মী। কবিনা মহাক্কী নুংশিদা হায়রি, তাজমহলগী ফজরবা শক্তম অসি পুথোক্লমবা খুৎশা-হৈবশিংদো, মখোয়সু নুংশিংবা হৈরম্মী। তৌইগুম্বসুং মখোয়গী নুংশি-মোংফমগীদি করিগুম্বা মিং অমত্তসু লৈতে, করিগুম্বা খূদম অমত্তসু লৈতে। ঙসি ফাওবদা মখোয়গী মশক খঙদবা মফম খঙদবা মোংফম মথক্তা কনামতনসু সন্ধ্যা-থাউমৈ থাল্লদে।

ঙসি করিগুম্বা আফতাবকা ঐগা উন্নবা থোক্লবদি মাঙোন্দা চিঠি অসি উৎকদবনি। তোইগুম্বসুং আফতাবকী করিগুম্বা লৈফম অমত্তা ঐ খঙদে। খঙলবদি ঐখোয় অনি চঙদুনা থিমিন্নগদবনি। আফতাবনা মহাক্কী ভাবীজীবু থিরমগনি অদুগা ঐদি কনাবু থিরমগনি? অদু ওইরবসু থিরমগনি। উন্নরবদি আফতাবতা চিঠি অসি উত্তুনা হায়গদবনি, নহাক্কী ভাবীজীসু নুমিৎ অদো আগ্রাদা কুমথরম্মী অদুগা নহাক্কুম্না মফম-মরাং খঙদনা কোয়চৎ চৎলম্মী, নহাক্কুম্না মহাকসু চৎলুই তাজমহলদা। আফতাবনা ৱারদুনা চোকথরদনা নুমিদাং হোটেলদা হীপ্তুনা লৈরিঙৈ মতম পূর্ণিমাগী নুমিদাং অদুদা মহাক্না মাইকৈ-শলাই খঙদনা কোয়রম্মী তাজমহলদা। অসিমসু হায়গনি নহাক্কুম্না নহাক্কী ভাবীজীসু তাজমহলবু নুমিৎ অদু তুক্কচনা য়েংলম্মী অদুগা নহাক্কুম্না শাহীরগী শৈরং মহাকসু নীংশিংলম্মী।

"কয়াতা কুইরবা থৌদোক্লো, তৌইগুম্বসুং নঙোনদা চিঠি ইনা-ইনা পূম্নমক ইমাঙ অসিদা চেদা য়েকপা লাইগুম ফাওগৎলক্লি। থৱায় য়াওদ্রবা চাউরবা য়ূম

অদুনা ঐবু চাগদবগুম চঙশিল্লক্রম্মী। মতম খরতং মফম অদুদা লৈরম্বদুগী মিৎকুপ খুদিংমক ঙসিসু নীংশিংলি। য়ুম অদুগী য়ুম্বী খুদিংমক, লৈরোং-লৈনা খুদিংমক ঐনা অদুক নীংথিনা খঙবা অদো মিৎকুপ অমগী মনুংদা পূম্নমক খঙদগুম তৌরকখি। ওইরম্বা য়াই ৱাখলগী অরানবা, তৌইগুম্বসুং গেট অদো হাংদোক্কুনা অঙাংবা চেক্কুপ থাবা লমজং অদুদা চৎলিঙেদা খল্লকই, করম্বা খঙদবা উখিদ্রিবা মফমদনো লাক্লিবসি। অওইবা হায়ববু কৈদৌগে, মাঙ্গোন্দা কাখৎপা মতমদা খোঙ অনি অসি হাইফেৎ নীক্লকখি। য়াম্না তপ্না তপ্না বেল অদো নম্লুই। শেংনা তারম্মী, বেল অদো খীংলি। অদুদগী অনুপমগী মপাবুংগী চীংলেম্নবা খোঞ্জেল, 'কনানো?' তাঞ্জা অদু ফাওবদা কনামতনা থোঙ হাংদোক্লমদে। তৌইগুম্বসুং ঐনদি উবগুম তৌরম্মী, সিগার মচীনদা ড্রেসিং গাউন লিত্তুনা লেপ্তুনা লৈরি মহাক। অদুদগী তারম্মী— 'লাক্লে লাক্লে। মী পূম্নমক শগোল তোংদুনা লাকপা জাৎনি মফম অসিদা।' অহন ওইরবা মীনাই শিবচরণগী মখোলনি। খঙবা ঙম্নম্মী মনুংলোমদগী থোঙগী ছিটকিনি হাংবগী মখোল। ঐগী থবাক্কী মিহুন অসি মিৎকুপ খরগীদমক লেপখ্রবোই নীংলকই। ঈ পূম্নমক ঐগী মায়থোংদা পূল্লম্মী।

"হায়রগা নঙনা থাজরোই। ঐসু থাজনিংলমদে, তৌইগুম্বসুং অহন ওইরবা শিবচরণনা ঐবু উবদা খংপ্রেক খংবগুম চোংখৎলকই। অহিঙ নোংয়াইদা ভূত খংওক-ওক্লবদা খঙপ্রেক খঙবগুম শিবচরণ থোঙ অদো হাংদোকপা ঐবু খংউ-উবদা চৈ-চারবা মীগুম খংলাউ-লাউখৎলকই—

'কনানো? মৌ-ইবেমা!'

খুমই, 'হোয় ঐনি। শক খঙবা ঙমদ্রবরা?'

'করিগীবুদি শক খঙবা ঙম্লোইদগে, অদুদা য়াম্না ঙক্লা থোকখ্রবা। অসুক কুইরবা মতুংদা নঙনা ঐখোয়বু নীংশিংদুনা...।'

শিবচরণবু অতৈ অমুক য়াম্না চঙশিনহনবা তারমদে। সিঁড়ি মথকমক্তদা লেপ্লরে অনুপমগী মপাবুং। ঐনা খল্লম্বা অদুমক থোক্লে। মচীন্দা চাক্লিবা সিগার, হকচাংদা ড্রেসিংগাউন। 'কনানো লাক্লিবদো শিবচরণ? কনাগনো ৱা ঙাঙনরিবদো। অদোমনা পাম্বিরিবদো কনাবুনো।'

শিবচরণ খংপ্রেক খংখিবা অদুগুম্না মশাবু অমুক মশাগী চপ-চাবী ফিভমদা খং হন-হঞ্জিনহনখি। 'কনাবু পাম্মুদগে সাহেব! ঐখোয়গী মৌ-ইবেমনি । চংঙক্লো চং ঙক্লো মৌ-ইবেমা।' ফজনা খঙলম্মী অহন ওইরা শিবচরণগী শাশিন্নবা মীনুংশি অদো।

'কনানো লেঙবিরক্লিবসিবু?" অনুপমগী মপাবুংগী খোনফম অমুক্তা হেন্না চীং-লেম্বগুম তৌরম্মী, চেনশিল্লপ তৌনা সিঁড়ি মনাক্তা য়ৌরম্মী। 'ঐনি পাবুং' হায়দুনা খুৎ তিংথোক্লম্মী খুরুমগে হায়দুনা। মখোঙ অদো থাংদোকখি। হান্নদি

হায়বিবনি, 'ফরে ফরে ইবেমা, য়ারে।ময়াম পুন্নমক করি থোইদোকপা তৌদেদনা', অদুবু শরক অদুদা ঐগী খুরুম্বসু লোইশিল্লম্মী। অদুগা তৌরিসিনা করিনো, মখোঙবুদি থাংদোকখ্রে। অদুবু কদায় নুংশিবা ৱাহৈ-খোনফম্না হায়বিরক্রে 'ফরে ফরে ইবেমা।' ৱাহৈ অনিতংদি ফন্না কুইনা লৈরগা মচীনদগী থোরকখি। ঐগী ইমাঙদা সিঁড়িগী থাকশিং অদো হাইবগুম তৌরম্মী। মিনিট খরা চঙলম্মী ইশাবু খাম্বদা। 'নঙ ! ফম্মু। ঐ কৌবিরক্কে,' হায়রম্লগা লৈথোক্তুনা অনুপমগী মপাবুং সিঁড়িদা সর্-সর্ কাখৎখ্রে। তাঙ্গা অদুমক্তদা উরে সিঁড়ি মথক্তা লাক্তুনা লেপ্লবদো বুবু-না।

'বুবু' হায়দুনা চেনখৎলম্মী সিঁড়িগী থাকতা। ময়ায়ৱাইদা কুমথরক্লে বুবুসু। হান্নগী মতৌগুম্না 'ইনমবেমা' হায়দুনা চোংশিল্লক্লে থবাক্তা। ইনমবেমা লাকত্রিবা করিগীনো ? নঙ কৈদৌরবগে ? ময়ান্না নঙবু য়ান্না ফৎচিল্লক্ত্রে হায়। নঙ ফৎচিল্লক্ত্রিবা করিগীনো ?' ঐগী মিৎলুদা পিরাংনা থঙ্গৎলকখি। করি হায়গনি মাঙোন্দা। করিগীদমক্তা ঐনা ফৎচিল্লক্ত্রিবনো মাঙোন্দা করম হায়না হায়সিগে। করিনো অমা হায়গে তৌরম্মী তৌইগুম্বসুং মদুগী মমাঙদা য়ুমগী মনুংদগী তারম্মী অনুপমগী মপাবুংগী য়াথং- 'বুবু নঙগী কাদা চৎলু।'

'বুবু খঙবা ঙন্নম্বগুম তৌরম্মী কদায়দা করিনো অমা তৌরে হায়বা। কপ্লি কপ্লি হাইরপ তৌদুনা চেনশিনখ্রে। পূক্লিং অসি ক্রক ক্রক লাউরকই। ঐবু নুংঙাইহন্দবগী অর্থ লৈ, তৌইগুম্বসুং পীক্লিবা নুপীমচা অসিবু নুংঙাইহন্দবগী করি অর্থ থোকপগে, নঙসু হায়য়ু? ইপূক্লিং অসি ফাজিন্নবা কন্না লাক্লরম্মী। খল্লকই, হনখ্রসিরা। হনসু হল্লমগদবনি। নিরুপমনা থংনরিবা কা অদুদগী করিগুম্বা থোরক্লমদ্রবদি মিৎকূপ অদুদা চৎলমগনি। নিরুপম হান্নগী অদুম হায়না অদুম লৈরম্মী, আনোক্কী থারবা লেন্স মনুংদা মহাক্কী মমিৎ অনিদো ইরং ইরং লংলি। হান্নদগীবু হেল্লমাল্লে। ইমাঙদা চঙশিল্লক্তুনা লেপ্লে নিরুপম। 'ইতৈমবেমা নঙ !' ইকং-কংবা মকক মকক ৱাহৈ অনিতংনি। কদায় হায়রক্তেনা 'মাইডিয়ার ইতৈমবেমা।' ঐ খঙলে ঐ মাইডিয়ার' নৎত্রে। ঐ কনা অমত্তগীসু মশাগী মী নৎত্রে। তৌইগুম্বসুং মদু হায় হায়দুনা নুংশিহৈতবগা লোয়ননা মদুবু ঐঙোন্দা প্রমান তৌফম থোকপ্রা। পৃথিবীগী মী পূন্নমক্তা কোয়লাউ লাউদুনা হায়দ্রবদি য়াদ্রবরা, ঐ অসি ঙসি কনা অমত্তা নৎত্রে। করিগুম্বা নুংশিবা, অচানবা, লুনা তৌবগী দাবি অমত্তা ঐগী ঙসি লৈত্রে। খল্লম্মী অতৈমক নৎত্রবসু নিরুপমদি খঙগনি। লাইরিক হৈরবা, হৌজিক্কী যুগকী অঙাংনি মহাক। করিগুম্বা ঙসি অনুপম লৈরম্লবদি-! নত্তে নত্তে, ৱা অদু কান্নদবনি। ঐগী ফিভম অসিগীদমক ঐ ইশানা দায়ী ওইরম্বা য়াই, তৌইগুম্বসুং অনুপমবু মাঙহনবগী দায়সু ঐগী ওইগদ্রা ! মহাক্কীসু ঐঙোন্দা মরাল শীফম থোকপ্রা !

ঈা য়ান্না হায়রমদে নিরুপমদা, হাইফেত্তং নোক্তুনা খুম্নম্মী, 'হোয় নিরুপম, ঐনি। য়ান্না ঙক্না থোকখ্রে, নৎত্রা?'

থারবা আনোক্কী লেন্স মনুংদা মমিৎ অনি অদো শাথীনা ইরং ইরং লংখৎলকখি। চপ লেপ্তুনা ঐগী মায়থোংদা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী নিরুপম। ঐ খঙবা ঙম্নম্মী, নিরুপমনা য়েংলিবদো ঐনা নোকপদা খজাইদা কোঙ্গুৎ অনিদো তাবরা তাদবরা য়েংলিবনি। 'হোয়। হাইফেৎ ঙক্না থোকইদনা। নঙদি ঐখোয়গী পাউ ইলৌ লৌখিদ্রে।' নিরুপমনা অমুক কন্না হায়রকই।

'নঙসু অমুক্তং ফাওবা পাউ লৌদে, ঐবু হিংদুনা লৈরিব্রা শিখ্রবরা।' ঐগী পাউখুম অসি নিরুপম আশা তৌরুদবা জাৎনি, অদুনা হন্দক্তি হাইফেৎ য়াকপা পাউখুম অমা ফংলে, 'নঙবু কদায়দা থিরুগদগে হায়য়ু? নঙদি ঙসি অসিদা, হয়েং অমদা তৌদুনা কোয়তাউ তাউদুনা চৎলি। অদুগী মথক্তা নহাক্কী অনৌবা পুন্সিগী লম্বীদা নহাকপু খোয়রাং-খোয়শাউহন্নিংদে।'

"পাউখুম অমুক পীরুদে নিরুপমদা। তশেংবনি কদায়দনো থিরুগদবা ঐবু। মাইকৈ-শলাই খঙদবা হিনাউগুম্না কোয়তাউ তাউদুনা চৎলি ঐদি। কদায়দা করম্বা তোর্বানদা থেংলুগদবা ঐ ইশামকসু খঙজদে। ঈরাক্লখিবা য়াই হিনাউ অসি ঈয়ায়দা। অদুগা ঐগী অনৌবা পুন্সি। নিরুপমদি খঙদে, ঙসি ঐ অওইবমক্কী অনৌবা পুন্সিগী লম্বীদা চৎলি। ঐ করিগুম্বা অথিংবা, করিগুম্বা ঈাকৎপা পামদে ঐগী চৎনবা লম্বীসিদা।

"নাপীগী ফেন্নাৎকী হোর্-সোর্ মখোনদা খঙবা ঙম্নম্মী অনুপমগী মমা লাক্নি। অসুক কুইবসি পুম্নমক খাঙলম্মী। হন্দক্তি ঙম্নক্তরে। মতম অসুক কুইনা তুংশিন্দুনা লৈরকপা অৱাবগী পন নমখায়রক্লে। ইশাবু কন্না খান্নবা লাক্নরম্মী, তৌইগুম্বসুং ঙম্নক্ত্রে। জোবার কারকপগুম মিৎকী পিরাং শিন্থরক্লে খজাইদা। চঙশিন্দুনা খুরম্লে। হান্নগী মতৌগুম্না চিন্বান শোকপিরকই, তৌইগুম্বসুং কদায় নুংশিবা ঈাহে-খোম্ফম অদুনা হায়রক্ত্রে 'ইবেমা, নয়াং অদো য়ান্না কংলেনা। যঙ্গোম থকপা তোক্লবরনে?' ঙসিদি ঐ তশেংনমক য়াং কংলবনি অদুগা যঙ্গোম থকপসু তশেংনা তোক্লবনি। ফন্না কুইনা তুমিন্না লৈরম্মী। করিগুম্বা ঈা-ককা হায়রক্কদ্রা। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মচিনদগী ঈাহে অমখক্তংদি থোরকখি- 'ইবেমা!'

"নঙ খনবা ঙম্লোই অদুগুম্বা দৃশ্য অদুগী ঈা! ফন্না কুইনা ঐঙোল্লোমদা য়েংদুনা লৈরম্মী, অদুদগী মিৎলুদগী জর্ জর্ ঈহৌ লাক্লে। ঐখোয় অনিমক মাঙগ-মাঙগা লেপমিন্নরি ঐখোয় অনিমক কপমিন্নরি। মিনিট অম-মমবু যুগ অমমম ওইরবোই খল্লম্মী।

"নিরুপমগী ঈা অদো খোল্লে অমা খংতৌ তৌরকই— 'ইতৈমবেমা কদায়দা থুংলি। চৎসি নঙবু গাড়ীনা মফম অদু তান্না থিনবিগে।' মসিগী মতুক্তা নিরুপমনা ঐঙোন্দা হায়রম্নবদি- 'ইতৈমবেমা নঙ হৌজিকমক য়ুম অসিদগী চৎখ্রো,' ঐ অদুক

য়াম্না নুংঙাইতবা তৌরম্লোই। তাঞ্জা অদু ফাওবদা মপানগী মাঙ্গোন্দা ঐগী সুটকেস অদো লৈরি। ইতোমতা ইমোনদা খুরমজরম্মী কনাগুম্বা অমত্তনা মদু উথোকখিদবা। কনামতনা খঙহৌদসনু ঐ মফম অসিদা মতম খরগীদমক লৈবা লাকপনি হায়বসি। কনামতনা খঙদরা ওইসনু, ঐ ঐগী নীংথিনা মরী-মখোঙ খঙবা য়ুমদা লাকপনি হায়বসি।

"ঐ কদায়দসু থুংভুদে নিরুপম। চুমদ্রিং ষ্টেশনদগী লাকপনি অদুগা হৌজিকমক ষ্টেশনদা হনখ্রগনি; ইশাবু কন্না ফাজিন্দুনা হায়রম্মী। অনুপমগী মমাদা হায়রম্মী— ঐ অমুক্তং মথক্কী কা অদুদা চঙজরুগে।"

'কা অদুদা অতৈ করি লৈরিবগে' হায়রগা কপ্পুনা লৈখ্রে।

'চাবি থারবা লাইথিবীগুম্না মথক্তা কাখৎলম্মী। কা অদুগী মনাক য়ৌবদা করিননো খঙদে কিগুম-লাকুম তৌরম্মী। নুংশিরবা স্মৃতি কয়ানা থল্লবা ঐখোয়গী কা অদুনি। হৌজিকসু নীংশিংলি, মথং মথং পুংশিং কয়া ঐগা অনুপমগা কা অদুগা তাইনবা রেলিং খাবা মাঙ্গোল অদুদা লীগী চেয়ার অনিদা ফমদুনা ৱারী শামিন্নখিবা। থোঙ অদো হাংদোক্তুনা, সুইচ অদো মেত্তুনা মৈ থাঙ্গৎপদা খৱায় অসি শ্বাই লাউরকখি। মিৎকৃপ অমগী মনুংদা মাইকৈ মরিদা মিৎ য়ৌখ্রে। পূন্নমক হান্নগীদৌনা লৈরি। ফক্লাংদা ঐখোয়গী ফোটো অদো। কাচিনগী লীগী চেবল-ল্যাম্প অদো, অনুপমনা য়াম্না পামজনা তৌবা বুক-কোর্নার অনিদো। নিগ্রেস অনিদো। দোক লাউনা ৱার্ডরোব অদো হাংদোক্লে। পরেং পরেং শীন্দুনা লৈরি অনুপমগী স্যুট অমসুং অতৈ ফি-রোল। পূন্নমক হান্নগী অদুম হায়না লৈরি। লৈতবা হায়ববু অনুপমতনি। অদুগা ঐসু লৈত্রেনা। থায়নগী ঐ অমসুং হৌজিক্কী ঐ- কয়াতা খেন্নখ্রবা অনি অসি। ড্রেসিং টেবলগী মিংশেন অদুগী মমাংদা লেপ্লুই। নীংশিংলকখি, নোংমসু অসুম হায়না ফন্নম্মী মিংশেন অসিগী মমাঙদা। করম্বা মতমদা তুংলোমদগী অনুপমনা চঙলক্তুনা লেপ্পম্বা খঙহৌদে। তুংলোমদগী খূৎ অনি অসি ফাজিন্দুনা ঐবু খংহল্লম্মী, 'স্মাইল ডার্লিং। নোকউনে নুংশিবী।' নোক্লম্মী। খজাইদা কোঙ্গুৎ অদুসু তারম্মী, অনুপমনা ঐবু কোনশিল্লম্মী। 'লেট মি কিস দ ডিম্পলস' হায়দুনা মনাক্তা চিংশিল্লম্মী। অতৈ ঙল্লক্তরে। মিংশেন অদুগী মমাঙদগী চেহ্লোরক্তুনা ফমুংদা হাইথদুনা তারে। পূক্লিং ফাজিনবা পূন্নমক, অথিংবা পূন্নমক নমখায়খ্রে, হিক্ল হিক্ল কপ্লে।

"কয়া কুইনা কপ্পম্বা খঙদে। অদুদগী হৌগত্তুনা মখাদা কুমথদুনা লাক্লে। মপানগী কাদা ময়াম পূন্নমক লেপ্পম্মী। মথং মথং তৌদুনা খুরম্নম্মী অনুপমগী মপাবুংদা, মমাদা। কনাসু করিমতা হায়রকখিদে। অনুপমগী মমাগী মিৎলুদা তাঞ্জা অদু ফাওবা পিরাংনা নীক নীক লাউরিবা অদুতদি উরম্মী। তূমিন্না থোঙ অদো হাংদোক্তুনা মপানদা থোরক্লে। গেট হাংদোক্তুনা থোরকপা মতমদা উরম্মী মথক্কী মাঙ্গোনদা বুবু লেপ্তুনা লৈরি। হাইফেৎ নোক্লম্মী মহাকপু য়েংদুনা। মখুৎ অদু থাঙ্গত্তুনা 'ইনমবেমা, টা-টা'

হায়রল্লগা ইমুংদা চণ্ডখি। কয়াতা ঙকথ্রবনো য়েংঙু! নোংমা য়ুম অসিমক্তদনি ঐনা লাকখিবা। মোইবুং, সানাই খোংলম্মী ঐনা লাকপদা। মৈঙাল অমসুং হরাওবনা য়ুম অসি ইরং ইরং লংনা ঙাল্লম্মী। মী মরোন মরোন্না য়ুম অসি থল্লম্মী। লোইনমল্লা চণ্ডশিন্দু। লুনা তৌরম্মী ঐবু। অদুগা নুমিৎ অদু য়ুম অদুদগী থোক্তুনা লাকখি ঐ। কনামতনসু করিগুম্বা অমত্তা হায়রখিদে। করিগুম্বা মোইব্রুং, সানাই অমত্তা খোংলমদে অদুগা করিগুম্বা মৈঙাল অমত্তসু থাল্লমদে ঐবু ওকপা ওইনা। য়ুম অদো মল্লম্মী। প্রেতকী কোনুং মাল্লম্মী। নিরুপমনা হায়খি ঐগী অনৌবা পুন্সিগী লম্বীগী বা। অওইবা ওইনা হায়খিমাল্লে। অনৌবা পুন্সিমক্তি। য়ুম অদো থাদোক্তুনা গেট অদো লাঙ্থোক্তুনা লাকপা মতমদা, থল্লকহ— তশেংবমক্তি, ঐ থায়নগী পুন্সি অদো লংশেক্লম্মে। মহাক্কী নীংশিং অদুতংদি লৈহৌরি দোতলাগী কা অদুদা।

"লমজাউ য়ৌদ্রিঙৈদা অমুক্তা হন্না য়েংথোক্লম্মী য়ুম অদোমদা। ঐখোয়গী কাগী মৈ অদো মূৎলি মুৎলি ঙাল্লি। সুইচ অদো মুথৎপা কাউরল্লে।"

## ।।৮।।

"মৈ মৈকদে কি রাহ্ সে হোকর গুজর গয়া
বরনা সফর হয়াৎকা কাফী তীল থা।"*

অয়ুক মিৎকপ থোক্লকপা মতমদা আফতাবসু হৌগৎলক্লে। শকফম অদো মতম অদু ফাওবদা তরুম-তরুম্নরি। মায়থোংদা য়াম্না ৱানা হাইফেত্তং নোক্লুনা হায়রকই, "গুড মোর্নিং ভাইজান। কটী হৈ রাত হঙ্গামা-গুস্তরীমে তেরী, সহর করীব হৈ আল্লাহ্ কা নাম লে সাকী।" য়াম্না নীংথিনা খঙলম্মী অহিঙগী ৱা পূম্নমক কাউথোক্লিংলি আফতাব। মাঙোন্দা ঐনা ৱা অতৈ অমুক হংদনবা ৱা অদো অমরোমদা পুথোক্লবা লাক্লরম্মী। তৌইগুম্বসুং ইপূক্লিং অসিদা তত্তনা খল্লকই আফতাবনা ৱা পুন্নমক ঐঙোন্দা হায়দোক্লবরা। নত্তনা ৱা অতৈ খরসু মপূক্লিংদা থল্লিবরা। আফতাবপু থাজদবা ঐ তৌনিংলমদে, অদুবু খঙদে করিগীনো ইপূক্লিং অসিদা চিংনবগী লৈচিন অমা তপ্না তপ্না শন্দোরকখি। তৌইগুম্বসুং ঐগী ইফমদা লোৎনিংঙাই করিবু লৈবগে।

পুংমুক মতুংদা আফতাবকা লোয়ননা মখাদা কুমথরকপা মতমদদি নুমিৎ ফনা থেঙলম্লে। ট্যাক্সিদা কাখৎলগা মখুৎ অনি অদো তিংথোরক্লুনা ঐগী ইখুৎ অসি কন্না নীক্লুনা হায়রকই, "অচ্ছা চলে ভাইজান, খুদা হাফীজ।" কনানা খঙবা করি ৱাখল তৌরুবা, হায়রম্মী, "মিনিট অমত্তং আফতাব।" মমিৎ তরাউ তরাউনা পাঙথোক্লুনা হংলকই, "ভাইজান ক্যা বাত হৈ?" ইশেং-শেংনা উরকখি মহাক্কী মমিৎ-মমায়দা করিগীনো অকিবা অমা।

"তশেংনমক্কী হায়য়ু আফতাব, নঙ মহাক্কী লৈফম খঙব্রা?"

"খঙদে ভাইজান!"

"ঐঙোন্দা লোৎকনু, প্লিজ।"

"অওইবমক্কীনি ঐনা হায়রিবসি।"

"কসম চাও।"

"কসম।"

"নঙগী ভাবীজীগী কসম।"

"ভাইজান!" কপ্লি কপ্লি তৌদুনা লাউখৎলকই আফতাব।

---

* য়ু য়োনফম লৈবা লমবী অদোমদা ঐ থুনা থোরক্লুনা লাকলম্মী, মদু নৎলমম্রবদি পুক্সি খোঙচৎ অসি য়ামনা শাংলমগনি।

"নঙ করিগী কলকাতাদা লাক্লিবনো আফতাব? হোৱাই আর ইউ হিয়ার?"— ঐ ইশাগী খোঞ্জেল অদুদা ঐ ইশামক খংলম্মী।

"গাড়ীদা কাখৎলো, ঐ লোইনা হায়গে।"

ৱা অমত্তা ঙাঙ্দনা মহাক্কী মনাক্তা টেক্সিদা ফল্লে। গাড়ী তপ্না তপ্না চৎলম্মী অদুগা আফতাবনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী।

"কলকাতাদা ঐ ভাবীজীবু থিবা লাকপনি।"

"নঙ করম তৌদুনা খঙলিবা নঙগী ভাবীজী অসিদা লৈ হায়বা? অদুগা মদু খঙনা খঙনা ঐঙোন্দা হায়দ্রিবা করিগীনো?"

"ঐ খঙদে ভাইজান, ভাবীজী অসিদা লৈব্রা লৈতব্রা।"

"অদু ওইরবদি করিগী অসিদা থিবা লাক্লি?"

"নুমিৎ খরনি মমাংদা ভাবীজীনা ঐঙোন্দা চিঠি অমা ইরকই। কলকাতাগী ঠিকানা অমা পীরকই, মফম অদুদা উন্নসি হায়রকই।"

"উন্নরুরব্রা?"

"উন্নরুদে।"

"করিগী?"

"ভাবীজী মফম অদুদা লৈরমদে।"

"চিঠিদা নঙোন্দা করি ইরকই?" আফতাবতা হংলিবা ঐগী ৱাহংশিংদো ঐ ইশামক্তদা অঙকপা ওইনা থোক্লম্মী। আফতাবপু ঐনা মরাল লৈরবা মীগী ফম্পাক্তা লেপহন্দুনা মহাক্কী মরাল লৈতে হায়বসি প্রমান তৌনবা হায়বগুম তৌরম্মী। অতৈ করি অধিকারবু ঐগী লৈরিবা। ঐবুসু আসামীগী ফম্পাক্তা লেপহনবা য়ারিবনি।

ৱা অমত্তা হায়দনা আফতাবনা মহাক্কী পোকেটতগী চেজেৎ অমা পুথোক্তুনা পীরকই। পীকখ্রবা চিঠিনি। তম্ম্না মানবা খুৎইনি। ইংরাজীদা ইবা পরেং খরতংগী চিঠিনি। "ডিয়ার আফতাব। আই অ্যাম সোরী ফোর হোৱাট আই ডিড দ্যাট নাইট ওন দ ট্রেন। কম অ্যাগু  সুন, অ্যান্ড হুয়েন ইউ হিয়ার মাই ষ্টোরি ইউ উইল ফোর্গিভ ইয়োর ভাবীজী— সি মী। ইয়োর্স ভাবীজী।" মথক্তা মচী অমদা ঠিকানা ইরি। ৱা অমত্তা হায়দনা চিঠি অদো পীশনখ্রে। "করিমতা খঙবা ঙম্মক্তবরা ঠিকানা অদুদা চৎলুবদা?"

"ঙম্মক্তে ভাইজান, ফনা কন্না থিরুবনি অদুবু কনামতনা হায়বা ঙম্লক্তে ভাবীজীগী ৱা। য়ুমগী ঠিকানা পীরকপা ভাবীজীগী মরূপ অদুনা হায়রকই, ভাবীজী নুমিৎ খরনিদি লৈরম্মী, অদুবু চৎখ্রে।"

ট্যাক্সি লেপহল্লগা লমখাংদা কূমথহৌরে। ঐগী ব্যবহার অদুদা আফতাব ঙকপগুম তৌখি। তৌইগুম্বসুং করিমতা হৈনদবগুম তৌরম্মী। পৃথিবীগী মী পূম্নমকপু লমলানবা ঙাক্তা ওইনা খল্লকখি। ঐঙোন্দা অমুক্তদি খঙহনবা য়ারম্বনি

আফতাবনা চিঠি অসিগী বা। মফম অতৈদা লৈরম্লবসু চেল্লক্কুনা লাক্লমগদবনি মফম অসিদা অদুগা কোয়হন হন্দুনা থিরমগদবনি, ঐ থিদি থিরুইদনা। ঙস্বমখৈ হোৎনরুইদনা। ঐগী হোৎনবদা করিমতা অব্বাৎপা লৈখিদে। ইশাবু ভাব তাহন্নবা ফনা হোৎনরম্মী, তৌইগুম্বসুং হন্না হন্না ৱাহং অসিনা ঐবু চক চক থিল্লম্মী— 'আফতাবনা করিগী মশানা বা অসি ঐঙোন্দা হায়দোরক্ত্রিবনো?"

তৌইগুম্বসুং ঐনদি আফতাবতা বা পুম্মমক হায়দোকখ্রব্রা? ফনা য়াম্না মাঙোন্দা হায়খিদে। ঐনা মাঙোন্দা চিঠি ইখি হায়বসি ঐ আফতাবতা হায়দোকখিদে? চিঠি অদুগী পাউখুম ঐ ফংখিদে। মরমদি চিঠি ইখিবা মী অদুগী মফমদা ঐগী চিঠি অদো থুংখিদে। ডেদ-লেটর ওফিসতগী ঐ ইশানা ইখিবা চিঠি অদো নোংমা ঐঙোন্দা হল্লক্কুনা লাকখি। ঙসিসু মরক মরক্তা ইশানা ইবা চিঠি অদো পুথোক্কুনা পাই। ঙসিসু মহাক্না ইরকপা চিঠি অদো পানা পানা ঐগী চিঠি অদুগী বা নীংশিংলক্রি।

ইরুই, "করিগী অদুম হায়না নঙ হোসপিতালদগী চেনখ্রিবনো? বাখল তৌদুনা য়েংঙু, ঙসি ফাওবদা ঐনা নঙগী করি মাঙনবা তৌখ্রবা। অরেম্বদা নশাগী পুন্সি অদো মাঙহল্লি। ঐগা উন্নবা লাকপা ওইরম্লগদি করিগীনো চেনখ্রিবা। নঙগী নফমদগী ঐ করিমতা পামদে। বা অমত্তংদি হায়গে, নশাগী নপুন্সি অদো অদুম হায়না শেদ্রাক-নাদ্রাক শাহনবদি তৌগনু। করিগুম্বা অমত্তসু অব্বাৎপা লৈতে নঙগী। অদুবু করিগীনো অঙাওবীদৌনা পংচত্তা চৎলিবা। করিবু থিরিগে? অদুম তৌদুনবু শান্তি ফংগদ্রা? অমুক্তা হোৎনদুনা য়েংঙু, ঐ থাজে, নঙ ঙমগনি। ঐগী বা কাউথোকখ্রো, অতৈমক নৎত্রবসু অনুপমগী স্মৃতিবু নীংশিংদুনা নপুন্সি অদো হোংননবা লাক্নৌ। নীংশিংলি দিল্লী ষ্টেসনদা অহিঙ নোংয়াইদা নঙোন্দা বাশকখি, নঙগী বারী লৌদুনা ইগনি। তৌইগুম্বসুং কদায় নঙদি, কদায়দা নঙবু থিরুগনি। হায়য়ু করিনো ইগদবা? নঙগী পুন্সিদা মরাং হৌরিবা অদুগী মরম ঐসু খরা ওইরম্বা য়াই। নঙগা অমুক্তংদি উন্ননিংবনি অদুগী মতুংদা লাপ্না য়াম্না লাপ্না চথোকখিগে নঙগী পুন্সিদগী। নঙ নুংঙাইনা লৈরি হায়বসিমতংদি খঙনিংই।"

ঐনা ইখিবা চিঠি অদো ঙসি ঐঙোন্দা তাদুনা লৈরি। ইরুবা মী অদুগী করিগুম্বা লৈফম অমত্তা ঐ খঙদে। ফনা য়াম্না থিরুরবনি অদুবু পূন্নমক অরেম্বা ওইখি। তৌইগুম্বসুং অসুক নক্না লৈদুনসু লৈফম্নচিংবা পূন্নমক খঙদুনসু আফতাবনা মহাকপু ফংখিদ্রিবা করিগীনো?

"খঙবরা, অদুম হায়না ট্রেনদগী খংকুম কুমথরবা মতুংদা আফতাবকীদমক য়াম্না নুংঙাইরমদে। ফনা কুইনা খল্লম্মী ঐগী শাজৎ অদুগীদমক মহাক্না কৈদৌঙৈদসু ঐবু ঙাকপিরোই। কনানা খঙগনি করি খল্লকপা, চিঠি অমা খঙহৌদনা ইথোকখ্রে।

কলকাতাদা লাক্লম্মী। খঙই ঐগী থোঙ পুম্নমক থিংখ্রে হায়বা। ঐবু মরি-মতানি হায়না হায়বদা কিন্নরম্মী, অদুবু করিগীনো খঙদে কলকাতাদা লাক্লুনা কোলেজগী থায়নগী মরূপ সীতাগীদা চুমদ্রিং চৎলুই। নঙসু খঙবদাইদো মহাকপু, য়াম্না ফখ্রবা নুপীনি সীতা। ঐবু য়াম্না লুনা তৌই। হৌজিক ফাওবসু লুহোংদ্রি। লাইরিক-লাইশু য়াম্না তমদুনা হৌজিক কোলেজগী প্রোফেসার ওইরি। মহাক্কী ময়ুমদা থুংলুবা মতমদা ঐ য়াম্না কিরম্মী। করিগুম্বা সীতানা ঐবু শক খঙবা ঙমদ্রবদি। অতৈ অতৈ ময়াম্না তৌবা অদুগুম্না সীতাসু ঐগী ইমাঙমক্তদা থোঙ গম লাউনা লোনশিনখ্রবদি। অমুকসু খল্লম্মী হনখ্রসিরা। হনসু হল্লমগদবনি তৌইগুম্বসুং মদু য়াখিদ্রে। টেক্সি অমা লাক্লুনা লেপ্লরে, উরে লাইরিক ময়াম অমা পুদুনা সীতা কুমথরক্রি। ইনাক্তা চঙশিল্লক্লুনা মিনিট অমা ঐবু য়েংলগা কোয়লাউ লাউদুনা ঐবু কোনশিল্লে, "নঙ! করি মতৌনো! ইথা থাজদনা, করিমতা হায়রক্তনা, করিমতা পাউ পীরক্তনা। কদায়দা লৈরিবগে, করি তৌরিবগে? হাইমা, নশক অদুদি করি তৌরে!" অমুক্তদা অসুক য়াম্বা ৱাহং অসি হংদুনা সীতা মতোমতা নুংশাসোর থবেৎ থবেৎ হোল্লম্মী।

তৌইগুম্বসুং অঙকপা মতৌনি। ঐগী মরমদা সীতা লোইনা খঙলম্মী, তৌইগুম্বসুং নোংমতসু করিগুম্বা ৱা অমত্তা হংখিদে ঐঙোন্দা। নোং-নিনিদি থবক লৈ হায়শিন্নদুনা দুকানদগী হুইস্কী লৈরুদুনা লোন্না ঐগী কা অদুদা ফমদুনা থক্লম্মী। অদু ফাওবদা সীতানা ঐঙোন্দা করিমতা হায়রমদে। তৌইগুম্বসুং মদুগী মতুংদগীদি ঐ অমুক দুকানদা চৎপা তাখিদে। টেবল মথক্তা কনানো অমনা হুইস্কীগী লিক্লি থম্বীরম্মী। ইকায়বনা সীতাগী মমাঙদা থোকপা কিরম্মী। নুমিৎ অদো থাংজ ওইরমাল্লে। সীতানা নুমিদাংৱাইরম ময়ুমদা হল্লকপগা হায়রকই, "লাউ, ঙসিদি ঐসু নঙগা ফম্মিন্নগনি।"

হায়রম্মী, "সীতা নঙ? করিনো হায়রিবদুবু?"

সীতানা নোক্লদুনা খুশ্মকই, "করিগীদমক নঙনা হূরান হূরানদুনা থক্কদৌরিবনো। মদুসু ঐগী য়ুমদা।"

নীংথিনা খঙবা ঙল্লম্মী তৌরিবসি ঐগী ফিভম অসি লাইথোকহন্নবা লাক্লরিবনি। অসিসু খঙলম্মী, অতৈ য়াররোই। হন্দক্তি সীতাগী ময়ুমগী ফিদা অসিসু হুগৎপা তারে। অসুক য়াম্না লুনা, অসুক য়াম্না নুংশিনা তৌবিবগী মতীক চাদে ঐ অসি। নুমিৎ অদুমক্তদা লেপ্লে অতৈ য়াম্না কুইনা অমুক লৈবা য়াররোই সীতাগীদা। তৌইগুম্বসুং অশোয়বা অমদি তৌথোকখ্রে। মদুগী নুমিৎ খরনি মমাঙদা খঙহৌদনা ৱাখল অমা লাক্লুনা আফতাবতা চিঠি ইখি উন্নসি হায়দুনা ঠিকানাসু সীতাগী ময়ুমগী পীখি। ঐ খঙলম্মী ঐগী চিঠি ফংবগা আফতাব খুদক্তা চেল্লক্কনি। মহাক লাক্ত্রিবা ফাওবদি ঐ লৈখিবা তারি।

"নুমিদাং অদু সীতানা ঐঙোন্দা করি হায়বগে খঙব্রা? ঐ য়াম্না ফজনা নীংশিংলি। সীতাগী ময়ূমদা মদুনা ইহান-হানবা ওইনা নীংতম্না মহাক্কী মপানগী কাদা ফমদুনা ইফোং-ফোংনা ড্রিংক তৌবনি। হাইফেৎ হেনজিনখিমাল্লে। সীতানা ঐঙোন্নোমদা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী অদুগা মরক মরক্তা নোকমি নোকমি তৌরম্মী। হংলম্মী, "অদুম হায়না করিনো য়েংলিবদুবু? খল্লিব্রা কয়াতা লৈখা তানা কুমথখ্রবা ঐ অসি?"

"নত্তে, নঙ লোইরবরা? ঐ য়াম্না তূম্নিংলে।"

"ঙাইখোবা। হৌজিক্তা সন্ধ্যা ওইরি। নাইট ইজ ষ্টিল ইয়ং!"

মদুগী হেক মথংদা সীতানা ৱা অদো হায়রকই। "য়েংঙু, ঐদি ওম্থোক্কা কিরে নঙগী খনবদা!"

হংলম্মী, "কমদৌবা?"

"কয়া য়ামখ্রবা শেননো নঙগী, অদুগা নঙনা পূন্নমক অদু পাম্মুবা খঙদনা লংশেল্লি। নঙনা হায়বা য়াই, 'কৈদৌরুদগে অসুক য়াম্বা শেন'সিনা।' অদুবু শেনগী ৱা থমখ্রবসু নঙ অমুক্তসু খম্থদুনা য়েংলরোইদ্রা নঙনা নঙগী নপুন্সিবু লাইথিবী শান্নবদৌনা শান্নরিবসি?"

"পুন্সি অসিবু মহৌশা মহৌশাগী মওংদা লেল্লগা করি কান্নবগে সীতা," মায়থোং করিমতা মকথবা তৌদনা খুল্লম্মী।

"ঐনা কিবদি নঙ নোংমা লিলিয়ান রুথ ওইখিগদ্রা অসিনি।"

"ওইরোই, মদুদি ওইরোই। লিলিয়ান রুথতি হায়রম্বদাই, 'আই উইল ক্রাই টুমোরো।" ঐগীদি মদু নত্তে। ঐদি হায়গনি 'আই উইল ক্রাই এভরিডে। অদুতসু নত্তনা লিলিয়ন রুথতি হঞ্জিনবা ঙমখি। ঐদি হঞ্জিনবা ঙম্লোই সীতা।"

"করিগী, করিগী ঙম্লোইদৌরিবা?" ধমকা তৌদুনা হংলকই সীতানা।

"মরমদি ঐ হঞ্জিনবা পামদে। লিলিয়ান রুথকী অৱাংবা ৱাখল লৈরম্মী, আশা লৈরম্মী, চাউনীংবগী ৱাখল লৈরম্মী, অদুগী মথক্তা খ্বাইদগী অহেনবনা, মহাকপু কন্নবা অমদি নুং-শিনবা মী লৈরম্মী। ঐগীদি করিমতসু লৈতে। ইতুংদা, ইমাঙদা য়েংখিবদা ঐদি করিমতা উবা ফংদে। অদুনা ঐ হঞ্জিনবা পামদে।"

"নঙোন্দা হায়রবদি নঙ থাজরোই। অদুগী মতুংদা সীতা ৱা অমত্তা ঙাঙলমদে। মিৎকুপ খরতংগী ওইনা মমিৎ অনি অদো পিনা নীক নীক লাউরম্মী। অদুদগী হৌগত্তুনা চৎখি থংনরিবা কা অদুদা। 'চাক চারসি লাক্লো,' হায়না কৌরকই টেবলদা। পুন্না চামিন্নরম্মী ঐখোয় অনি তূমিন্না। মরক মরক্তা কাটা-চামচকী তেক-তাকতদি তারম্মী। ফজনা খঙবা ঙম্লম্মী ঐগী ৱা অদুদা সীতা নুংঙাইত্রে। পুক্নিংদা হাইফেৎ নীংঙমহৌদবা অমসু লাকখি, করিসু নত্তবদা মহাকপু নুংঙাইহন্দনবা তৌরুইদা। মহাক্না হায়রিবসি ঐগী ফন্নবনি, অদুবু করিগী মহাকপু মপুক্নিং নাহল্লুরিবা। সীতাতসু নত্তে, ঐবু মনাক্তা চিংশিনগে হায়না তৌরুবা মী খুদিংমকপু ঐনা অৱাবা পীখি,

মপূক্লিং নাহনখি। নঙ নশাগী বাসু খন্দুনা য়েংঙু। করিনো নঙনা তৌখিদবা ঐগীদমক। নঙনা তৌখিবা পুন্নমক ঐগী যননবনি, তৌইগুম্বসুং মদুগী মহুত্তা নঙোন্দা অবাবতনি পীখিবা। ঙসিসু চিঠি ইনা ইনা খল্লি, চিঠি অসি নঙনা ফংবা মতমদা নঙ থায়নগী বা পুন্নমক নীংশিংলক্কনি। ঐগী বা নীংশিংলকনি, অনুপমগী বা নীংশিংলকনি, অদুগা নীংশিংলুরগা নপূক্লিংদা নুংঙাইরোই। থম্মোয় শোক্কনি। নঙতা নত্তে আফতাবকী বাসু খন্দুনা য়েংঙু। অঙাং অদুনা কয়া শাথীনা নুংশিবা ঐবু। 'ভাবীজী' হায়বদা ঙাওরিবনি। মহাকপুসু অবাবা কয়া পীখিবা ঐনা। খন্দুনা য়েংঙুদনা, নুমিৎ অদো অদুম হায়না ট্রেনদগী খংকুম কুমদুনা লাক্লেদো। শোয়দনা মথবায় নুংঙাইরম্মোই মহাক। নঙোন্দা শোয়দনা হায়রমগনি।"

"নুমিদাং অদুমক্তদা আফতাবকী টেলিগ্রাম ফংলম্মী। মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা লাক্কনি। অহিঙ চুপ্পা তুম্বা ঙন্নমদে। করি হায়গনি মাঙোন্দা, করিগীদমক্তা মহাকপু কৌক্লরিবনো। করম্বা থৌনানা মহাক্কী মমাঙদা লেপকনি। কয়াতা লুনা তৌখ্রবা আফতাবনা ঐবু। খংতু-তুক্কচরক্লবদি ঐবু। পূক্লিংদা লেপ্লে মহাক্কা উন্নররোই। অমুক্কা হেন্না থম্মোয়দা অবাবা ফংবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মহাক্কা উন্নরবদি মাঙোন্দগী হেন্না ঐনা থম্মোয়দা অবাবা ফংলমগনি। নোং ঙাল্লমদাইদা সীতাগী কাদা চঙদুনা তুম্বদগী হৌদোক্লুরে। খঙহৌ-হৌগৎলকই সীতা। হায়রে, "সীতা ঐগী বা অমা ঙাক্কদ্রা? অতৈ কৈদৌঙৈদসু করিগুম্বা অমত্তা নঙোন্দা হায়রোই। ঐগী বা অমত্তংতদি ঙাকউ।"

"করিনোনে হায়রিবদুবু। নোং ঙাল্লমদাইসিদা হৌদোক্লুনা করম্বা শাথীনা লুরবা বানো নঙনা হায়বা তারিবসিবু?"

"নঙ হান্না হায়য়ু ঙাক্কদ্রা ঙাক্লোইদ্রা।"

"ওইথোক্তবা করিগুম্বা নৎত্রবদি শোয়দনা ঙাক্কনি।"

"ওইথোক্তদি নত্তে। ইচম চম্বা বানি।"

"ফরে ঙাক্কনি, হায়রো।"

"হয়েং অয়ুক ঐগা উন্নবা মী অমা লাক্কনি। ঐ অসিদা লৈতে, অসিতা হায়য়ু নঙ। নঙোন্দা বাহং জাৎ জাৎ তৌরকপা য়াই। অসিতা হায়য়ু, ঐ অসিদা লৈরম্মী, অদুবু ইখং খঙহৌদনা চৎখ্রে। কদায়দা চৎখিবা কনামতদা হায়রমদে। হায়য়ু, ঐগী বা অসি ঙাক্কদ্রা!"

"কয়ানি অসুম তৌদুনা মী কয়াগী মফমদগী কোয়চেন চেন্দুনা লৈখিগনি! নঙনা হায়রবনিনা হায়বা তারেদনা। অদুবু....।"

অতৈ করিমতা হায়খিদ্রে সীতা। মতৌ অমা ওইনা তুমিন্না চীং-লেমদুনা লৈখ্রে।

অয়ুক চুপ্পা থবায় অসি তীং তীং লাউরম্মী। লাক্লেদনা, আফতাব লাক্লে। তাঞ্জা অদো পুং তরামুক তারক্লে। ঐগী কা অদুগী থোঙনাউদগী শেংনা উরম্মী, ট্যাক্সিদগী কুমথরক্লি আফতাব। টক্ টক্ তৌদুনা চঙশিল্লক্লুনা বেল অদো খীংলরে, মায়থোংদা

নোকমি নোকমি। মখুত্তা চাউরবা লৈ চবুন অমা। নার্গিস লৈ অসি ঐনা য়াম্না পামই হায়বা মহাক খঙই, অদুনা লাকপদা নিউ মার্কেটতগী লৈদুনা পুরক্লিমাল্লে। কোলিং বেলগী মখোল তাবদা সীতানা ঐঙোন্দা অমুক্তংদি য়েংথোরকখি, অদুদগী হৌগৎলগা চৎখিদুনা থোঙ হাংদোক্লুনা লেপ্লুরে আফতাবকী মমাঙদা। ঙাইঙমদবগুম তৌরম্মী আফতাব। সীতাবু ইঙ্খোক্লুনা ইমুংদা চঙগদবগী তৌরম্মী। "ভাবীজী কাঁহা ? বোলিয়ে আফতাব আয়া হৈ।"

ঙক্লুনা সীতানা হংলম্মী, "করম্বা ভাবীজীনো ?"

"আরে হমারী ভাবীজী। আপ বোলিয়ে মৈ আয়া হুঁ।"

"ও তো নহী হৈ," মতিন য়োক্লুনা সীতানা হায়রম্মী।

"নহী হৈ। ক্যা মতলব ?"

"ইহা আয়ী থী জরুর। পর চলী গয়ী, পতা নহী কাঁহা।"

"আয়ী থী। চলী গয়ী ?"

"থোঙনাউদগী উরম্মী আফতাবকী মশক অদো। মিৎকুপ অমগী মনুংদা মায়থোং অদো মকশিল্লম্মী। সীতাগী বা মহাক থাজদ্রমাল্লে। সীতানা ইমুংদা চংঙ্লবা মতুং ফনা কুইবা ফাওবা লেপ্তুনা লৈরম্মী। অদুদগী মমায় লূকথদুনা তপ্না তপ্না চৎখ্রে! খরতং চৎলগা লৈগী চবুল অদো লংথোকখ্রে। তূমিন্না লেপ্তুনা লৈরম্মী ঐ থোঙনাউ মপানদা। করম্বা মতমদা সীতানা ইনাক্তা লাক্লুনা লেপ্লম্বা ঐ খঙহৌদে। ঐ ইশামক খঙলমদে ঐ কপ্নি হায়বা। সীতা করিমতা হায়রমদে। ঙাইহাক লৈরম্লগা মহাক কোলেজদা চৎখ্রে। ঐগী করি তৌফম থোকপা লেপ্পদা থোইনা মতম চঙলমদে। চিঠি মচা অমা ইদুনা থম্লম্মে। ইরম্মী, 'সীতা ঐবু ঙাকপীয়ু। নঙোন্দা অতৈ কৈদৌঙৈদসু য়েৎপা তৌররোই।' অসি নত্তনা অতৈ করি ইনিংঙাইবু লৈরম্বগে। অদুগা আফতাব! মদুনা ইরোই লোইবা উন্নবনি মহাক্কা। হৌজিকসু নীংশিংলি। মরক মরক্তা মহাক্কী মকথখিবা মায়থোংদো। নঙগদি শোয়দনা উন্নরমগনি আফতাবকা। নঙোন্দা লোইনা হায়রমগনি।"

নুমিদাং-ঋাইরম অমুক্কা লাকই ঐগী হোটেলগী কাদা। নোং ঙাল্লগা অয়ুক চৎখিগদৌরিবনি আফতাব। অমুক্কা মহফিল ফম্লে ঐখোয় অনি। ঙসি করিগুম্বা আফতাবনা লৈরম্লবদি ঐগী লাম্ব ফংবগী মনুংদা, অদু ওইরবদি হায়গদবনি, কয়াতা শাথীখ্রবা নমথাকনো তৌখিবদো। মহাক্কী ভাবীজীবু মনাক্তা ফংদুনসু ফংখিদে। মাঙোন্দা হায়গনি, মহাক্কী ভাবীজীনা থোঙনাউগী মিংশেনদা মহাকপু লাকপা অমদি চৎখিবা উহৌই, অদুগা মদুগী মতুংদা শাথীনা কপহৌই। হায়বা ঐ ঙমখিদে, মরমদি আফতাবকা ঐগা অতৈ অমুক উন্নখিদ্রে। উন্নবদি য়ারম্বনি, তৌইগুম্বসুং লাইবক্লা তমদবনা মদু ওইথোকখিদে।

অহিঙ ফনা থেঙলবা ফাওবা ঐখোয় অনি ফম্মিন্নরম্মী। শৈরেং কয়া তাহল্লম্মী

আফতাবনা, গজল কয়াসু শক্লম্মী। হৌগৎলমদাইদা হায়রকই, "ভাইজান, ঐ ভাবীজীবু শোয়দনা থিদুনা পুথোকনি। হন্দমুক্তি ঐ শোয়ররোই। হন্দক্তি পাউ হেক ফংবগা নঙোন্দা তাক্লকে অদুগা ঐখোয় অনি চৎমিন্নসি। কমদৌগে ফৎত্রবরা?"

"ফৈনে। লাক্লৌ।"

"নো। আই উইল সার্চ হার আউট, সম্ ডে সম্ হোয়ার।"

"বেষ্ট ওফ লক; অ্যাণ্ড গোডস্পীড আফতাব।"

"খুদা হাফিজ ভাইজান।" হাইরং হাইরং তৌদুনা থোকখি আফতাব। ফম্না কুইনা য়েংদুনা লৈহৌই মহাক্লা চৎখিবা অদো।

"সীতাগী ময়ূমদগী থোরকপগা অহানবদা খল্লকই কদায়দা চৎসিগে। নঙগী বা অমুক্লা নীংশিলম্মী। নঙনদি থাজদবা য়াই, তৌইগুম্বসুং তশেংবমক হায়রিবসিনি। পুক্লিংদা খল্লম্মী, নঙগী ননাক্তা চৎসিরা। কাইনথংদা করিমতা লেপ্পা ভমদদুনা চুমদ্রিং লাক্লে দিল্লীদা। দিল্লীদা লৈরম্মী মতম খরা । তৌইগুম্বসুং করিগীনো খঙদে করিমতা হৈনরমদে। অদুগী মতুংদা করিগীনো খঙদে নুমিৎ খরনি অনুপমগী বাতা নীংশিং- লম্মী। অনুপমবু নীংশিংলুবগা লোয়ন-লোয়ননা কাশ্মীরগী মচু মচুগী নুমিৎশিং অদো নীংশিংলম্মী। অতৈ অমুক খাঙবা ঙম্লক্তরে; নোং ভানবগা চৎলে শ্রীনগরদা।"

॥৯॥

***He said goodbye to no one***
***He bade farewell to none***
***The gates of heaven just opened***
***And a gentle voice said, "come."***

প্লেন অদো শ্রীনগরদা তাবগা অতোপ্পা নুমিৎ অমগী ম্বা নীংশিংলকখি। নোংমসু অসুম হায়না শ্রীনগর এয়ারপোর্টতা প্লেনদা ফল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং নুমিৎ অদুদি ঐ হুরানবদৌনা শ্রীনগরদগী লোন্না চেল্লম্মী। হৌজিকসু নীংশিংলি, নঙ চেনশিল্লক্লম্মী। নঙনা লাকপা মতমদা ঐগী প্লেন অদো টেক-ওফ তৌগে তৌগে তৌরে। মিৎকুপ অমত্তং থোঙনাউগী পর্দা অদো হাইদোক্লুনা নঙবু য়েংলম্মী। নঙদি ঐবু উবা ফংলমদমাল্লে। নঙবু হেক উবদা ঐ পর্দা অদো অমুক চিংশিল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং শ্রীনগরদা অমুক থুংলবা নুমিৎ অদুদদি ঐগীদমক কনাসু ঙাইদুনা লৈরমদে। খল্লকই, হেক্তা নীংলকপগা করিগীদমক লাক্লিবা অসিদা! করি নৈবগে ঐগী শ্রীনগরদা? ঐগী ফজরবা পৃথিবী অদো শ্রীনগর অসিমক্তদনি কায়দুনা পুংতোই-তোইখিবা অহিঙ অদুদা। নখোয়গী ভূস্বর্গ অসি ওইখি ঐঙোন্দা নরক। কনানা শক খঙবিগনি ঐবু মফম অসিদা। শক খঙবা কাঙবু অদুসু ঐবু উবদা মমায় লৈথোকখিবা য়াই। তৌইগুম্বসুং ঐগী নীংশিং কয়া তুংদুনা লৈরি শ্রীনগরদা। অনুপমগী স্মৃতি, নঙগী স্মৃতি, আফতাবকী স্মৃতি। ম্বাখল অসিনা লৈরিবমখৈদি স্মৃতিশিং অসিসু লৈখিগনি, অদুনা হন্না হন্না ঐসু লাকপা তাবা য়াই শ্রীনগরদা। ঙসি লোইনমক ঐঙোন্দগী লাপথোকখ্রে- অনুপম, নঙ, আফতাব। অনুপমদি ঙসি লাম্ব ফংবগী ম্বাংমদনি। নঙ অমদি আফতাবকসু অতৈ অমুক উন্নদবা য়াই। তৌইগুম্বসুং নখোয়গী স্মৃতি ঐগী ইফমদা কয়াতা থুমখ্রবা, কয়াতা নুংশিখ্রবা, মদুবু অমুক হায়ফম থোকপ্রা? অদুনা ঐগী স্মৃতিনা য়েৎশিন্দুনা লৈরিবা নখোয়গী স্মৃতি অদুনা ঐবু হন্না চিংশিন্দুনা পুরক্কনি শ্রীনগরদা। ঐ খঙই, শ্রীনগরদা চৎপা খুদিংগী ঐগী থম্মোয় কায়গনি, পুক্লিং নুংশিগনি, তৌইগুম্বসুং থম্মোয় কায়বা অমদি নুংশিবা অদুগী মনুংদসু ফংগনি মপান নাইদবা শান্তি অমসুং নুংঙাইবা।

"হোটেলগী রিসেপশনিষ্ট অদুনা ঐবু শক খঙবা ঙম্লম্মী। নঙনা লৈরিঙৈ মতমদা ঐ তোয়না লাকপদাইদো। হায়রম্মী, নিপালগুবা সুইট অদো ঐ পামই। নিপানগুবদা নৎত্রদো নঙনা লৈরম্বা? রিসেপশনিষ্ট অদুনা ঐবু ফনা কুইনা য়েংদুনা লৈরম্মী।

অদুদগী হায়রকই—

"হোবাট, এইট? এনি পার্টিকুলার রিজন?"

কনানা খঙবা করিগীনো খঙহৌদনা চিনদগী থোকখি, "ইয়েস, সেন্টিমেন্টাল রিজন্স এনি ওবজেক্সন?"

"নো ম্যাম, নো ম্যাম। সিয়োর ম্যাম, সিয়োর ম্যাম।"

নিপানশুবদা য়ৌবগা অহানবদা মিৎ অসি তারুরে টেলিফোন অদুদা। ঙাইহাক কাংদনা টেলিফোন অদুনা নঙবু কৌবদাইদো, নৎত্রা? মতম চায় চাদে খঙদনা নঙোন্দা ফোন তৌরম্মী। হৌজিকসু নীংশিংলি, টেলিফোন হেক থাঙৎপগা নখোন লূপ্পা নঙনা খুপ্লকপদাইদো, "ইয়েস"। কা অদো হাপ্নগী অদুম হায়না অদুম লৈরম্মী, নঙতনি লৈরমদবা। পোৎ-চৈ থম্লম্মগা মপান্দা থোরক্লে। নঙ থাজরোই। পূক্লিংদা খল্লকই, খ্বাইদগী কাচিন্দা লৈরিবা অবাংবা টুল অনিদুদা নঙগা আফতাবকা ফমদুনা লৈরিমাক্লে। ঙসিসু ফজনা নীংশিংলি। মফম অদুদতনি নঙনা ফম্বা। ঐ খঙলম্মী, ঐনা উরিবসি অরানবনি, অদুবু চেনশিল্লম্মী হৈনবী মতুং ইন্না কাচিন অদোমদা। লাউনা কৌবগুম তৌখি, "হ্যালো।" হেক নকশিনবগা মঙ অদো কায়খি। কাচিনগী টুল অদুদা মীরৈবাক্তগী লাকপা টুরিষ্ট অমা ফমদুনা লৈরম্মী। লেপখত্তুনা তরাম তরাম্না কৌরকই "হ্যালো দিয়ার। হ্যাভ এ ড্রিংক।" "আই অ্যাম সোরি" হায়দুনা ঐ হন্দোরকখি। অতোপ্পা মাইকৈ অমদা লাপ্না ফম্লুই। বারমেন অদুনা ইনাক্তা লাক্তুনা হংলে, "মেমসাহাব, শেরী, পোর্ট?

"নো, গিভ মি এ হুইস্কী ওন দ রোক্স।"

মমৈ-মকোক খঙদদুনা অহন ওইরবা বারম্যান অদুনা হায়রকই, "জী মেমসাব?" কন্না লাউহৎলম্মী "গিভ মি এ হুইস্কী ওন দ রোক্স।"

"ঠিক হৈ মেমসাব। এ হুইস্কী ওন দ রোক্স। এ হুইস্কী ওন দ রোক্স।" হায়র-হায়রদুনা বারম্যান অদুনা ঐগী গ্লাস পুশিল্লকই।

অদুগী মতুংগী বাদি লোইনা নীংশিংদ্রে। অয়ুক হৌগত্তুনা মপান্দা থোরকপদদি ময়াম্না ঐবু য়েংনবগুম তৌবম্মী। কনানা খঙবা নুমিদাং বারদা অদুম তুমথখিরম্বরা, নৎত্রগা অবাংবা টুল অদুদগী ওন্থখিরম্বরা। করিগুম্বা অমা তৌখি হায়বদুদি খঙবা ঙম্লকখি, থংনরিবা কা অদুদা লৈবা মীরৈবাক্তী টুরিষ্ট অদুনা ব্রেকফাষ্ট টেবলদা মমায় থন্না নোক্তুনা হায়রকপা মতম অদুদা, "গুড মোর্নিং। হাউ আর ইউ ফিলিং নাউ? ইউ ওয়ার সিক লাষ্ট নাইট। আই টুক ইউ টু ইয়োব রুম। টু মচ্ হুইস্কী! টু মচ্। টু ব্যাড।"

তৌইগুম্বসুং ঐদি কনাদা হায়রুগনি, শ্রীনগর অদুদা ঐসু অমুক্কা হন্না চৎলুই। শ্রীনগরদা ঐগীসু নুংশিরবা স্মৃতি কয়া তুংদুনা লৈরি। অনুপমগী স্মৃতি, আফতাবকী

স্মৃতি, মহাক্কী স্মৃতি। শ্রীনগরদা চৎপদগীনি ঐগী পুন্সি খোঙচৎকী লম্বী হোংখ্রিবসি। খোঙচৎ অদুদা শ্রীনগরদা চৎলমদ্রবদি ঐগী পুন্সি খোঙচৎ অসি অতোপ্পা মওং অমা ওইরম্বসু য়ারিবনি। মহাকপু হন্দুনা হন্দুনা থিবদা ইফংমক ফংজন্ত্রবদা নোংমদি নীংশিংলক্রে, শ্রীনগর পাংলে। এয়ারপোর্টতা নোংমা অমগী বা নীংশিলকখি। ঐগী ইমাংমক্তদা প্লেন অদো দিল্লী পাংখি। মিৎকুপ অমত্তং প্লেনগী খোঙনাউগী পর্দা অমা হাইদোক্লম্লগা অমুক হাইজিনখিরম্মী। নোংমা অমসু লাক্রম্মী শ্রীনগর এয়ারপোর্ট অসিদা। নুমিৎ অদুদা চৎলুবনা অনুপমবু থিন্দোকপনি। ঐগী মিৎ অনি অসি তনিক তনিক্লম্মী। নোক্ল-নোক্ল ঐবু কোনশিন্দুনা হায়রকখি, "ডোন্ট বি সিলি।" অদুদগী কাচিন অমদা ঐবু চিংশিল্লগা কোনশিন্দুনা হায়কখি। "চৎলে ব্রাদর, কৈদৌঙে হল্লককদবা খঙদে। হল্লক্তবসু য়াই। খঙ্ডিবদুনি ঐখোয়গী চাকরী। ভাই, লুক আফটর হার। মহাকপু খরা য়েংঙম্মু। য়াম্না অঙাং মচানি।" অনুপমগী মখুৎ অনি অদো পায়দুনা হায়খি, "শোয়দনা য়েংলমগনি। ডোন্ট বোদর। মহাক্কী করিমতা বারোই। ঐনা য়েংলমগনি।"

হোটেল হেক য়ৌবগা ফংলম্মী অহানবা চৈফ্ অদো। ঐ খঙই, তান চারুবা হায়বা পোৎশক অমা লৈ, তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা তান চারুবা অদুনা অদুক শাথীনা মীনুংশি খঙলম্মোই হায়বসি কৈদৌঙেদসু খল্লুদে। য়াম্না ফজনা খঙনবা হোটেলনি। হেক চঙবগা ঐবু পুন্নমক্লা শক খঙবা ঙম্লম্মী।

"গুড মোর্নিং, সার। আফ্টর এ লোং টাইম। সুইট নম্বর এইট?" হায়রকখি রিসেপ্শনিষ্ট অদুনা।

"ইয়েস, সুইট নম্বর এইট।"

"সিওর সার, সেন্টিমেন্টাল রিজন্স!"

অহানবদা খঙবা ঙম্লমদে বা অদুগী অর্থ। হৎলম্মী করিগীনো মহাক্লা বা অদো হায়রক্লিবা। নোকপনা ফর ফর হাইথদুনা রিসেপশনিষ্টনা খুম্লকখি, "ইউ আর লেট বাই বান ডে, সী লেফ্ট ইয়েষ্টারডে।" ঐ নোংমা থেংখ্রে। ঙরাং মহাক চৎখ্রে। পুক্লিংদা ফাওরকখি, রিসেপশনিষ্টকী কাউন্টার অদো ঐগী ইমাংদা হাইরিমাল্লে। মহাকপু কোইথি থিবদা চোকথরবা, বারবা, মহাকপু থিবদা মফম খুদিং শাৎলুরবা, অদুগুম্বা মহাক অদুবু অসুক নক্লা ফংলম্লগা অমুক মাঙহনখ্রবা। মদুসু নোংমতগীদমক। ফংলুরবা খুদোং চাবা অসি করিগুম্বা মতমদা অমুক ফংখিগদ্রা?

"ইয়েস, ফোর সেন্টিমেন্টাল রিজন্স," হায়রম্লগা শো অদো লৌদনা খাতাদা সোই তৌরম্মী। ঐগী ইথকমক্তদা তম্মাগুম্বা খুৎই— মহাক্কী সোই। কাদা চঙদুনা ঙাইহাক তুমিন্না ফম্লুরে। টেলিফোন অদোমদা য়েংশিল্লুরে। নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্তা টেলিফোন অদো খিঙলকখিবনি। পিক্লবা যন্ত্রগী মখোলগুম ফাওরকখিবনি মহাক্কী

খোঞ্জেল, "করি তৌবিরিবগে? লেংঙকউবা ঐখোয়গী অসিদা।"

কেরিডোর ফাওদুনা চুমদ্রিং চৎলম্মী বারদা। ঐগী কাচিনগী টুল অদুদা উরে, ফমদুনা লৈরি মীরৈবাক্কী টুরিষ্ট অমা। মহাক্কী মনাক্কী টুল অদুনা আফতাবকী ফম্ফমনি। তুমিন্না মদুদা চঙদুনা ফম্লুরে। "হ্যাভ এ ড্রিংক" হায়দুনা মরূপ-মপাং ওইবগী ভাব উৎলকই মীরৈবাক্কী টুরিষ্ট অদুনা। অহন ওইরবা বারম্যান অদুনা শক খঙলদুনা হংলকই, "হুইস্কী, সোডা?" হায়রম্মী, "ইয়েস, হুইস্কী, সোডা।" নোক্ল-নোক্লদুনা থংননা ফল্লিবা সাহেব অদুনা হংলকই, "নো হুইস্কী ওন দ রোক্স! দ লেডী হ্যাড টু মেনী ওফ দেম অ্যাণ্ড ফেল সিক।" খঙবদা অতৈ অমুক বারমদে। ফনা কুইনা ফল্লম্মী বারদা। ইমাঙদা সাহেব অদো বেদ্রেং বেদ্রেং তৌরম্মী। ঐগী কা অদোমদা খোঙ থাংলকপা মতমদা নোক্লুনা হায়রকই, "আই সী, দি সেম সুইট নম্বর এইট?"

"তশেংনা হায়বা তারবদা, হোটেল অদুদা ইহৈ হৈনরমদে। নুংথিল অদো মথং মথং পূংশীং কয়া মপান্দা কোয়চৎ চৎলম্মী। দাল লেক, শালীমার, নিশাৎ চশমসাহী— কোয়না কোয়না মহাক্কী বা-তা নীংশিংলম্মী। নঙগা লোয়নদুননি কোয়খিবা মফমশিং অসিদা। নঙ খঙবরা, অহন ওইরবা হাউস-বোটকী মপু গুলাম রসুল হৌজিকসু হিংলি? মহাক্কী ফজখ্রবা হাউস-বোট অদো হৌজিকসু লৈরি। করিনো মমিং অদুবু হাউস-বোট অদুগী। হোয় নীংশিংলক্লে 'গার্ডেন ওফ অল্লাহ'। চৎলুই মহাক্কী হাউস বোটতা। করি হায়রকপগে খঙব্রা? নোকমি নোকমি তৌদুনা মহাক্লা হংলকই, 'সাহাব কাঁহা হৈ, মেমসহাব?' নুপা অদুনা লান্না খনবা অমা লৈরম্মী। করিমতা খুন্নমদে মহাক্লা হংলকপদুগী। করি হায়না খুমগদগে হায়য়ু, ঐবু খঙবরনে নঙনা কদায়দা লৈরিবা?

"নুংথিলগী মতমদা পুক্লিংদা খল্লকখি, ঐবু করিনো অমনা চিংলি। অঙকপনি লীচিং অদো। ইশাগী লৈজবা পাঙ্গল পুন্নমক থাদুনা শকখঙদবা উদবা লীচিং অদুবু ঙাকথোক্লবা লাক্লরম্মী, তৌইগুম্বসুং ঙল্লমদে। করম্বা মতমদা য়ুম অদুগী মমাঙদা লেপ্লম্বনো খঙলমদে। গেট অদুগী ৱাংমদা লেপ্লম্মী ফনা কুইনা। খঙবরা, পুন্নমক অদুম হায়না অদুম লৈরম্মী। হৌজিক ফাওবসু নীংশিংলি গেটকী ৱাংমা অসিদনি য়ান্দুনা লৈরম্বা নেম প্লেট অদু— 'মেজর এ ব্যানার্জি'। কনাগুম্বনা বোর্ড অদো লংশেকপিখ্রমাল্লে। তপ্না তপ্না অঙাংবা সুরকি চনবা লম্বী অদুদা চঙদুনা মাঙগী মাঙ্গোল অদুগী মনাক য়ৌরম্মী। অহানবদা হাইফেৎ ঙক্লম্মী। মাঙ্গোল অদুদা উরে, অঙাংমচা খরা শান্নরি। কয়াতা ফজখ্রবা, করি হায়না হায়গনি। ফনা কুইনা য়েংদুনা লৈরম্মী মখোয়গী শান্নবা অমসুং হরাওবা অদো। কদায়দনো নুংঙাইতবা অমসু ফাওরকপগুম তৌরকই। মিৎকুপ অমত্তংগী ওইনা খল্লকই, ঐবু করিমতা ফংদ্রমাল্লে। ঐগী করিগুম্বা খরা মাঙখ্রবরা? ঐবু করিগুম্বা খরদগী নাম্থোকহৌরব্রা? ইশাবু

চেকশিনহনবা কুইহৌদে। ঐদি পোৎ পুন্নমক্তগী নাম্থোকহৌরবনি। ঐদি পুন্নমক মাঙহনখ্রবনি। ঐদি করিমতা ফংহৌদ্রবনি। তৌইগুম্বসুং খঙব্রা য়াম্না নুংঙাইরম্মী। ঐগী নীংশিং কয়ানা তুংদুনা লৈরিবা য়ুম অসিদা অতৈ অতোপ্পা মী লৈরমগনি হায়বসি ঐ কল্পনা ফাওবা তৌবা ঙম্লমদে। অদুগী মহুত্তা অসিনা য়ামনা ফগ্রে— কিণ্ডারগার্টেনগী অঙাং মচা শঙ্কু অমনা নোক-খেদুন। শান্ন-খোৎনদুনা স্বর্গগী নুংঙাইবনা থলহন্দুনা থম্লি য়ুম অসিবু।

"কয়া কুইনা লেপ্তুনা লৈরমগদবা খঙদে। মঙ অদো কায়খি স্কুলগী মাদর অদুনা ঐগী ইনাক্তা লেপ্লবা মতমদা, 'হোৱাট ক্যান আই ডু ফোর ইউ মাই ডিয়ার।' খুল্লম্মী, ঐ য়ুম অসিদা মতম কুইনা লৈজরম্মী অদুনা য়ুম অসি অমুক্তং য়েংবা লাকচবনি। মহাক্না য়াবিরবদি য়ুম অদু অমুক্তং কোয়দুনা য়েংজগে হায়রে। 'প্লিজ প্লিজ' হায়দুনা মাদর অদুনা ঐবু লমজিংদুনা কা খুদিংমক্তা পুবিরম্মী। হৌখ্রবা মতমশিং অদুগী নীংশিং খুদম অমত্তা লৈরমদ্রে, অদুবু খল্লম্মী লোইনমক লৈরিমাগ্লে। ৱাখল অসিদা পংখত্তা খল্লম্মী, থংনরিবা কা অসিদা অনুপম লৈরি অদুগা কৌরি, 'অমুক্তা ইনাক্তা চংঙকউবা। অরুবা ৱা অমা লৈ।' পংখত্তা খল্লম্মী, নঙ, আফতাব অদুগা অনুপম ৱা ৱা লাউনা লৈরি। নহাক্কী পূক্লিং শুন্মৎপা মীনোক অদুগা আফতাবকী থৱাই তাজবা 'ভাইজান, ৱান ফোর দ রোড।' নাকোংদা হুমদুনা পুরক্লম্মী মহাক্কী গজলগী সুর। থম্মোয় অসি চিংখাইনা কপ্লিংলম্মী। ঐখোয়গী কাচিনগী কা অদো নঙ নীংশিংলিব্রা? মদুগী নোংপোকলোমদা লৈবা থোঙনাউ অদো হাংদোকপগা দাল লেক উবদো। কা অদু য়ৌবগা ঐ খংলেপ লেপ্লম্মী। অঙকপা অয়িংবা অমা লৈরম্মী কা অদুদা। পিক্লবা চ্যাপেল অমা লৈরম্লে কা অদুদা। ফক্লাংগা তাইননা লৈরি ক্রোশতা য়েশিল্লবা ভগবান যীশুগী মূর্তি। নাকল অনিদা মুশি মুশি ঙাল্লি মোমবর্তী অনিখক। মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। কয়া কুইনা লৈরমগদবা খঙদে। 'কম চাইল্ড' হায়দুনা মাদরনা লেংবান্দা মখুৎ থম্লকই। কাইনথংদা য়ৌরে অনুপমগা ঐগগী কা। অতৈ লৈবা ঙম্মক্রে। পংকপ্তা কপ্লে।"

ঐসু অয়ুক চুপ্পা কোয়চৎ চৎলুই। ঐসু চৎলুই গুলাম রসুলগী হাউস-বোট গার্ডেন ওফ অল্লাদা। রসুলনা ঐবুসু খঙবা ঙম্লম্মী। নোক্তুনা হায়রকই, "মেমসাহাব নহী আয়া, সাহাব?" রসুলগী অরানবা ৱাখল অদো কায়রমদ্রি। ঐসু মাঙোন্দা করিমতা হায়রমদে। লৈরিবা হায়নবগীসু করিমতা লৈরমদে ঐঙোন্দা। রসুলদা করম হায়না হায়গনি, মহাকতো কদায়দা লৈরিবা। ঐ ইশামকসু খঙদে মহাকতো কদায়দা লৈরিবা, রসুলদা করম হায়না হায়গনি। নুংথিল অদো ঐসু চৎলুই য়ুম অদোমদা। নেম-প্লেট অদো ঐসু উরক্তে। ঐসু উরকই অঙাং শঙ্কু অমনা শান্নদুনা লৈবা। ঐগী ইনাক্তসু লাক্তুনা স্কুলগী মাদরনা হায়রকখি, "হোৱাট ক্যান আই ডু ফোর ইউ?" মাদরদা হায়রম্মী, য়ুম অসি ঐ খঙই। মফম অসিদা য়াম্না তোয়না লাক্লম্মী। হাইফেৎ ঙকখি

মাদর। "ষ্ট্রেঞ্জ! এ লেডী কেম ইয়েষ্টারডে অ্যাণ্ড সেড দ সেম থিং।"

ৰা পূন্নমক ঐ নীংশিংলক্লে। নোংপোকলোমদা লৈবা থোঙনাউ হেক হাং-দোকপগা দাল লেক উবা কা অদুদা ঐসু চঙলুই, ঐসু উরম্মী চ্যাপেল মনুংদা ক্রোসতা য়েশিল্লিবা যীশুগী মূর্তি। ঐসু কপ্লিংলম্মী। তৌইগুম্বসুং কপ্পদি ঙম্লমদে। ঐগী মিৎ পিনা থুম্লাৎলম্মী, তৌইগুম্বসুং ঐ খোন থোক্লা কপ্পদি ঙম্লমদে। গেটলোমদা ঐ চেম্ব্রোরক্তুনা লাকখি। তুংলোমদা মাদরনা হায়হৌই, "গোড ব্লেস ইউ," অদুগা অঙাংমচাশিং অদুনা পূল্লপ পুন্না খুবাক খুদুনা হায়হৌই, "টা-টা বাই-বাই।"

"তৌইগুম্বসুং ঐঙোন্দা খ্বাইদগী লুনা থোক্লম্বদি ক্লবতা চৎপনি। নঙ শোয়দনা নীংশিংলিগনি মচু শঙলবা নুমিদাংৰাইরম কয়া ঐখোয়না লেনখিবা ক্লবতা। অদুগা নঙ নীংশিংলিবরা, নঙগা ইহান হানবা ওইনা ৰারী শান্নখিবদো ক্লবকী অনৌবা চহী ওকপগী গ্রাঙবোল-দা। ঙসি মরক মরক্তা খল্লকই, নুমিৎ অদো ৰারী শান্নরমদ্রবসু ফরমগদবনি। অদু ওইরম্লবদি ঐখোয় কনামতসু অসুক য়াম্না অৰাবা ফংলম্মোই; অসুক শাথীনা থম্মোয় কায়রম্লোই। ঐগী ৰা তোক্লবসু নঙগীদি অসুম হায়না ওইরম্লোই। করিগীনো নুমিৎ অদো নঙনা ঐগী ইমাঙদা 'মে আই হ্যাভ দ ওনার' হায়দুনা লেপ্লখিবা? অদুগা অহিঙ অদুগী ৰা? অহিঙ অদুদনি ঐগী লৈজবা পুন্নমক পুংলোই লোইখিবা। ঙসি অদুঙৈগী ৰা অদো ইবদা ঐ ইতোমতনা ইতোমতবু লাকশিনবা ঙমজদে। ঙসি মতম অদুগী ৰা অদু নীংশিংদুনা নীংঙমদবা নৎত্রগা ৰাবা চুমদমাল্লে খল্লি তৌইগুম্বসুং করিদি তৌগনি হায়য়ু। খন্দবসু ঙমদে। নঙোন্দা ইনা ইনা পি খাম্বা য়াদ্রিবসিনি। পংকপ্তা কপ্তুনা চিঠি অসিসু পিনা পুংচোৎ চোৎখ্রে। নঙনা পাবদা ৰাবসু য়াই। পূক্লিং অসি কল্লা ফাজিন্দুনা নুমিৎ অদো অমুক্কা ক্লবতা চৎলুই। খঙনদবা মায়থোং ঙাক্তা। থায়নগী মীশিংগী মনুংদা উবা হায়ববু কর্ণেল সিংতনি। ঐবু হেক উবদা ঙক্লম্মী। ঐসু খজিক-খরাক্তা ঙক্লম্বা নত্তে। বারম্যান তাম্পিসু লৈরম্মী। মহাকসু ঐবু খঙবা ঙম্লম্মী। কনামতগসু ৰা ঙাংনরমদে। মাইকে মরি কোয়চৎ চৎলুরগা হল্লকখি হোটেলদা। মথংগী নুমিত্তা বারমুলাদা চৎলুই। নোংমসু নঙগা চৎমিন্নরুই বারমূলাদা ।নীংশিংলিব্রা প্রেজেন্টশন কনভেন্টকী অতেক-অকায় মমাঙদা লেপ্তুনা সিষ্টার টেরিসেলিনীগী মপুক্সি কখোকপগী ৰারী, নঙোন্দগী তাবদা কিদুনা ঐনা তু খ্যাউ চুংখিবদো? করিগীনো খঙদে, নুমিৎ অদো বারমূলাদা অমুক্কা চৎলুবদা লাপ্লবা স্পেনগী লম্বোইবী অদুগী ৰা হান্না হন্না নীংশিংলম্মী। মী অতৈনা লাইফমদা চৎনবগুম্না ঐসু নুমিৎ খরনি শ্রীনগরদা লৈদুনা ঐগী, নঙগী, অনুপমগী অমসুং আফতাবকী নীংশিংবনা থল্লবা মফমশিং অদুদা কোয়র-কোয়রদুনা নীংশিং-পোৎলুম অমুক্কা হেঙ্গৎহন্দুনা মথংগী নুমিৎ অদুমক্তদা দিল্লী পাংলকখি।"

ঐ থুংলুবা মতম অদুদা ক্লবতা কোয়লাং লাংঙম্মী। অনৌবা শকখঙদবা মায়খোং কয়া ঐসু উরকই। শক খঙবা কাঙবু অদুনা পুল্লপ পুন্না ৱা ৱা তৌরকই। ঐসু হন্না হন্না নীংশিংলকই, ক্লব অসিগী নুমিদাংৱাইরম অনিগী ৱা। নীংশিংলি হৌজিকসু অহানবা ডান্সকী সুরগী পরেং খরা অদো, 'আই উইশ উই ডিড্ নোট হ্যাভ টু সে গুডনাইট।' নোকপ-খেবগী ঈফূৎ চেলহন্দুনা ময়াম্না ওকখিবদো অনৌবা চহীবু। নোংমা অমসু মৈঙান্না পুমঙান ঙাল্লম্মী ক্লবকী হোল অদো। হরাও-মখেগী ঈথক-ইপোম হৌরবা নুমিদাং-ৱাইবম অদুগী মথংদা লাকখি অমঙ্গলগী মশক ওইরবা তমথীরবা নুমিদাং অদো। কোযলাং লাংবা ময়াম অদুগী মরক্তা নুমিৎ অদুসু ক্লবতা চৎলুবা মতমদা পুক্নিংদা ফাওরকখি করিনো ইচা চানদবগুম্বা অমা, করিনো ইকায়-কায়বগুম্বা সুব অমা। ঐঙোন্দা পুন্নমক অদো হরাওবা হৈতবগুম থোক্লম্মী। অতৈগীবুদি করিসু খনবগী ৱা নত্তে। তাম্পিগী খ্বাঙ অদো খরা হেন্না েশনথরম্লে। তুমিন্না চংঙক্কুনা ইমাঙদা সলাম তৌরগা গ্লাস থল্লমদুনা চৎখি। তৌইগুম্বসুং ঐস্য হন্দুনা লাকপা তৌরমদে। তাম্পিনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী, মদুগী নোংমা মমাঙদা মহাক লাক্লম্মী। মথং মথং পুংশীং কয়া কাচিন অমদা ঐ ফমদুনা লৈরম্মী। হৌগৎকে ইখন খল্লমদে। শ্রীনগরগী অচৌ-অশাংগী ক্লব অদুদা ঐ অমুক হন্না চত্তবসু সাই। ঐগী পুন্সিগী হিসাবকী খাতা হৌখিবা নোংমা নুমিদাংৱাইরম ক্লব অসিদনি। হিসাব ঙসি ফাওবা চপ চানা শেংদ্রি। করম্বা মতমদা শেংগদবা কন্নানা খঙবা।

"বার বন্ধ করনা হৈ" হায়দুনা কিরপ তৌনা তাম্পিনা লেপ্লে। "থ্যাঙ্ক ইউ, তাম্পি" হায়রম্নগা চুমদ্রিং ক্লবতগী হোটেলদা হল্লক্লম্মী। কোরিডোরদা অমুক হন্না সাহেবকা থেংনরে। নেশাদা জ্ঞান মাঙদুনা ঐগী লেংবান্দা মখূৎ থমদুনা হায়রকই, "ও সুইট নম্বর এইট ? এ ভেরী লেট নাইট। বট্ লেডী হ্যাড টু মেনি ওন দ রোক্স।" হায়রগা ফাক ফাক লাউনা শাথীনা কন্না নোকখৎলকখি।

লাইচন্না চেনবদৌনা মথংগী নুমিত্তা ঐসু চত্তুনা লেপ্লম্মী তেক-কাযববা বারমূলাগী প্রেসেন্টেশন কনভেন্টকী মমাঙদা। অদুগা মথংগী নুমিৎ অদুমক্তদা ঐসু হল্লক্লম্মী। ঙসি অসুক কুইরবা মতুংদা শাংলবা চিঠি অসি ফংদুনা খনবদা ঙক্তবা ঙমদে, ঐনা তত্তনা থিরকপা মী অদু মতম খুদিংমক্তা ঐগী ইনাক্তা কয়া নক্না লৈরমখ্রবা, অদুবু ঐনা মহাকপু ফংবদি ইঙম ঙমখিদে।

"ঐগী শেন য়াম্না লৈ হাযদুনা সীতানা নোংমা ঐঙোন্দা হায়খি। তশেংবমক্তি ঐগী শেন য়াম্না লৈরম্মী। তৌইগুম্বসুং পাম্মুবা খঙদনা শেন অদো ঐনা লংথোক্লম্মী। দিল্লীদা হন্দুনা লাক্লবা ফাওবদা করিমতা হৈনরমদে। মতম খুদিংমক্তা খল্লকখি, চেল্লসিরা! নিযম নাইদবা অমদি মখোং-মরম নাইদবগী ঈচেলদা অমুক্তা ইশাবু তাউথহল্লম্মী। নোংমদি উবে, ঐগী শেন অমদি ঐ অনিমক লোইশিনখ্রে। কয়াতা

ঙকখ্রবনো, খন্দুনা য়েংঙু, শেন লৈরিঙৈ মতম অদুদা করিমতা তৌরমদে। তৌইগুম্বসুং শেন লোইশিনখ্রবা মতম অসিদদি ঐগী হকচাংসু তেকথরক্রে। ইখঙ খঙহৌদনা কোক ঙাওদুনা জ্ঞান মাঙদুনা হায়ইথরম্মী। ঐ য়াম্না ফজনা নীংশিংলি নুমিৎ অদুগী বা। রাখল অসি লেপ্লম্মী, নুমিৎ অদুমক্তদা দিল্লী থাদোক্তুনা চৎখ্রগে। অতৈ কৈদৌঙৈদসু অমুক হন্না দিল্লীদা লাক্লরোই। ঐগী ইমাঙমক্তদা পোৎ পুন্নমক য়োম্থোকপা য়েংলম্মী। খল্লম্মী অরৈবা পুন্নমক য়োম্থোক্লগা খরা ফংবা অদু পুরগা চৎখ্রগে। কদায়দা চৎকদবা মদুসু খঙলমদে। চৎকনি হায়বসিতনি লেপ্লম্বা। য়ুমগী কাচিন অমদা ফমদুনা নুমিৎ অদো ঙমখৈ পুন্নমক লাম্থোক্তুনা ইশাবু ঈরাক্লহল্লম্মী হুইস্কীদা। ঐগী ড্রেসিং টেবল অদো লৌবা লাকপা মতমদা ঐ খাঙবা ঙম্লক্তরে। হাইরং হাইরং তৌদুনা লেপ্লুই মিংশেন অদুগী মমাঙদা। নোক্কে লাক্লরম্মী, নোকপদি ঙম্লমদে। কয়ারক হন্না মিংশেন অদুগী মমাঙদা লেপখ্রবনি, নোকখ্রবনি অদুগা খজাইদা 'ডিম্পল'। ঐগী ডিম্পলদি ফনা কুইরবনি মাঙখিবা। মিংশেনদা ইশাগী শকফম উবদা ইশামক কিবনা খংলম্মী। মসিদি ঐ নত্তে। মসিদি অতোপ্পা অমনি, মসিগা ঐগা করিমতা মান্নদে। মিৎ মপানদা অমুবা কারে। খজাইদা ডিম্পল অনিগী মফমদা মশীং লাকঙমদবা মুসুক-মুবা মফুৎ মফুৎ, অদুগা দাগ। ইশাবু ফাজিনবা ঙম্লমদে। গ্লাস অদো লংদুনা থারম্মী মিংশেন মথক্তা। মিৎ অসি মমশিল্লম্মী অদুগা কোক অসি ঙাওদুনা জ্ঞান মাঙদুনা হাইথরম্মী। কদায়দনো খাঙ্‌ঙমদ্রবা চৈনাখোল অমা ফাওরম্মী। মিরুম ময়াম অমা ঐগা ইমাঙদা লাক্তুনা লেপ্লম্বগুম তৌরম্মী। মায়থোং খরদি খঙগুম-লাক্লুম তৌরম্মী- অনুপম, নঙ, আফতাব, সীতা, নিরুপম, বুবু, তাম্পি, মীরৈবাক্তগী লাকপা টুরিষ্ট অদো, কিণ্ডার্‌গার্টেন স্কুলগী মাদর। অদুগা মায়থোং অমসু উরম্মী। চপ-চানা খঙবা ঙম্লমদে। ওইরম্বসু য়াই সিষ্টর টেরিসেলিনী। কনানা খঙবা। নোংমতসু উখিবা নত্তে। অদুদগী করিমতা নীংশিংদ্রে। ঈ খবুম অমা য়াদগী লৈবাক্তা শিন্থখিবগুম তৌখি। শ্যাম্পেন ওইরমাল্লে খল্লুই।"

||১০||

**"And Alien tears will fill for him**
**Pity's long broken urn,**
**For his mourners will be outcast men**
**And outcasts always mourn".**

"ঐবু য়াম্না থিরমগনি, নৎত্রা? ঐ খঙই, নঙনা ঐবু শোয়দনা থিরমগনি। নঙ নত্তনা অতৈ কনাগুম্বা অমনা ঐগী ৱাখল তৌগনি, ঐগী চিন্তা তৌগনি হায়বসি ঐ ইশামক্তা খনবা নৎত্রগা চিন্তা তৌবা ঙম্লমদে। অদুবু করিগীনো হায়য়ু! মতম অয়াম্বদা খল্লম্মী, হৌজিকসু মরক মরক্তা খল্লি, নঙ অসি ঐগী কনানো, অদুগা ঐ অসিনা নঙগী কনানো! অদুবু ফনা খন্দুনসু মমৈ-মকোক করিমতা থিবা ফংদ্রি! ফরে, তশেংনা হায়য়ু; নঙবু কৈদৌঙৈদসু খল্লুব্রা, ঐ অসি নঙগী কনানো, অদুগা নঙ অসিনা ঐগী কনানো। ঐ খঙই, নঙ খল্লম্মোই। খনবা ঙমদবনি নঙ। নঙগী চিন্তা হায়ববু ঐবুতনি নৎত্রা? নশাগীদমক খল্লবা মতম নঙগী লৈতে। লম্মৈ-থানবীগী মতুং কোয়ইন ইন্নদুনা লেলহনখ্রে নপুক্সি অদো। তৌবগীদি লম্মৈ-থানবীগী মতুং ইন্নবগী শৃম্মাৎপা অমদি লৈ, ময়াই অমদি লৈ, অতৈমক নৎত্রগসু 'করিসু নত্তবা' অমগী মতুংদা ইন্নবগী ইচম-চম্বা মনুংঙাই অমা লৈ। তৌইগুম্বসুং নঙোন্দদি করিগুম্বা শুম্মাৎপা নৎত্রগা ময়াই অমত্তা লৈরমদে ঐগীদমক্তা। অতৈ কনাগুম্বা অমত্তনা খঙদ্রবসু ঐদি খঙই মীনুংশি খঙদবা থম্মোয় কায়হনবা অওইবা অসি। তৌইগুম্বসুং অদু ওইরবা ফাওবদা করিগীদমক্তা ঐবু নঙনা অদুক কন্না থিরিবনো। অদুগা থিবা খুদিংগী নৎত্রগা থিবদা ফংঙুবা খুদিংগী ঐ অসি অমুক্তা হন্না মাঙখিরম্মী, করিগুম্বা মতমদা অসিগুম্বা শান্তি লৈত্রবা, লৈবাকমচা তাদ্রবা, মীনুংশি খঙদ্রবা পৃথিবী অসিগী মী লাখ লাখকী ক্রিক ক্রিক ঈন্নবা মরক্তা, করিগুম্বা মতমদনা ইতোমতা।"

"ঙসি ঐ চিঠি ইন-ইনা পংকপ্তা কপ্লি। ঐগী মিৎকী পিনা চিঠি চোৎখ্রে। তোইগুম্বসুং করিগী কপ্লিবনো খঙবরা? ঐনা কপ্লিবসি ইশাগী ৱা খল্লুবদা নত্তে— নঙগী ৱা খল্লুবদনি। ঐগী দমক্তা নঙনা অৱাবা কয়া ফংখ্রবা, চোপ্পা কয়া নংখ্রবা, ইকায়বা কয়া খাঙবা তাখ্রবা, মদু খল্লুবদনি। অদুগা অমুক হেন্না কপ্পগী মরম্না অসিনি, নঙনা ঐবু অতৈ কৈদৌঙৈদসু থিররোই হায়বা ৱা অমা ঐনা নঙোন্দগী ঙসি লৌগদৌরি। ঙসি পুক্সিগী য়াচংলমদাই মতম অসিদা ঐ অসিগুম্বা মফম অমদা থুংলরে, অসিগুম্বা মফম অসিদা ঐবু কনাগুম্বনা থিররবদি ঐগী য়াইফদবতা ওইগনি।

ঐ খঙই নঙনা করিগুম্বা মতমদসু ঐগী য়াইফদবা থবক তৌরদি লায়রদুনা খনবা ফাওবা ঙম্লোই। অদুনা নঙগী অয়াবা ৱারোল নঙনা পীদ্রিঙেদা ঐ ফংলে হায়না লৌরগে। ঐবু অতৈ থিরনুকো। মসিগী খ্বাইদগী মরূ ওইবা মরম করিনো খঙব্রা? ঙসি ঐ ইশাবু ইশানা থিবা হৌরে। নঙনা থিবা লোইবা অদুগা ঐনা থিবা হৌবা। য়াম্না ঙক্লা থোক্লমগনি, নথব্রা? করি মাঙবগে? পুন্সি চুপ্পা ঐ অসি নঙোন্দা অঙকপা ওইদুনা লৈরক্লবনি, অদুগা নঙসু ঐগী ইফমদা মদুমক্কি ওইদুনা লাক্লিবা। অঙকপা অনিসিগী মরক্তা লৈজসনুনা অঙকপা অমগা। ঐগী কপকদবা পূন্নমক, অৱাবা পূন্নমক লোইখ্রে। অতৈ কপ্পরোই, অতৈ অৱাবা ফংলরোই। চিঠি অসিগা লোয়ননা ঐগী কপকদবা, অৱাবা, অনাবা, ৱাকৎ, পূন্নমক লোইশিল্লবনি। ঐ খঙই, নঙ কপকনি। তৌইগুম্বসুং নঙদি ঐগুম্না খোন থোক্লা কপ্পা ঙম্মোই। নঙদি তূমিন তূমিন কপ্পমগনি। নঙগী মীকপ ঐ কয়ারক উখ্রে। নঙগী নমিৎ অদো পিরাংনা থম্লক্কদবতনি।"

য়ারে হায়না ৱা পীবগী ৱাফম লাক্কে মী ঙসিদি, মরমদি ৱা পীবগী তাঞ্জা ফংখিদে ঐ। থা অনি মমাঙদা "ট্রেনদগী" ইরকপা চিঠি ফংলে। তৌইগুম্বসুং ঐনা ৱা পীবগীদমক মহাক ঙাইদুনা লৈরমদে। ঐনা য়ারে হায়না মহাক লৌখ্রে। ঐ মহাকপু অতৈ অমুক থিররোই। তৌইগুম্বসুং থা অনি অসি ঐনা মহাকপু হন্দুনা হন্দুনা থিবনি। আফতাবনসু মহাকপু থিবনি। হায়রম্মী, "আই উইল সার্চ হার আউট, সম ডে, সম হোয়ার।" অদুগা হায়রম্মী, ঐঙোন্দা পাউ পীরক্কনি। ঐঙোন্দা পাউ পীরকখি আফতাব। তৌইগুম্বসুং য়াম্না থেংলম্মী। ঙসি লোইনা নীংশিংলক্লে ঐ । নুমিৎ অদো লক্ষ্ণৌদা লৈরম্মী। ইথা থাজদনা আফতাবকী টেলিগ্রাম ফংলম্মী। "আই হ্যাভ ফাউণ্ড হার আউট। রাশ টু দেহলী কনফার্ম।" ঐঙোন্দা ৱা পীরম্বনি আফতাবনা, ঐখোয় অনি পুন্না চৎমিন্নগনি। অদুনা ইরক্লিবনি মহাকপু থিবা ফংলে হায়দুনা। থীন্দনা দিল্লী চৎলু অদুগা ঐবু খঙহল্লকউ। খুদক্তা টেলি তৌখি আফতাবতা ঐগী দিল্লীগী ঠিকানা পীদুনা, অদুগা ঐসু প্লেনদা খোঙশাল্লম্মী। ঐ খঙলম্মী, ঐনা খোঙশাল্লবদি আফতাবসু খোঙশাল্লক্কনি। অম্বালাদগী মোটরনা দিল্লীবু পূং কয়াগী লম্বীনো। দিল্লীদা থুংলুবা মতমদা সন্ধ্যা ওইনিং-ওইমাং ওইরে। শেম-শাদুনা ফমদুনা লৈরম্মী আফতাবকীদমক। মিনিট অমমম অদো খল্লম্মী যুগ অম-মম ওইরবোই। তৌইগুম্বসুং উন্নরগা করিনো ঐনা মাঙোন্দা হায়গদবা, অদুগা মহাক্লসু করিনো ঐঙোন্দা হায়গদৌরিবা। ইতোমতা অমম্বা কা মনুংদা ফমদুনা আফতাবপু ঙাইবদা সিগারেট মথং মথং লোইশিল্লম্মী। ৱাখলদা শাগৎলম্মী, অসুক কুইরবা মতুংদা উন্নবসিদা তৌগদৌরিবা মতৌ অদো। হায়রকপা য়াই ঐবু হেক উবদা, "হাইমা নঙ। অওইবরনে। করম হায়না ঐবু থিবা ফংঙক্লিবা? ঐবু নীংশিংলি হৌজিক ফাওবা অদুদি।"

"এরা, হেক্তো হায়রগা য়াবরনে।"

অয়িংবা, অচিকপা অদুগী মরক্তা টেলিফোন অদো শাথীনা কল্লা খীংলকই। চোংখত্তুনা টেলিফোন অদু থাঙ্গত্তুনা কল্লা লাউখৎলি, "ড্যাম ইউ আফতাব। হোয়ার ওয়্যার ইউ?"

য়াকখ্রবা তৌইগুম্বসুং শেংখ্রবা খোঞ্জেল অমনা খুল্লকই, "মেজর আফতাব ইজ ইন দ হোসপিতাল। সিরিয়াস কার অ্যাকসিডেন্ট। কম সুন।" খল্লুই আফতাবকী ফোননি। ফোন লাকপনা হোসপিতালদগী। য়াম্না থুনা দিল্লী য়ৌনবা লাক্লবদা কার অ্যাকসিডেন্ট তৌদুনা হোসপিতালদা আফতাব। পুক্লিং অসি থুক লাউখিদুনা খুত্তগী টেলিফোনগী রিসিভর তাখিবা খঙহৌদে। হোসপিতালদা থুংলুবা মতমদা আফতাবপু ওপরেশন থিয়েটরদা পুদুনা চৎলম্মী। চেনশিনখিদুনা স্ট্রেচার-ট্রোলী অদুগী মনাক্তা য়ৌরুই। মনাক্তা ট্রোলী অমসু চৎলম্মী। য়েংশিল্লুবগী থৌনা লৈরমদে। মায় লৈথোক্লুনা ওপরেশন থিয়েটার ফাওবা চৎলম্মী। চেনশিন্দুনা ডাক্তরগী মনাক্তা চঙলম্মী, কনামতনা করিমতা ঙাঙ্লমদে। পুং অমা মতুংদা ঐবু কনানো অমনা কৌদুনা ওপরেশন থিয়েটারদা পুশিনবগুম তৌরম্মী। মদুগী মতুং তাবদি ঐ করিমতা নীংশিংবা থোক্ত্রে। মতুংদা খঙবা ঙল্লম্মী জ্ঞান মাঙদুনা হাইথরুই হায়বা।

আফতাবতা কলকতাদা হায়খি, গোড্ স্পীদ অ্যাণ্ড গুডলক। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রম্মী, "খুদা হাফিজ ভাইজান।" অতৈ ব্না অমত্তা ঐঙোন্দা হায়রমদে আফতাব। মহাক্কী টেলিগ্রাম ফংদুনা চেল্লকপনি মহাকপু থিবা। মহাক কদায়দা লৈরিবা হায়বদুদি আফতাবনা ঐঙোন্দা হায়রমদে। ঙসি ঐনা শোকপ-লাম্ব ফংবগী বাংমদা লৈখ্রে আফতাব। ঐগী পুন্সিদা নীংশিংবা য়াবা নুমিৎ খরনিগী মনুংদা থা মরি মমাঙগী সেপ্টেম্বরগী তরাতরেৎকী অহিঙ অদো অমনি। পুন্সি অসিদা ফনা য়াম্নসু ফংখ্রে ফনা য়াম্নসু মাঙহনখ্রে, তৌইগুম্বসুং অহিঙ অদুদা আফতাবপু মাঙহনখিবগী বা খন্থরুবদা ঙসিসু তুমিন্না লৈবা ঙমদে। লাইবকপু ঐ থাজদে, তৌইগুম্বসুং লাইবক্না করেম্নবা হায়বসি অসুক য়াম্না তমথীরমগনি হায়বসি ঐ তশেং-তশেংনা খঙবা ঙমখি আফতাবপু পুন্সিসিমগী ওইনা মাঙহনখিবা নুমিৎ অদুদা। মহাকপুসু নুমিৎ অদুদা ফংন-ফংন মাঙহনখি। পুন্সিসিমগী ওইনা নৎত্রবসু ঙসি মহাকপু ফংবগী করিগুম্বা লম্বী অমত্তসু লৈত্রে, পাম্বৈসু অমত্তা লৈত্রে। য়ারে হায়দুনা মঙোন্দা হায়বগী মথৌ তাখিদে, মরমদি মদুগী তাঞ্জা ঐ ফংখিদে। তৌইগুম্বসুং ঐনা য়ারে হায়বসিদি মহাক মশানা লৌখি, অদু নৎত্রবসু ঙসি মহাক্কী চিঠি অসি লাকপগী মতুংদা ঐনা মহাকপু থিবা ঙল্লরোই। লম্বী অদো ঐঙোন্দা থিংখ্রে।

"খঙব্রা, ঙসি ঐ লোইনা নীংশিংলক্লে। নুমিৎ অদো সেপ্টেম্বরগী তরাতরেৎনি। থা মরি মমাঙগী বানি। ঐ অসি হিংলরোইদ্রা খল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং ডাক্তরশিং

অসি ওম্থোক্লা নুংশিহৈখিদ্রে। নুমিৎ নিনি চঙনা লেপ্পুনা হোৎনদুনা ঐবু হিংত-হিংগৎহল্লম্মী। হোসপিতালগী থৌদোকশিং অদো মশেন-মরাং ওইনা নীংশিংলি। কনানো অমনা হায়রম্মী, য়াম্না শাথীরবা অ্যাকসিডেন্ট অমগী কেশ লাক্লে। খঙলম্মী, কেশ অদুদা হোসপিতাল অদো কোয়লাং লাংবগুম তৌরি। ঐবু ট্রোলীদা হাপ্পুনা পুবা মতমদা ঐগী ইনাকমক্তদা অতোপ্পা ট্রোলী অমদা কেশ অদো ওপরেশন থিয়েটারদা পুদুনা চঙখিবগুম তৌখি। পোলোইদা করি তৌখিবা হায়বদুদি ঐ খঙদ্রে। হোসপিতালদা নুমিৎ খরনি লৈরম্বা অদুদা তত্তনা নীংশিংলম্মী নঙবু, অনুপমবু, অদুগা আফতাবপু। মরাইবক থীবদো! কয়া কন্না থিগ্লবা ঐবু। করিগুম্বা নুমিত্তা নঙগা উন্নবা থোক্লবদি হায়য়ু, মহাক্কী ভাবীজী করি থোইদোকপা তৌদে হায়না, য়াম্না নুংঙাইরি হায়না। অঙকপনি, হোসপিতালদা হীপ্ন-হীপ্না, তত্তনা নীংশিংলম্মী, বারমূলাগী প্রেজেন্টেশন কনভেন্ট অমসুং সিষ্টর টেরিসেলিনীবু। অদুগা অমুকসু নীংশিংলম্মী শ্রীনগরদা ঐখোয়গী য়ুমদা কিগুারগার্টেনগী পিকগ্ন-পিকগ্নবা অঙাংশিং অদুবু, মাদর সুপিরিয়রবু, অদুগা ঐখোয়গী কাদা ক্রোশতা য়েশিল্লবা যীশুগী মূর্তি অমসুং চ্যাপেল অদুবু।"

ঐগী কোক অসি খংঙাও ঙাওরকই। চিঠি অদো খুত্তগী তাখিদুনা চেনা খরা কা অদু থুংনা পাইথোক্লম্মী। য়াক্লবা পুন্সিগী তশেংবগা অসুম হায়না লীলাগুম্না তাঞ্জা চাক্লনবগী ৱারী ঐ কৈদৌঙৈদসু তাখিদ্রি, খনবসু খল্লুদে। তৌইগুম্বসুং ঐ ইশামক্তদা থোকখিবা অদুবু করম হায়না থাজরোইসিগে? মসিবু থাজদ্রবদি পুন্নমক থাজদবা তাই; ঐনা লৈরিবা, চিঠি অসি, হোসপিতাল অদু, ট্রোলী অনিদুনা লেংথেন্না চৎখিবা অদুগা আফতাবনা লৈখিদবা। তপ্না চিঠি অদুগী অরোইবা চেনা অদো লৌখৎলে।

"তৌইগুম্বসুং নঙদি ঐবু লৌদুনা করিমতা ইদ্রেদো। নীংশিংলিব্রা দিল্লী ষ্টেশনগী অহিঙ নোংয়াইগী ৱা অদো— 'ৱাশক্লবরা?' 'হোয় ৱাশক্লে।' লোইনা কাউখ্রিবিনি, নৎত্রা? কাউবমুক ফবা পোৎ অসি অতৈ লৈতে। কাউথোকখিবা, কাউথোক্তুনা লৈবা হাবসি য়াম্না লায়খ্রবা পোৎনি। তৌইগুম্বসুং ঐদি নঙবু শেরান্নরা খন্দ্রি, শেরান্ননা খনবসু তৌরোই, অদুগা কাউবসু তৌরোই। ঐগী ৱাদি ঐ ইশানা লোইনা ইখ্রবনি। করিগুম্বা মতমদা ঐবু লৌদুনা ইবা তারবদি চিঠি অসি নঙোন্দা য়াম্না কান্নগনি। নঙগী থবক অদো খরদং লায়থোকহনবসু য়াই। নৎত্রগা চিঠি অসি হেক নমথোক্লো। ঐগী ৱা পুন্নমক্তি ইরেদনা। হোয়, অদুবু পোলোইগী ৱা অদুদি অদুম লৈহৌরে। পৃথিবীগী পোৎ পুন্নমক্কী লোইশিনবা মতাং লাকই। পোলোই লৈ, ঐগী পুন্সিগীসু লোইশিনবা মতাং অমা, পোলোই অমা লৈরমগনি, নৎত্রগা লৈরগনি। তৌইগুম্বসুং মদু ঐসু খঙদে, নঙসু খঙদে। অদুনা মসিগী ৱাসিদি নঙ ইখন-খনবা তৌদনা হেক্তা ইথোক্লো।

"চিঠিগী অহৌবদা নঙোন্দা ইখি, নঙবু মতম কুইনগী মতুংদা নীংশিংলক্লে। অরানবনি ইরিবদো, নমথাকনি ইরিবদো। চিঠি অসি লোইশিল্লক্লে, লোইশিল্লকপগা লোয়ননা খল্লি, নঙবু মতম খুদিংমক্তা নীংশিংদুনতা লৈরম্মীনা। ইখিবনি, অমুক্তা চৎলে পম্বুংফম খঙদবা লম্বীদা। কৈদৌঙে হল্লকদবা, কদায়দা হল্লকদবা, হল্লকদ্রা হায়বসিসু খঙদে। মসিসু অরানবনি। পম্বুংফম খঙদবা লম্বীদা ঐ চৎপদি নত্তে। হোয়, খোঙ থাংলিবা লম্বী অসিদগী অমুক হনবদি য়াদ্রে। অদুননি হল্লক্তবা য়াই হায়রিবসি। চিঠি ইন-ইনা অরানবা ৱা কয়া ইখ্রে। হৌজিক চিঠি লোইশিল্লমদাই অসিদা ভাব তারক্লে। মথক্তা ইখি, অতৈ অমুক হিংনিংবগী ৱাখল ঐগী লৈত্রে। অরানবনি, নমথাকনি। য়াম্না শাথীনা হিংনিংলি। করিগী হিংলোইদৌরিবনো। শোয়দনা হিংখিগনি।

"ফনা য়াম্না কুইররিনি ঐবু উদবা, নৎত্রা! কয়ানি খল্লম্মী চেল্লসিরা নঙগী ননাক্তা। তৌইগুম্বসুং ঐদি লোইনমক কাউথোক্লিংলে— হৌখ্রবা মতম, হৌখ্রবা পুন্সি। পূন্নমক ঐ কাউথোকখিবা পামই। নত্তে নত্তে। ঐবু শেরান্ননা লৌগনু। হৌখ্রবা মতমশিং অদুগী ৱা, থৌদোক অমদি স্মৃতিগীদমক ঐঙোন্দা করিগুম্বা নুংঙাইতবা, করিগুম্বা নীংঙম্মক্তবা অমত্তা লৈতে। কাউথোক্লিংবগী মরমদি, লৈহৌরিবা মতমশিং অসিনা অমুক হেন্না নুংশিগদ্রা অমুক হেন্না লংত্রিক লংগদ্রা অসিতনি। তৌইগুম্বসুং ঐ খঙই নঙনা ঐবু কাউরোই, অদুগা মতমশিং অদুগী ৱাসু কাউরোই। করিগুম্বা মতাংদা নুংাইরক্তবা য়াই, পিরাং মরীক অনিতং শিষ্টরকপসু য়াই।

"ঙসি হন্না হন্না নঙগী অদুঙৈগী শৈরেং অদুগী ৱা নীংশিলক্লি— 'কটী হৈ রাত হঙ্গামা-গুস্তরীমে তেরী, সহর করীব হৈ অল্লাহ্ কা নাম লে সাকী।' ঙসিদি চৎলগে। নীংশিংলি রবীন্দ্রনাথকী পরেং অদো— 'at this time of parting wish me good luck friends'.

"ঐসু করিমতা পামদে। ঐ খঙই ঐনা পামদ্রবসু নঙগী য়াইফ-ৱাখল অমসুং গুডলক মতম খুদিংমক্তা ঐগীদমক লৈগনি। ঙসি নীংশিংলক্লে হন্না হন্না ঃ

'I am the guest of no one at the end of my day
The long night is before me and I am tired'.

"ঙসিদি চৎলগেকো। ফরে, নঙোন্দা করি পীরমসিগে হায়য়ু, ঐ ইশামক্তি পুংলোই লোইরবনি। ঐগী পীনবা খাউ অসিদা অতৈ করিমতা লৈত্রে। অদুবু খাউ অসিমক নঙোন্দা পীরল্লগে। খাউ অসিদা লৈগনি স্মৃতিতংদি- স্মৃতিতং। অদুগা নঙগী নীংশিংলকানুংদা পিকখ্রবা মফম অমত্তংদি পামই। পিকখ্রবা মফম অদুদা ঐ চাক্তুনা লৈনিংঙি মুশি মুশি সন্ধ্যা থাউমৈগী মৈরীদৌনা। ঐ অতৈ করিগুম্বা অমত্তা পামদে,

করিগুম্বা অমত্তা।"

"য়েংঙুনে, লোইশিল্লক্কে হায়ন-হায়না চিঠি অসি লোইশিনবা নাইদ্রে। য়াম্না শাংদোকখ্রে চিঠি অসি। হেক মথংদা অচৌবা জংশন ষ্টেশননি। মফম অদুদা চিঠি অসি থাদগদবনি। অদুবু লোইশিনদ্রিঙৈদা নঙোন্দা বা অমত্তংদি হংনিংঙি, হংঙুদুনা করিমতা কান্নদ্রবসু। মরমদি মদুগী পাউখুম ঐঙোন্দা পীবা ঙম্মরোই। নঙদি সুকখঙ খঙলরোই ঐনা কদায়দা লৈরিবা। অদুমকপু হংলগে। ফরে হায়য়ু য়েংসি, নুমিৎ অদো লম্বীগী থেকচিনফমদা নঙনা অদুম হায়না কক্‌ঙাওনবদৌনা লেপ্লল্লিবা করিগীনো? নঙদি উহৌদে, নঙদি খঙহৌদে, নুমিৎ অদো মিৎকুপ অমত্তং পূক্লিং শোঙ্করকপগীদমক ঐগী পূংমাঙ মাঙবা হায়বদো থোক্লমগনি। পূংমাং মাঙবা থোকখিদবগী মরমদি নঙ ৱাখল অমদা তাউদুনা লৈরম্মী। নঙদি খঙলমদমাল্লে, নঙদি তারমদমাল্লে, নুমিৎ অদুগী নুমিদাং-ৱাইরম গির্জাদগী থোরকপা শরীক-মখোল অমসুং ঈশৈগী সুর অদু ঃ

'O take me to thy Sacred Heart
And Seal the entrance o'er;
That from that home my wayward soul
May never wander alone'.

"ঙৌহোক ঙৌবা ফিজেৎ শেত্তুনা গির্জা মমাঙগী লৈকোনগী লম্বীদা চৎলম্বদো নুন শঙ্গু অমা। লোইনমক তশেংনা সিষ্টর টৈরিসেলিনীনি। নঙ উহৌদমাল্লে, নৎত্রা? নঙনা উরম্লবদি নুমিৎ অদো করিনো থোক্লমগদবা। অসিমসু নঙ উহৌদমাল্লে, চৎনা চৎনা খোঙ জোড়া তরা অদুগী মরক্তা জোড়া অমনা খঙহৌদনা খংলেপ লেপ্লম্বদো, মিৎকুপ খরতং, সেকেণ্ড খরতং। সিমসু উহৌদমাল্লে, মখোয়গী মরক্তা মী অমগী মমিৎ অনি পিরাংনা থুম্লাৎলকপদো। অসিমসু উহৌদমাল্লে, মদুগী মিৎকুপ হেক মতুংদা মহাক্লা কোনশিনখিবদো ক্রোসতা, অদুগা অতোপ্পা খোঙ জোড়া মাপন অদুগা খোঙথাং মান্নহন্দুনা অঙৌবা থম্বাল পরেংনা চৎলিবদুগী মরক্তা মহাক্লা অমুক মাঙখিবদো।

খঙই নঙ উহৌদে।"

চিঠি লোইশিনখ্রে। ঐগী পুন্সিগী হিসাব শেংদোকপসু লোইশিল্লক্কদৌরমাল্লে। চিঠিগী অরোইবদা ইরিবা মিং অদো ঐ পাবা থোক্লমদে। মহাক্কী মিৎকী পিনা মিং অদো ইহা-হাজিনখ্রে। ঐগী মিত্তগীসু পি মরীক অনিতং তাখিদুনা মিং অদো পূংমুৎ মুত্থৎখ্রমাল্লে। অদুমকপু ঐ খঙই। মিং অদো য়াওদ্রবসু কৈদৌবগে। ঐ লৈরিদনা

অদুগা ... লৈরিদনা ঐগীদমক চাং তমদুনা মশীং থীদুনা থম্মল্লবা অৱাবা অমদি স্মৃতি। ঐ খঙদে, মহাক কদায়দা লৈরিবা, লৈরিব্রা হয়াবদুসু খঙদে। অদুবু অমুক্তং দি মাঙোন্দা খঙহন্নিংই, ঐগী নীংশিং লকানুংদা চেকশিন্না থল্লি মহাকপু সন্ধ্যাথাউমৈগী মৈরীগুম্না, অদুগা মদুনা চাক্লি মুশি মুশি।




"When we had passed the gate,
I pulled my hat down over my eyes
And wept a little and no one saw it"
Silvio Pellico

লাইরিক মশীং পংয়ামতা য়াম্ননবা পংইতা ইবা অদুগুম্বা লেখক নত্তে তরুণকুমার ভাদুড়ী। **"সন্ধ্যাদীপের শিখা"** ইদ্রিঙৈগী মমাংদা লাইরিক অনিখক্তং ইখি— **"মরুপ্রান্তর"** অমসুং **"অভিশপ্ত চম্বল"**। ইং ১৯৬৪ দা লাইরিক অসি অহানবা ফোঙই। লেখক্কী শিনফমদি জার্ণালিজমনি।

অচৌবা উদ্দেশ্য অমগা লোয়ননা বাংলাদগী লাইরিক খরা হন্দোক্লবা থৌরাং অমা শীল্লম্মী **শ্রীহুবাইবম রণবীর সিংহ** না মণিপুর সিক্ষাবিভাগকী সেক্রেটারী ওইরিঙৈদা। হন্দোকচরিবা লাইরিক অসি থৌরাং অদুগী মখাদনি। থৌরাং অদো নৎলমদ্রবদি লাইরিক অসি হন্দোক্লমদবসু য়াই।